# মৈতৈ জগোই

## ( অহুমশুবা শরুক )

খোমজিন্নবা

শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মা

মমল লুপা ৩।৫০

অকোঙ্বা—
শ্রীহিরণকুমার শর্ম্মা
ব্রহ্মপুর



অহানবা খূৎনম
২৫ অক্টোবর ১৯৬৯ ইং
কোপী ৫৫০

অনম্বা
শ্রীরাসবিহারী সিংহ
দি ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস
ইম্ফাল।

# খাহৈ খরদং

শ্রী৺গোবিন্দগী অষ্টকালদগীনা চহি অমগী মন্নুংদা থোকলিবা যাত্রা পর্ব্বনচিংবগী পালন তৌবা মওঙ্, অদুগী চাউরাকপা শক্তম অমত্তুং লেপ্তুনা থমহৌবনা মমৈদা মশক মাঙহন্দবা ঙমগত্রা খঞ্জদুনা অহোরাত্র কীর্ত্তনগী মরম যাওনা লাইরিক অসি খৃঃ ১৯৫৬ তা মচাক খোমজিন্দুনা ইঙ্খিবনি। অদুগা তৌরিবা থৌশীল থৌওঙ্ পুম্নমক অদু করিগী দমক্তনো হাযবনচিংবা অকুপ্পা তত্ত্বশিং অদুদি ঐনা অথঙবা মীওই নংচদবনা কৃপশিল্লুব্রে। খঙ্জব্রবসু কোয়হং হংদুনা থি-হুমদুনা মদু মেনশিন্নবসু হোংনগদবনি অদুবু লাইরিক অসিগী উদ্দেশ্যনা, চুম্নগী হৌনবী-চংনবীনচিংবা তৌনরিবা উনরিব মওঙ্, অদুগী মথৈতা তুংদা মাঙ্খিদনবা, অসুম তৌনরম্মী হায়বা অদুতা তুংগী মীরোন্না খঙ্হৌনবা হায়দুনা য়েকশিঞ্জবতা ওইবনা, অদুগী মথক্তা লাইরিক চাউথোকখিদুনা পুবা থাংবা ঙমদবা অমসু থোক্কনি হায়বগী অকিবসু লৈবনা থবক অদুদা হেৎপ্লম্না খুৎ থাজরুব্রে।

থবক অসি পাঙ্থোক্নব' হোৎনবদা মতম অদুগী পালা লোয়শঙ্গী ঈশৈহনব ওইবীরম্বা স্বর্গীয় ওজা নিঙোম্বম গৌরি সিংহনা (হান্নদগীসু নোঙ্গাঙ্গবা ইনিঙ্থৌ ৺বোধচন্দ্র মহারাজ ইবুংঙোগী সনা য়াথংসু লৈখিবনা) পালা লোয়শঙ্গী অরিগা কোর্ব্বেক পুথোকপিদুনা অরাবা খঙ্দনা খঙদবা কয়াদা লমজিং পীবিখি। লাইবক থীবনা লাইরিক অসিগী ছাপা নম্বা মওঙ্দি ওজানা উবীখিদরে। লোয়ননা বংদেশ পালাগী ওজা হঞ্জবা শ্রীমেরাসিংহ অমসুং সেবক পালাগী ঈশৈহনবা শ্রীকৈশাম য়াইমা সিংহ ওজা অনিনসু বংদেশকী মরম পুম্নমক অথাকপা লৈতনা তাকপিখি। অহোরাত্রদা ওইবা ক্রমেলনচিংবগী মশক তাকপিবদা মথক্কী ওজা অহুম অসিগী তেঙবাংবা ওইনা মথাগী ওজাশিং অসিসু অরাবা শক্কক য়াবীখি। শ্রীঅমুদোন শর্ম্মা নৃত্যাচার্য্য শিরোমণি, শ্রীথম্বৌসিংহ পুংলোনহন, শ্রীমৈতৈ তোম্বা সিংহ সনা পালা হঞ্জবা, শ্রীইবোমচা শর্ম্মা বামন পালা ছিদং, শ্রীপার্থসিংহ,

স্বর্গীয় ওজা চবৃংবম চাউবা সিংহ নট গুরু অসিনচিংবনি। লাইথক থীবমা ক্রমেলগী শক্তি মসিদা যাওশিনবা ঙমহৌদ্রে, মথংদা তোপ্পা কোঙ্ দোক্নবা হোংনজরি।

মণিপুর গবর্ণমেণ্টনা লুপা ৫০'০০ গী গ্রাণ্ট অমা পীনবীদুনা মসি কোঙ্দোক্নবা ঊংসহ পীবিখি। মতুংগীদমক মণিপুর সরকারম্বু ঙমখৈ লৈতনা ধন্যবাদ তৌজরি।

লাইরিক অসি শাগৎপদা মতেং পীবিখিবা অতৈ ওজাশিং পুম্নমকপু ঐনা তৌবীমল থাগৎবা উৎচরি।

অরোইবদা শ্রীবাংখোল চাউবা সিংহ বি, এ, নাম পাল্লা ঈশৈ হনবা অমসুং ইয়াম্বা মৈনান কপঙবম শ্রীমঙ্গীসিংহ ওজা অনিমক্না অরাবা খাঙ্বিতনা অশোয় অহাম যেংশিনবীখিবগীদমকসু তৌবীমল উৎচরি।

অরাৎপা, অহোবা অমদি অশোয়বতনা মচি খূদীং থম্না ম্লাওরম্বগীদমক পাঠক-সমাজন সংকীর্ত্তনগী গুণ যেংবীদুনা পাপচেনবমু ঙাকপীবা ওইসনু। ইতি—

তাং ২৯।৮ ৬৮ ইং }

চঙ্ জরিবা
শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মা

কখোকচবা
৺রাসবিহারী শ্রীগোবিন্দগী চরণদা

# হিরম লামায়

# ৱাহৌদোক

তুংরগ অনিগী তিনকমবু হিন্দুশিংনা "প্রয়াগ" কৌই অমসুং পূজা তৌই। মরমদি তোঙান তোঙানবা সংস্কৃতি অনিগী সঙ্গম নত্রগা তিন্নবা থোক্লবদি মতু মঙ্গলগী মশকনি—শুভসঙ্গমনি। মণিপুরী সংস্কৃতিদা করম্বা মতমদগী হৌনা থায়নগী আর্য্য ঋষিশিংগী সংস্কৃতিগী ঈচেলগা থায়নগী মণিপুরগী ঈপা ঈপুশিংগী লৈজরম্বা সংস্কৃতিগী ঈচেল-গা—অনিগী পুনশিন্নবা ওইখ্রবগে চপচানা লেপ্পা ঙমদ্রি। অতুবু ঈচেল অনি অসিদি পুনখ্রে; অমতা ওইখ্রে। ঈচেল অসিমক গঙ্গাগী মশকনি—ঈচেল অহুমনি; ত্রিপথগানি। স্বর্গদগী চেন্থরকপা ঈচেলনি। মালেম পৃথিবীদসু চেল্লি। অমসুং পাতালদসু—মণিপুরী থুদিংগী থম্মোইগী থুপ্লবা কাচিন্দসু চেল্লি।

শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মসু অসিগুম্বা মণিপুরী সংস্কৃতি-গঙ্গাগী তীর্থ যাত্রীক অমনি। থায়নগী অমসুং হৌজিক্কী ঈশৈ জগোইগী লাইগুরু কয়াগী খোঙ্গুল লীতুনা অমসুং কয়া অমগী মকমদা চঙজতুনা মণিপুরী জগোইবু চহি কয়াসি মশক তাক্লবা হোৎনরক্লি। অঙকপা শ্রদ্ধা অমসুং অখাঙ-কনবগী গুণনি। হান্না ফোঙখ্রবা "মৈতৈ জগোই" গী অহানবা শরুক অমসুং অনিশুবা শরুকা মহাক্কী য়ৌশিন্না খঙবগী অমসুং কাব্যশক্তিগী প্রতিভাবু ময়ামগী মকমদা খঙহনখ্রে। হন্দক্কী অসিনা অহুমশুবা শরুকনি।

লাইরিক অসিদা মণিপুরী সংস্কৃতিগী কেন্দ্রগী মশক ওইরিবা শ্রীগোবিন্দগী থা তরানিথোইগী পূজা-পর্ব্ব অমসুং অয়ুক নুমিদাংগী অষ্টকাল সেবা অমসুং মতুবু পুরিবা লোইশংশিংগী শন্নপা পরিচয় তাক্লে। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদগী হৌরতুনা হৌজিক কাওবদা কমদোনা মণিপুরনা থায়নগী চৎনরোল কয়াগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্যগী ধর্ম্মবু তাক্লিবগে হায়বতুগী শেংলবা পূণ্যগী মশক অমা লাইরিক অসিদা থেংনগনি। মসিবু মশক খঙদনা মণিপুরী বৈষ্ণবকী লাইনীং লাইশোলবু মশক খঙই হায়না লৌবা য়াদে। লাইরিকসিগী অনি-

শুবা শরুক্কা পোক্লকপদগী হৌনা মণিপুরীশিংগা লোয়নরবা হরিসঙ্কীর্ত্তনগী তোঙান তোঙানবা মশক অমসুং শৈশকশিংগী মথং মনাউ অমসু নীংথিজনা ইরি।

শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মনা চহি কয়ামুক অসি শ্রীগোবিন্দগী ব্রহ্মসভাদা লৈরকপনা বিষয় অসিগী মরমদা ইবদা থোইদোক হেন্দোক্লসু মতীক চায়। ইরিবশিং অাসদা কাব্যগী শক্তিদসু নত্তনা শ্রীগোবিন্দদা লৈবা কল্লবা শ্রদ্ধা অমসু য়াওবনা বৈষ্ণব থুদিংনা পাবদা নোহৌনা হুংশিবা পোক্কনি। থোইদোক্লসু শ্রীগোবিন্দ, শ্রীরামকৃষ্ণ অমসুং শ্রীজগন্নাথকী আরতি কয়ামুক্কী ঈশৈশিংছু মপুং ফানা ইথোরকপনা লাইরিক্কী মগুণ হেক্কৎহল্লি।

লাইরিক অসি হরিসঙ্কীর্ত্তনগী মরমদা য়াম্না শন্দোক্লা ইবা লাইরিক নত্রবসু (মসিমক্তি মথংগী শরুক্তা ইরক্কনি) অমসুং মায়কৈ অশোমদা পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু বিদ্যারত্ননচিংবা পণ্ডিত কয়াগী মগুণ লৈরবা দান কয়া লৈরবসু শ্রীগোবিন্দগী সেবাগী মশক তাকপগী মায়ও কৈদদি ইহান হানবা লাইরিক্কি। লেথক্লসু লাইরিক অসি পঙচাউ চাউহম্লিংদবনা মরক মরক্তা শম্লপ শম্লপ তৌনা থোক্লবসু লময়ানবা লাইরিক অমা ওইনদি মতম পুম্বদা নীংশিংনরগনি। অসিগুম্বা অরাংপা মায়কৈ অসিবু নীংথিজমা মেনশিনবীরকপগীদমক্তা লেথক্তা মণিপুরী জাতিনা মতম কুইনগীদমক লমন তোল্লগনি।

ওল্লকইবা সমাজগী খোঙচত্তা শ্রীগোবিন্দগী সেবা অমসুং শ্রীহরি সঙ্কার্ত্তনগী নিয়ম কয়ামুক ঙাক্লজবা অমসুং থায়নগী ঈহৌ অহু মাঙশিল্লকপগী থুদম উরি। শরুক ফনা য়াম্নসু গৌজিকমক রারৗগী মশক ওইরক্লে। কয়া কুইনা থায়নগী ফজবা শকফম অসি কায়হন্দনা থম্বা ঙমগদগে হায়বহু রাহং অমা ওইরক্লি।

অহুবু লাইরিক অসি পাবদা মণিপুরীশিংনা কমদোনা শ্রীগোবিন্দবু অহুংদা অমসুং মপান্দা লাৎচরিবগে হায়বহুগী মশক অমদি শেংনা থঙগনি। থঙলকপা অসিনা লম্মাংনরবা থম্মোই কল্লাদা পীল্লকপা

য়াই—অনৌবা লম্বী অমস্তুং অনৌবা মঙাল। শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মনা অসিগুম্বা মঙাল অসি লেপ্তনা য়েস্নোরকপা গুম্বা ওইসম্লু হায়না শ্রীগোবিন্দদা প্রার্থনা তৌরি।

এলাংবম লৈকাই
নবেম্বর ২২, ১৯৬৯ ইং

এলাংবম নীলকান্ত সিংহ

# মৈতৈ জগোই

## ( অহুমশুবা শরূক )

### শ্রী৺গোবিন্দগী সেবাদা লোয়শঙ শিংগী মথৌ

শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ সনা হাক্তুক্তগীনা ঙসি ফাওবদা নোংমগী মতম্নু ৮ থোক্ন খায়দোক্তুনা শ্রীশ্রী৺গোবিন্দগী নিত্যসেবা কায়দনা চৎলি, মসিবু (১)অষ্টকাল হায়না খঙ্নৈ। শ্রীভগবানদা থরায়-হকচাং লুপ্লবা মণিপুরী বৈষ্ণবশিংনা অসিগুম্বা ভগবানগী সেবা মখল নিপান অসিবু খুদোং থীরবা মতম ফাওবদা থক থাদোক্তে—লানগী মৈথুনা মমখ্রবা অমদি পূকচৎ-ইফাইনচিংবগী মীকপ-মীরাউথোনতনা মায়কৈ শীন্না নিনখ্রবা ফাওবদা হায়রিবা মবুংঙোগী সেব অসিতদি কায়থিদনবা কন্না হোংনৈ। মমাঙ্ ঙৈদদি লৈমা নিংথৌমক্না মন্দিরগী রাইশিং-রাইশেং তৌরম্বগী রা তাবা ফংই।

অসিগুম্বা শ্রীগোবিন্দগী নিত্য-অষ্টকাল সেবা অসিদা অপন-অহুই থোক্তনবা তোপ্না তোপ্না মথৌ পুনবা লোয়শঙ্ময়াম অমা খায়-দোক্তুনা থম্মী।

লোয়শঙ্ পুন্নমক পানা ৪/৪ থোক্না খায়দোকই মথুদি, ১। লাই-ফম ২। থাবম ৩। অঙলুপ ৪। নহারূপ। লাইফমনা পানা মকোক্ফনি। পানা খুদাংমক্না হুমিং ১০/১০ নি লালুপ কানৈ। ৯নিদা খুন্দিন তৌই হায়বদি হয়েংদগী হোনা কারক্তদবা কুমথিগদবা মীশিংগী অশোয় অঙাম খঙ্ননবা তিম্নৈ। ৯নি খুন্দিন অসি নত্তনা ৭নি খুন্দিন হায়বা

---

(১) ঐগী মৈতৈ জগোই ( অনিশুবা শরূক ) লাঃ ১১৫-১২০ দা মসিগী মরমদা শন্দোক্না ইখ্রে।

অমসু লৈরি। মসিবুনা লাইগী লাইখুন্দিন কৌনৈ, মসি লাইগী অশোয় অঙাম য়েংননবা শীনবা খুজীন অমনি। থাজনবা অমা লৈ মচুদি, ৭নি অমদি ৯নি খুন্দিন্দা নাতুনা কুমখিবা লোয়শঙ্-মচাশিং অচুদি শিগল্লি, হিংগন্দে। অসুম্না লৈবাক অসিগী ময়োন সনা কোম্নুংদা চৎনখিবদগী খুল্লক্কী থবক্তসু * ৭নি, ৯নি খুন্দিন থোকপা থোক্কবা অসিগী মরম কুপ্না য়েংনতুনা থবক তৌনবা হৌথি। অসিগুম্বা পানা মরি অসিদা লাইফম পানা অসিনা খ্বায়দগী হেন্না খুদোং থীবা থোকল্লি হায়তুনা মসিদা কা-বা মীশিংদি য়াম্না কিনা তৌনৈ। হায়রিবা লাইফম পানা অসিগী লালুপকী অহানবা হুমিত্তা লৈপাকপোকপা অমদি থাঙ্জ হুমিৎ তারম্বা থোক্লবদি অমুক হেন্না কিনৈ।

## পূজারী লোয়শঙ্—

লালুপ খুদিংদা পূজারী মঙা মঙা কায়। মঙা অসিগী মনুংদা অমদি লাইচঙ্বা হায়তুনা মঙ্গলার্ত্তিদগীনা হুমিদাংগী শয়ন আরত্তি ফাওবদা লাইগী থবক পুন্নমক তৌই। থায়নদি অমুক্তা শৃঙ্গার থৌগনগীদমক তোপ্পা পূজারী ব্রাহ্মণ অমন্থু হেনগৎনা য়াওরম্মী। অরেম্বা পূজারী মরি অতুনা লূক-হৌবা, লূক-চনবা অসিনচিংবা তৌই। লূক হৌবদি য়াওদ্রগা লাইচঙবা পূজারী অসি রাদবা নত্তে—মন্দির মনুংদা লাৎলিবা লাই পুন্নমক্কা লোয়নন লাইশিংগী ফিজেৎ-লৈতেং পুন্নমক অতু মহাক্কী দায়ী মখাদা লৈ। মথংগী লালুপ্ত লাইচঙ্লগদবা পূজারীগা মহাক্কা লাইশিন্নব হায়তুনা য়াম্ন চেকশিন্না-কুপ্না অশোয় অঙাম য়েংনতুনা শিন্নৈ। পূজারী অহন্না হায়য়িবা লোয়শঙ্ অসিগী মকোক ওইনা থবক পুন্নমক শীন্নৈ।

## চুহোন লোয়শঙ্—

লোয়শঙ অসিদা মী মরি মরি কায়। অনি অমনা মন্দির সেবককী

---

* ভরেৎনি, মাপন্নি খুন্দিনগী মরম অসি মৈতৈ পুয়াদসু চাউনা ময়েকশেংনা অরিবা বাখী লৈরমগনি নীংই। মচুগী মরমদি মৈতৈ শন্দিক্কাশংনা খঙ্বিরমগনি।

থবক তৌই—হায়বদি আরতিগী মতমদা কাণ্ড্ হাই-চামর থৌগল তৌই, হৈরাক-পানা শেম্মী, লৈ লেংই, তুলসী হেকই। অসুম তৌদুনা লাইগী সেবাদা চণ্ড্‌বা মরম অয়াম্বদা শরক হোদনবা হোংনৈ। অনি অমনা রালহৌশণ্ড্‌দা লুক হৌদ্রিঙৈদগীনা লোইবা ফাওবদা মথৌ তৌই—ঈনশাংনাপী শেম্মী, ঈশিং হোল্লি, হরাই চাম্মী, য়াম শুই, শঙ্গোম ঙৌহুনা বেরা তাল্লি, দোনা শাই। তুহোনশিংগী মথৌ অতৈনা রালহৌশণ্ড্‌দগী মন্দির তান্না লুক হোপ্পিনবা অমদি লাইদা কৎপা লোইরগা সনাকোন্নুং মনুংদা নিংথৌ মহারাণী অমদি মমাসৌজ ইবেম্মদা লুক থিনজিনবা মতমদা লুক মথক অতুদা পে খানবগী থবক তৌই। আরতিগী বর্ত্তি চমহুনা লানশিল্লি, লোইরগসু বর্ত্তিগী মৈ মুখত্তুনা বৈষ্ণব-ভক্তশিংদা মৈখু অত্ত কোয়না য়েল্লি। অসি নত্তবা অতৈ কয়া অমসু লৈরি।

## কৈরুং-শেলুং লোয়শণ্ড্—

থায়নদি লোয়শণ্ড্ অসিদা কৈরুংবা অমা, শেলুংবা অমা অমদি লাইশণ্ড-লাকপা হায়বা অমা—অসুম তোনা মী অহুমখক্তুং লেণ্ড্‌দবা ওইনা লৈরম্মী। মহু মতুংদদি বোধচন্দ্র সনা হাক্তক্তদি মশীং ২/২ শুনা হাপ্তুনা লালুপ নাইনা কাহনখরে। কৈরুংবনা কামদারগী থবক তৌই হায়বদি গোবিন্দগী পূকৈ পান্নহুনা থবক শীল্লি, পূন্নমক্তসু মিৎয়েং চণ্ড্ই। শেলুংবনা লাইদা কৎলবা শেল-থুমনচিংবা কারকপা অতুগী হিসাব থম্মী। অনি অসি নত্তবা লাইশণ্ড্-লাকপা হায়বা অমসু কারি। মাগী মথৌদি লাইগী থবক-থনাদা মিৎয়েং চণ্ড্‌বনি। ভাণ্ডারী লোয়শণ্ড্—কৈরুং শেলুং শণ্ড্‌গী মখাদা লৈ। শণ্ড অসিনা লুক হৌবগী পোৎচণ্ড্ পূন্নমক লানশিল্লি। শীং খায়, লুকহৌবা খুদোংগী কোন-লীক ফেণ্ড্ই।

## কীর্ত্তনা শণ্ড্—

কীর্ত্তনীয়া শব্দদগী কীর্ত্তনা থোকখি। লোয়শণ্ড্ অসিসু মখোয়না কাবদগী অহুম্মক কীর্ত্তনা লোয়শণ্ড হায়না খণ্ড্‌নখি। মখোয়গী

মথৌদি লাইগী বর্ত্তি তাবা, ঘি লূপ্পা, আরতি খূদীংগী শরীক য়েবা, লাইপোং-ফেঙ্‌বা, মন্দির শীংপ'-খেংবা, ধূপ আরতিগী ট্টিকি চমহন্না ল্যামশিনবা অসিনচিংবা তৌই।

ভারীয়ান হায়না কৌবা চীংদা 'রারোক' হায়বা খুন অমনা ভসি ফাওবদা গোবিন্দগী বর্ত্তিমচৈ ঈৎননব রা হুল্লি। অসুম তৌনা কবুই খুলেন্না কর্পূর শুংহুনা হুল্লম্মী। লশিং হুন্ননবা কাঙ্‌বু অমসু লৈরম্মী। হুজীক্তি মীরৈবাক্কী লশিংনা অয়াম্বা শিনখ্রে। হুমিৎ খূদীংগী নূপী অমন্না কাপ্‌থোক্লবা লশিং হুল্লি, মহু কীর্ত্তনানা বর্ত্তি তানৈ। খুল্লক্কী অহুনা পুরকপা বর্ত্তি অমদি শেমহুনা পুরকপা হৈরক-পানা ৺গোবিন্দদা কৎনদে।

নোংমাইজীং চীংদগী শীং রাভুনবা হুল্লম্মী। অকল্লবা থুমখোং খরনা গোবিন্দগী থুমগী শরাকমখৈ রাভুনবা হুল্লম্মী। শঙ্গোম রাভুনবগী-দমক রায়থৌ, তেম্বানচিংবা মফমদা শঙ্গোমশঙ্‌ লিংলম্মী। মসিনা খিসু রাভুনব পীরম্মী। অসুম তৌনা থৌবান্দোং অমদি চাইরেননা গোবিন্দগী লুকহৌ খূদীংদা শীজিন্ননবা চফূ মখৈ হুল্লম্মী। ফূর্জ্জু হায়বা লোয়শঙ্‌ অমনা থুম্মুক-তায়রাক অমদি চেঙ্‌জাম্ লূকচিংবা রাভুনবা শারম্মী। শুগুহুনা উচান মেক্রুক হুল্লম্মী। ফীরিবী হায়না খঙ্‌লবী নূপী কাঙবু অমসু ৺গোবিন্দগী ফিশূ ফীজাম্ তৌননবা তোপ্পা লৈ। অশেংবা উৎকী উৎতীনা মখোয়না ফি শূই, অশেংবা খূদেং থম্মী, মখোঙ্‌না শোক্তে, শৈজাক মহৈ অতীংবনা চনাং ওইনা থাই। নিপানা তৌরবসু থবক অসিবু তৌরবদি মাবুসু ফীরিবী হায়না অহুম্মক কৌনৈ। অশেংবদি মসিগীসু থায়নদি তোঙানবা শঙ্‌ অমা লৈরম্মী। শঙ্‌ অহুদা মকোক ওইবা নিপাশিংনা লৈরগা মাগী মথাদা লৈবী থুল্লকী নূপী ফীরিবীশিংবু ফি শূবা চাম্বা তৌহল্লম্মী।

## মোইবূং লোয়শঙ্‌—

হুল্লবা অমনা লোয়শঙ্‌ অসিগী মকোক ওই। মী অমি অনিনা লালূপ শাই। আরতি খূদীংগী মোইবূং খোংই। সংকীর্ত্তন তৌনা

খুদীংদসু মখোয়না মোইবুং খোংই। মপান্দা শ্রীবিষ্ণু লৈঙ্বা অমদি লানগী যাত্রাদা মখোয়না লমইন থৌগল তৌই, সংকীর্তন হৌবদা, মেল মতমদা অমদি অরোইবদসু খোংই। মরমশিং অসিদা খোংবা মোইবুং মরোনসু তোঙান তোঙনৈ।*

## তানয়েশঙ্—

শঙ্ অসিনা পানিঘণ্টাগী মতেংনা পুং য়ৈহনা হেক হেক মতম তাকই। ময়ায়দা মখূন হুৎপা তেংকোৎ অমা ঈশিং মথক্তা থম্লগা ঈশিং খজীক খজাক থনগৎলক্ত্না তেংকোৎ অহনা ঈশিংদা হেক লূপ্পদা পুং অমা ওই। অসিগুম্বা পুং অসিবু সংস্কৃতন দণ্ড অমা কৌই। অসিগুম্বা পুং ৮ না য়ুথক অমা, য়ুথক ৮ না নোংমা শাই। পুং মশীং তাকপগী পুংলোন তোপ্পা তোপ্পা লৈ। হুজীকসু সনা কোহুংদা মসি অহুম্মক মুত্তনবা থমলি।

অসিগুম্বা পানিঘণ্টা অসিতগী মতেংনা শ্রীগোবিন্দগী অষ্টকাল-সেবাদা মতমগী অকায়বা করিসু থোকলমদে। লাংথবান কোহুংগী (কাঞ্চীপুর) মমাঙ্দা হোজঙ্ মান্না লৈরিবা শঙ্মচা অহু পানি-ঘণ্টাদা তাকপা মতুংইন্না পুং য়ৈননবা অচৌবা তানয়ৈপুং (শেম্বুং) য়াল্লম্বগী মফমনি। মসি গম্ভীরসিংহ মহারাজগী মতমগীনি।

## গারোট লোয়শঙ্—

থাঙ্তা অমদি নোংমৈনচিংবা খুৎসু-খুৎলাই মতিক চান্না শীজিন্নবা ওম্বা অকল অথৌশিংনা শেম্বা লোয়শঙ্ অমনি। লোয়শঙ্ অসিনা শ্রী৺গোবিন্দগী অমদি পাল্লি পাল্লিবা নিংথৌগী ডাক-শেনবগী থবক তৌই। লোয়শঙ অসিনা শ্রী৺গোবিন্দগী সন্ধ্যা-আরতি মতমদা মন্দিরগা হেক থংনবদা মখোয়না থাঙ্তা য়াওনা কাগুপ লেপ্লুনা থৌগল তৌই। আরতিগী মতমদা অপন অহুই থোকপা

---

* মৈতৈ জগোই অনিশুবা শরুক লাঃ ২৬০০-৬২ দা মোইবুং মরোমচিংবগী মরম হৈনখ্রে।

ঙাক্ননবা অমদি নিংথৌনা পুক্নীং লৈত্তানা আরতি দর্শন তৌবা য়াননবা ওইনা তৌখিবদগী চৎনবী ওনখিবনি।

অতৈ লোয়শঙ গুম্না লোয়শঙ অসিদসু পানা নাইনা লালুপ কায়। নিংথৌনা লেঙ্খোকপদসু লোয়শঙ অসিনা থৌগন তৌই।

**পালা লোয়শঙ—**

শ্রী৶গোবিন্দগী লৈরিবা লোয়শঙ্শিং অসিদগী পালা লোয়শঙ্না খ্বায়দগী চাউবা ঃেল্লি। মরমদি গোবিন্দগী সেবাদা সংকীর্ত্তনগা মথৌ চাউনা লৈবনা অতুগা পালা ফাদবসু য়াদবনা মী মশীং হেন্না লালুপ পুদবা য়াদে। পান নাইনা লোয়শঙ অসিসু লালুপ কায়। পালাহন, পালানহা, লৈপাকচাবা অমসুং সেবক পালা হায়না লোয়শঙ অসিগী মরি থোক্লা খায়দোকপা মওঙ অমা লৈ। পালাহন পালানহানা নটপালানি, লৈপাকচাবগা সেবক পালাগনা বংদেশ পালানি। পালাহননা লাইফম পানাদা, সেবক পাল'না মহাক্লপ পানাদা, পালানহানা অতল্লুপ পানাদা অতুগা লৈপাকচাবনা খাবম পানাদা লালুপ কায়। পালা খূদীংগী পুং চল্লবা অম হিদং অমা, ঈশৈহনবা অমা, তুহার অমা, খোম্বাংবা অমা—মখোয় অসিদি মশক খঙনা মগুণ লৈবা মী হাপ্তুনা থম্মী। অসি নত্তবা লালুপচিংবা, মচাহন হায়বা অনি অমসু লালুপ খূদীংগী য়াওই। লালুপচিংবা অমদি মচাহননা মাগী মাগী লালুপ্তা অশোয় অঙাম থোক্তনব শীল্লি। মখোয়গী মথক্তা ঈশৈহনবনা ঈশৈগী, হল্লবগা পুংগী মরমদা মিৎয়েং চঙই। পালাহনগী ঈশৈহনবনা পাল্লিবা নিংথৌগী সনাপালা ওইবা মরম্না লোয়শঙ অসিগী ঈশৈগী মরমদা মকোক ওইনা শীল্লি।

লৈপাকচাবা অমসুং সেবকপালা অনি অসিদি বংদেশ নত্রগা অরিবা পালা হায়না খঙনৈ। বংদেশ অমসুং নটপালা অনিমক থায়নদি মী ৬৪ না পালা ওইনরম্মী। মমৈদা ঙম্মরক্তবদগী স্যার চূড়াচাঁদ মহারাজ সনা হাক্তক্তা মী ৪৫ না শাখি। মঙ্গালার্ত্তি, শৃঙ্গার আরতি,

অমদি সন্ধ্যা আরতিদা পালা ফানা ঈশৈ থোগন তৌই। লূক কৎলি-ঙৈদসু ভোজনগী ঈশৈ শকই।

পূং-ঈশৈগী মরমদা য়েৎনরকপা য়াওরবদি নত্রগা মসিগা মরী লৈনবা রাথোক লাম্থোকশিং পূন্নমক অতুদি পালা লোয়শঙ্না বিচার তৌই। লোয়শঙ্ অসিগী মথক্তা ব্রহ্মসভানা হেক হেক মিৎয়েং চঙই। পাল্লিবা নিংথৌনা অরোইবা থাক্কী রায়েনকম ওইনা লৈ।

লোয়শঙ্দা লালুপকাবা পানা মরিগী পালাশিং অসি নত্তবা নৈমিত্তক তদা থোগন য়াওবা পালা অতৈসু লৈরি মতুদি—(১) অথনবা পালা, (২) নামপালা, (৩) চৈতন্য সম্প্রদায় (৪) বামনপালা (৫) পালায়ায়মা, অমসুং (৬) লম্বোইবা পালা অসিনচিংবা।

ব্রহ্মসভা—

লৈবাক অসিগী অমত্তা ভায়বা ধর্ম্মসভানি। শ্রীগোবিন্দগী সেবাদা বিধি বিধান তাক্তুনা কূপ্না য়েংশিল্লি। গোবিন্দগী লোয়শঙ্শিং পূন্নমক্কী অশোয় অঙামসু য়েংই। গোবিন্দগীদা পালন তৌবা পর্ব্ব-দিনশিংগী অমদি উৎসব-যাত্রানচিংবা পূন্নমক্কীসু ব্যবস্থা তৌই। লোয়ননা লৈবাক অসিগী বৈষ্ণব-সম্প্রদায়গী মীনা ধর্ম্মগী রাথোকন-চিংবা তৌনরক্লবদা হেৎনবী বিচার তৌদুনা তাকই।

লোয়শঙ্ অসিগী এন্নুংচনবা গীতা থীবা ব্রাহ্মণশিংনা পানা নাইনা লালুপ কাদুনা ঙযুক লুক কৎপা মতমদা গীতা থীদুনা গোবিন্দগী থোগন তৌই। পাল্লিবা নিংথৌগী জন্মবারদা অমদি থাশি, থানিন, একা-দশী নুমিত্তা শ্রীগোবিন্দগী অগ্রদা শ্রীমদ্ভাগবত পাঠ অমদি ব্যথ্যা তৌদুনা ভক্ত বৈষ্ণবশিংদা ধর্ম্ম উপদেশ তৌই।

(১) নিংথৌগী ওইনা থম্মী হায়দুনা মসিবু সনাপালাসু কৌই।

(২) পালা মরিমক্তগী থনগৎপা মীনা শেন্বা পালানি। মসিনা মেরাদা শয়ন ঈশৈ থোগন তৌই।

(৩) কমদুনা শকপা মতমদা মসিবু 'ঢপ' হায়নসু কৌই।

(৬) শ্রীগোবিন্দগী মহান্তনা মসিগী ঈশৈ হাল্লি।

গুরু, ব্যবস্থাকারী হণ্ডবা, হিদং অমদি নিংথৌগী পুরোহিত অহুম ( পুরোহিত, তন্ত্রধার, ব্রহ্মা ) না লোয়শঙ্ অসিগী লুচিংবনি। লোয়শঙ্ অতৈগুম্না মসিদি পানা নাইনা লালুপ কাবগী হৌনবী থমদে। নুমিৎ খুদীংগী কাগদবনি অতুগা মকোক ওইবা ব্রহ্মণ অমনা মতম পুন্নমক্তা লোয়শঙ্দা লেঙ্দনা লৈগদবনি।

**য়েংগদবা—**

অচৌ অচৌবা কুমৈ ফিয়োংনচিংবা লাইগী নুমিৎ নুমিৎ থোকপ-দদি লোয়শঙ্মচা পুন্নমক লালুপ কাবা কাদবা নাইদনা লোইনমক মাগী মাগী লোয়শঙ্দা তিন্দুনা নুমিৎ নুমিৎ অতুগী সেবা মপূং ফানবা হোংনৈ।

**জগোইশাবী লোয়শঙ্—**

মসিসু লালুপ নাইবা শঙ্দি নত্তে। অদূবু মকোক ওইবা ওজা অমদি লেঙ্দনা লোয়শঙ্দা লৈতবা য়াদে। শঙ্ অসিগী ওজাশিংনা ঝুলন্দা, দুর্গাপূজাদা, চপকী ঈশৈ থৌগন তৌই। পাল্লিবা নিংথৌনা ঈশৈশল্লি। চৈতন্যসম্প্রদায় হায়বা পিতৃকর্ম্মদা সঙ্কীর্ত্তন তৌবা কাঙ্বু অমা লৈ, মতুসু চপ অসিনা হৌগৎপতনি। অতুমদি ওইরগা ফিজেৎতি অমা হোংলকই। শঙ্ অসিনা নিপামচা শিংবু নূপীগী ফিজেত্তা দুর্গাপূজাদা জগোই শাহল্লি। গোষ্ঠলীলাসু শঙ্ অসিগী ওজাশিংনা তম্বীবনি। য়াওশঙ্গী হোলিগী থবক্তসু শঙ্ অসিনা শীনৈ।

# অষ্টকাল সেবা

## অষ্টকালগী মতম লোৌবা

১। নিশান্ত ( অহিংমমৈ )—নুমিৎ থোক্ত্রিদৈ দণ্ড ৬

২। প্রাতঃ ( অয়ুক ) নুমিৎ থোকপা মতুং দণ্ড ৬

৩। পূর্ব্বাহ্ন ( নুমিৎ মাংগোনময়ায় য়োৌবা মতম )— প্রাতঃগী মতুং দণ্ড ৬

৪। মধ্যাহ্ন ( নুমিৎ য়ুংবামতম ) পূর্ব্বাহ্ন মতুং দণ্ড ১২

৫। অপরাহ্ন ( নুংথিল ) মধ্যাহ্ন মতুং দণ্ড ৬
৬। সায়াহ্ন ( নুমিদাং রাই ) নুমিৎ তাবা মতুং দণ্ড ৬
৭। প্রদোষ ( য়াচঙ বা ) সায়াহ্ন মতুং দণ্ড ৬
৮। নিশা ( অহিং ) প্রদোষ মতুং দণ্ড ১২

বৈষ্ণব দর্পণ ৫ ম অধ্যায়
পৃঃ ৭৪

**মথাদা অষ্টকাল লীলাগী মরমদা হায়রি—**

কুঞ্জাদ্ গোষ্ঠংনিশান্তে প্রবিশতি কুরুতে দোহনান্নাশনাদ্যাং
প্রাতঃ সায়ঞ্চলীলাং, বিহরতি সখিভিঃ, সঙ্গবে চারয়নৃগাঃ।
মধ্যাহ্নে চাথ নক্তং বিলসতি বিপিনে রাধয়াদ্ধাহপরাহ্নে
গোষ্ঠং যাতি প্রদোষে রময়তি সুহৃদো যঃ স কৃষ্ণোহবতান্নঃ।

গোবিন্দ লীলামৃতম্

**শ্রীগোবিন্দগী সেবাদা লৌবা মতমগী মওং দি—**

অহিং মমৈ ( মঙ্গলার্তি ), অয়ুক ( ধূপ আরতি মতম ), নুমিৎ মাংগোন ময়ায় য়োবা মতম ( শৃঙ্গার আরতিদগীনা লুক কৎপা ফাওবা ), নুমিৎ য়ুংবা মতম ( শয়ন, উত্থান আরতি ), নুংথিল ( গোষ্ঠদা লেঙবা ), নুমিদাংরাইরম ( গোয়াল আরতি ), * য়াচঙবা মতম ( লুক কৎপা, সন্ধ্যা আরতি ) নুমিদাং ( শয়ন আরতি )।

**মঙ্গল আরতি—**

মথক্কী ক্রম অসিগী মতুংইন্না অহিং মমৈ হায়বদি নোংয়ায় মতুং পুং ৩ তাবদা শ্রী৺গোবিন্দগী মঙ্গলার্তি কৎলি। পালানা ঈশৈ খোগন তৌই। অহানবদা গৌরপদ অমা শক্কনি মহুদি—

(১) দণ্ড অনিমথায়না ইংরাজি ঘণ্টা অমগা মায়ে।

(২) অষ্টকালগী শ্লোকপা মরোল্দি মৈতৈ জগোই ২ বা শরুক লামায় ১১৫-১২০ দা য়েংবীয়ু।

* য়াচঙবা মতমগী লুক কৎপনা হানবদি ৺বোধচন্দ্র মহারাজগী মতমতদগী ওনখিবনি। হায়দি সন্ধ্যারতিনা হায়ম্মী।

উঠ উঠ গোরাচাঁদ নিশি পোহাইল ।
নদীয়ার লোক সব জাগিয়া বৈঠল ॥
ময়ূর-ময়ূরী রব কোকিলের ধ্বনি ।
কতসুখে নিদ্রা যাও গৌরগুণমণি ॥
অরুণ উদয় ভেল কমল প্রকাশ ।
তেজল মধুকর কুমুদিনী পাশ ॥
করজোড় করি বলে বাসুদেব ঘোষে ।
কত নিদ্রা যাও প্রভু আলস আবেশে ॥

ভক্তি তত্ত্বসার-১৬৫০ পৃঃ

**মথংদা মথাগী শ্লোক অসি থীগনি—**

রজনী চরম যামে স্তোকত'রাভিরামে
কিমপি কিমপি বৃন্দাদেশ জাতাভিনন্দা ॥
বিততিরকৃত রাধাকৃষ্ণয়োঃ স্বাপবাধা ।
মতি মৃত্ত বচনানাং শারিকানাং শুকানাং ॥

সঙ্কীর্ত্তনাবলি পৃঃ ২৫

**মথংদা মথাগী ঈশৈ অসি মথং মথং লৌথগনি—**

১। রাই জাগ ( রাইজাগ ) শুক শারী বলে।
কতনিদ্রা যাও কাল মাণিকের কোলে ॥
রজনী প্রভাত হৈল বলিয়ে তোমারে ।
অরুণ কিরণ দেখি প্রাণ কাঁপে ডরে ॥
শারী বলে শুন শুক গগনে উড়ি ডাক ।
নবজলধরে আনি অরুণেরে ঢাক ॥
শুক বলে শুন শারী মোরা পোষা পাখী ।
জগাইলে না জাগে রাই ধর্ম্ম কর সাখী ॥

(১) বিদ্যাপতি কহে চাঁদ গেল নিজ ঠাঁঞি।
অরুণ-কিরণ হবে উঠি ঘরে যাই॥

পদরত্নমালা

২। সময় জানিয়া দুঁহু উঠিয়া বসিল।
রাই অঙ্গ বেশ সব করয়ে সাজন॥
শীতল চন্দন পুন করু সাজে।
টুটল আভরণ সশোভন করে॥
কুলেধরি রাইমুখ পুন পুন চুম্বন।
গোবিন্দ দাস পহুঁ পরমাদ জান॥

অসিনচিংবা

**মথংদা গৌরাঙ্গ আরতি শক্কনি মচুদি—**

(২) মঙ্গল আরতি গৌরকিশোর।
মঙ্গল নিত্যানন্দ জোরহিঁ জোর॥
মঙ্গল শ্রীঅদ্বৈত ভকতহিঁ সঙ্গে।
মঙ্গল গাওত প্রেম তরঙ্গে॥
মঙ্গল বাজত খোল করতাল।
মঙ্গল হরিদাস নাচত ভাল॥
মঙ্গল ধূপ দীপ লইয়া স্বরূপ।
মঙ্গল আরতি করে অনুরূপ (২)॥

---

(১) ঐদৈ অসি কীর্ত্তন গীতরত্নাবলী, ভক্তিভত্বনায় অমদি পদরত্ন মালাদা য়াওই। কীর্ত্তনের গান হায়বা অদুদদি বিদ্যাপতিগী মহুত্তা—

বংশীবদনে কহে চাঁদ গেল নিজ ঠাঁই
অরুণ কিরণ হবে চল ঘরে যাই—

হায়না য়াওই। লাইরিক থূদোংগীময়েক মশোন থয়া থয়া থেন্নবনু থেংনৈ।

(২) অপরূপ—পাঠ

মঙ্গল গদাধর হেরি পহুঁ হাস।
মঙ্গল গাওত দীন কৃষ্ণদাস॥
ভক্তিরত্নহার ৩৫৮

মথংদা শ্রীরাধা গোবিন্দগী যুগল আরতি শরুনি মতুদি—

কুঞ্জ পট-রাজ রাণী অতি সুবিরাজে।
ঝন্দন ব্রজ-ললন সব মঙ্গল করু সাজে॥
ঘৃত-ঘন সার বর্ত্তি কাঞ্চন দীপদান।
লেই করল ললিতা প্যারী নিরখি যুগল কিশোর॥
সখিবৃন্দ বিবিধ যন্ত্র লেই ঝুমরু গায়ে।
অতি সুর তাল অতিসুরঞ্জন পঞ্চম স্বর গায়ে॥
সেবা পরাসখিগণ সব অষ্ট মঞ্জরী।
চামরে ব্যজন মণি খচিত কাঞ্চন সম্পুটি॥
দীন হীন গজেন্দ্রদাস যুগল কিশোর নামা।
অবিরত মম রসনে ভায করু কৃষ্ণ নাম॥
সঙ্কীর্ত্তনাবলি পৃঃ ২৬

অসুম্না রাধাগোবিন্দগী আরতি কৎপা লোইহুনা থুরুম্লগা থুকউ থূদক কূম্না লৈগনি। মন্দিরসেবকনা অচাকপা বর্ত্তি মুথত্তুনা বৈষ্ণব-শিংদা মৈথু মনম য়েনবীগনি, পূজারী ব্রাহ্মণনা মন্ত্র থীনা থীনা শঙ্খ-জলনা কোক্তা চাইবীগনি। লোইরগা থুরুমহুনা হৌগৎকনি। মসি আরতি থূদীংগী তৌগদবা মওঙ্নি। মথংদ রামকৃষ্ণগী আরতি অমূক কৎকনি। মতুগী ঈশৈদি—

শ্রীরাম কৃষ্ণ আরতি—

মঙ্গল আরতি শ্রীরাম গোপাল।
অধম উদ্ধারন ভক্ত প্রতিপাল॥ ধ্রু
কাঞ্চন থালিপর ঘৃত দীপাবলি।
মঙ্গল তুহু গুণে ( গুণ ? ) গাওয়ে সুস্বরে॥

দেই ঘন করতালি মৃদঙ্গ মুধরে ( মধুর ? ) ॥
মঙ্গল তুহু মুখ করে ঝলমল ॥
সপহুঁ পদারবিন্দে ব্রাহ্মাশিব ধ্যান।
গম্ভীরসিংহ চিত্তভৃঙ্গ রহু মধুপ ন ॥

## মথংদা শ্রীজগন্নাথ আরতি থোগন তৌগনি মতৌদি—

### ৺জগন্নাথ আরতি

মঙ্গল আরতি জগন্নাথ রায়।
সর্ব্বলোক হরষিত শ্রীমুখ চায় ॥ ধ্রু
কাঞ্চন থালি পর সহস্র বর্ত্তিধরে।
ধন্য বদন-কমল আরতি করে ॥
জয় জগন্নাথ ধ্বনি উঠিছে বিস্তরে
সে শব্দ ভেদিল গিয়া ব্রহ্মাণ্ড-কুহরে ॥
সুরনর মুনিগণ স্তুতি জোড় হাত
বলিহারি কৃষ্ণদাস মাগু প্রণিপাত ॥

অমুম্মা লায়থোঙ্ অহুমগী আরতি থোগন লোইরবদা মথাগী ঈশৈ অসি শক্তুনা মন্দির পরিক্রমা তৌগনি—

### পরিক্রমা—

(১) রাধা কৃষ্ণ প্রাণ মোর যুগল কিশোর।
জীবনে মরণে গতি আর নাহি মোর ॥
কালিন্দীর (২) তীরে তরু কদম্বের বনে
রতন বেদীর পরে বৈসাব দুইজনে ॥
শ্যামগৌরী অঙ্গে দিব চুয়া চন্দনের গন্ধ।
চামর ঢুলাব কবে হেরি মুখচন্দ ॥
গাঁথিয়া মালতীর মালা দিব দোঁহার গলে।

(১) রাধেকৃষ্ণ—পাঠ (২) কুলে—পাঠ

* অধরে তুলিয়া দিব কর্পূর তাম্বুলে ॥
ললিতা বিশাখা আদি যত সখীবৃন্দে।
আজ্ঞায় করিব সেবা চরণারবিন্দে ॥
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য (৩) প্রভু (র) দাসের অনুদাস।
নরোত্তম দাস করে সেবা অভিলাষ ॥

পদকল্পতরু ২১৯১

অস্তুন্না ঈশৈ অসি শক্তুনা পরিক্রমা তৌবা লোইরগা মথংদা মথাগী অসি হায়তুনা লোইশিনগনি মতুদি—

"আজুত প্রভাত বল জয়—" অসিনচিংবা

মেরা থাদদি মসিগী মতুত্তা মথাগী অস্তুম তৌগনি মতুদি—

"শ্রীরামকৃষ্ণ গোবিন্দ গোপাল দীন দয়াল ॥
প্রভু নিত্যানন্দাদ্বৈত শ্রীকৃষ্ণ চৈনন্যচন্দ্র ॥"

লোইশিল্লকপদনা মথক্কী "আজুত প্রভাত বলজয়" হায়বসিনা লোইশিনগনি।

# ধূপ আরতি

অয়ুক পূং ৫ তাবদা শ্রী৶গোবিন্দগী ধূপ আরতি থৌগন তৌই। মসিদদি পালানা ঈশৈ থৌগন তৌদে। পুজারী ব্রহ্মণতনা আরতি কৎলি। থায়নদি আরতি অসি দর্শন পীরম্মী অদুবু ৶বোধ ন্দ্র মহারাজ সনা হাক্তুক্তা শৃঙ্গার তৌত্রিভৈদা দর্শন পীবতু পামদবদগী থিংখি। বৈষ্ণব-বৈষ্ণবীশিংনদি মতু পেন্নখিদে। মখোয়না হায়— ভগবানগী অবস্থা পূন্নমক দর্শন তৌজনীংই, দর্শন ফংহনফম

* লাইরিক্তদি মথক্কী মওড় অসি কায়দনা লৈ। থুরক্তস্থ লোইনা অত্নমক শক্লে অদুবু অহিং মমৈদা তাম্বুল সেবা তৌবতু বৈষ্ণবশিংগী শরণিদা অপনবা লৈবনা গোবিন্দজীদদি মতাং আস য়াওদে।

(৩) প্রভু দাস অনুদাস—পাঠ

থোকই। অদুবু মপুগী য়াথংনা অতুম্বক কনবা তাখি। মমৈদদি থোঙ্ হাইফেৎ হাংদোকপগী সনা য়াথংদি পীখি। মসি গোবিন্দগী নিদ্রালস কোক্কবা মনম হুংশিবা ধূপকী মৈথুনা থৌগনবগী ভাবনি।

## *শৃঙ্গার আরতি

অয়ুক পুং ৮ দা শ্রী৺গোবিন্দগী শৃঙ্গার কৎলি। পালান ঈশৈ থৌগন তৌই। থায়নদি নিংথৌগী রাণীশিংনা লুচিংহুনা নুপীনা ঈশৈ থৌগন তৌরম্মী—নিপা য়াওরমদে।

## নুপীনা শকপা ঈশৈ

রাধা গোবিন্দগী—

আরতি রতি রম্য শ্রীরাধা-গোবিন্দ ॥ধ্রু
গাওত আনন্দে অমৃতের ধারা ॥
বৃষভানু নন্দিনী শ্রীনন্দের নন্দন
রতিসুধা রসমাঝ ডুবি রইল দুহুঁ ॥
বঞ্চিত শ্রীরূপানন্দ লীলামৃত মকরন্দ
যুগে যুগে না ছাড়হ কৃপাময়ী রাধে ॥

## কৃষ্ণবলরাম আরতি

রামকৃষ্ণ দুহু ভাই আরতি করে।
ঝলমল আভরণ নয়ন ভরিল ॥
শঙ্খ ঘণ্টা মৃদঙ্গ বাজে করতালি।
ঘৃতঘন সার বর্ত্তি কাঞ্চনের থালি ॥
দীন হীন নরসিংহ (এই) মনে করি আশ।
জনমে জনমে দুহুঁ চরনের দাস ॥

* ধূপ আরতি অমসুং শৃঙ্গার অনিমক অসিদা বৈষ্ণব-বৈষ্ণবী কাঙ্বু কাঙ্বু দর্শন তৌবা লাক্নে। থৃত্তা লৈগী য়েন্দায় মচা অমমমগা নংননবা মমলি-ডৈদগী চেনথৎনয়কই। লম্বাদা লাকপদা কনাগুম্বগী থোঙ্গাম্বা থেত্তুনা থয়বা লৈসু লোয়্হুনা পুরকই। লৈতম্সু নত্তে—ইনথাং-নাপী কয়া কয়াসু মথাগী

## জগন্নাথ আরতি—

জগন্নাথ প্রভুজিকি আরতি করে।
সহগণ চিত্ররূপ গুণ-গান দিয়ে॥
নাচত চৈতন্য প্রভু পুলক শরীরে।
শঙ্খ,মৃদঙ্গ ঘণ্টা জয় রাম জয়রে॥
ভদ্রসিংহ এই বাঞ্ছা জগন্নাথস্বামী।
ভবভূমি কতশত নয়ন পথগামী॥

অসুম্না লাইথোঙ্ অহুম্বক্কী আরতি থৌগন তৌবা লোইরগা "লালসা" শক্কুনা পরিক্রমা তৌগনি। পরিক্রমা লোইরবদা মথাগী গৌরাঙ্গ প্রার্থনা অসি লাইমাঙ্দা শক্কনি। মহুদি—

জয় জয় শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য দয়াময়।
পতিত পাবন জয় জয় মহাশয়॥
তুমি না করিলে দয়া কার লইমু পদছায়া॥
হা গৌরাঙ্গ গুণনিধি প্রেমদাতা শিরোমণি॥
হা চৈতৈ হা চৈতৈ কোন দিনে দয়া হবে রে॥
মোকে দয়া না করিলে অনাথ-নাথ কে বলিবে॥

মথক্তা হায়রিবা 'লালসা' অসিগী মহুত্তা বৃন্দাবনগী সিদ্ধবাবা ( উড়িয়া ব্রাহ্মণ ) না শেম্লম্বা মথাগী ঈশৈ অসিনসু থৌগন তৌনরম্মী মহুদি—

জয় জয় রাধেকৃষ্ণ রাধা গোবিন্দ॥ ধ্রু
একবার মোরে দয়া (দয়া) করহে॥

ইংথোন্দগী নত্রগা কৈথেন্দগী লৈনহুনসু কৎনবা পুনরকই। অসুম্না ধূপ আরতি দর্শন চৎলুরগা মুমিৎ ভরং ভরং থোক্লক্লবদা মথোয়না অমুক হন্নরকই। লোয়নবা পুরকই—চরণামৃত অমদি নির্ম্মাল্য। লম্বীদা অপাম্বা কনাগুম্বদসু মহু য়েল্লম্মী, ঈশিংদসু থাদরম্মী। য়ুম য়ৌরগসু য়ুমলোন কৈরোম্লবদসু কোয়না য়েনহুনা পীরই।

25906



( ললিতার প্রাণসখি হে,
বিশাখার ,, ,, ,, ) ॥
অষ্টসখি শিরোমণি জয় রাধে ॥
নটিনীর ,, ,, ,, ,,
রাধা রাধা বোলি তুয়া নামা বোলি
ডাকে মুখে ( বুকে, তোকে ) উচ্চৈস্বরে রাধে ॥ কৃষ্ণহে
শৈলেন্দ্রমুকুটমণি-গোবর্দ্ধন
তাতে তেমনি বাস ক'রি রাধে ॥
প্রার্থনা করয়ে দীনকৃষ্ণদাস
আশা পূর্ণকর প্রাণেশ্বরী ॥ কৃষ্ণহে

মথক্কী অসিনা লৈমসাজ ইবেম্মশিংনা থৌগন তৌরিঙৈগী মওঙ নি। হৌখিবা পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাউদগী দি ইবেম্মশিংগী থৌগন অসি খুদোং চাখিদবদগী ৺বোধচন্দ্র সিংহ মহারাজনা পাল্লা লোয়শঙ্গী ওজাশিংবু শিলহনবীখি। মত্তু ঙসি ফাওবদা অহুম্মক চৎনরি। ঈশৈশিং মথাদা উৎলি—

## ৺গোবিন্দগী শৃঙ্গার আরতি

বিরাজিত আরতি শ্রীরাধা গোবিন্দ।
ভকত বৎসল (১) প্রভু চরণার বিন্দ ॥
ত্রিভঙ্গ ভঙ্গিমা ঠামে (রূপ) বদনসুগন্ধ।
(২) কমল-নয়ন অতি মনসিজ ধন্দ ॥
মকর-কুন্দল নাচে গণ্ডহি ছান্দ।
অধরে অরুণ কাস্তম ননসিজ ফাঁদ ॥
পীতাম্বর কটি পটি রমন আনন্দ।
ভাগ্যচন্দ্র মূঢ়মতি মাগে পদদ্বন্দ্ব ॥

---

(১) পন্তি—বিজয় পঞ্চালী।
(২) কমল নয়ানে রতি রমনীর ফান্দ— বিঃ পঃ
যেংগদবা—বিজয় পঞ্চালীগী মথক মথা ওইনে।

মথংদা রাম কৃষ্ণগী আরতি শক্কনি—

ঈশৈ

জয় জয় রামকৃষ্ণ আরতি করে।
গোপ গোয়াল সঙ্গে সতত বিহরে ॥
নানা মণি-কাঞ্চন আভরণ সাজে।
বৃন্দাবনে সখা সঙ্গে গো'চারণ রাজে ॥
শঙ্খ ঘণ্টা মৃদঙ্গাদি বাজে করতাল।
চৌদিগে ভকতগণ বলে ভালে ভালে ॥
দীনহীন গম্ভীরসিংহ এই অভিলাষ।
জনমে জনমে হুহুঁ চরণের দাস ॥

মথংদ জগন্নাথ আরতি অমুক কৎকনি—

ঈশৈ

জয় জয় শ্রীজগন্নাথ আরতি করে।
নিরখত চারণারবিন্দে আপদ হরে ॥ ধ্রু
ঘনন ঘনন ঘণ্টাবাজে বেণু বাজরে।
বাজত মৃদঙ্গতাল নাদ গুঞ্জর ॥
কাঞ্চন-মণি-দ পদান-জ্যোতি দগমগিরে।
গো-ঘৃত অগরু পতিত-পাবন কিঙ্করে ॥
ইন্দ্রদ্যুম্ন সিন্ধুকাছে রহি নাদকরে।
* মার্কণ্ড ? শ্বেতগঙ্গা আনন্দ বিহ্বরে ॥

---

* মার্কণ্ড— মাস মার্কণ্ডেয় সরোবরগী অপভ্রংশনি। মসি জগন্নাথ মন্দিরগী কোক্রপাংবদা মাইল মথায় অমা চৎলগা লৈ। মসিসু পঞ্চতীর্থগী মন্থুংচল্লি। উৎকল খণ্ডদা মসিগী শন্দোকপা মরোল য়াওরি। পুরাণনা হায় 'শ্রীক্ষেত্রদি প্রলয়দা য়াওদে, মাঙবা নাইদে 'হায়না ভগবাননা হায়বদগী মতম অতুদা হোরম্বা বটবৃক্ষগী কোক্রপাংবদা মার্কণ্ডেয় মুনিনা শেমলম্ব তীর্থ অমনি। চৈত্রগী অশোকষ্টামীদা 'কালীয়দমন লীলা শরৈ।

সুরনর মুনিগণ দ্বারে ঠারে
ব্রহ্মা বেদ উচ্চরে।
ধন্য ধন্য রাঘবদাস আরতি করে ॥

অসুম্না আরতি কৎপা লোইরগা খুরুমজনা মথংদা পরিক্রমা তৌগনি। মসিগী ঈশৈদি লালসা, যুগল, মনশিক্ষা, যুগল প্রার্থনা শরুগা মথংদা গৌরাঙ্গ প্রার্থনা শক্তনা লোইশিনগনি।

## ভোজন থৌগল

মথক্তা তৌখ্রিবা অসুম্না শৃঙ্গার কৎপা পুমলোই লোইবগা মন্দির সেবকনা মন্দির মনুং শেংদোক্লবদা পন্দনা অজুম্মক লুক-চল্লগনি। মথক্তসু হায়গ্রে, পূজারীনা খদাঙ্-চেৎ লাক্তনা, লুক হোজ্জিল্লকপা অসিদা খদাঙ্চেৎ লাকপা তুহোন অমনা লম্বী ঈশিং খিক্কনি, ফিজেৎ মাম্নবা তুহোন অমনা লুক মথক্তা পে খান্দুনা থৌগন তৌগনি। মসি হুমিৎ মঙান উদনবনি হায় অদুবু উচেক-ব্রায়া অমদি তীল-কাঙ্না শোক্তনবগী লমদসু ওইনা চেকশিনবনি। লুক অজুসু অশেংবা অঙৌবা ফি-না কুপশিনগদবনি। অসুম্না হোৎনবনা অয়ুক পুং ৯ তাবদা ভোগ কৎলি। ভোগ কৎলিঙৈ অসিদা মন্দির প্রাঙ্গণগী মথা থংবা ময়া অমদা অরাং-ওম্না গীতা-থীব ব্রহ্মণ অনিনা গীত পাঠ তৌগনি। অজুগা গীতাপাঠ তৌরিবা অজুগী মনাক্তা মন্দির মথাদা পাল লোয়শঙ্গী অকাবা পালা ওঝা অমনা পুং য়াওদনা ঝাল পায়জুনা মায় অরাং ওম্না থুকউ নামা লৈতাজুনা কম্নগা ঈশৈ শক্তনা ভোগথৌগন তৌই। করিগুম্বা নোং-চীং তারবদি বৈধপতা কাথত্তনা অজুম্মক থৌগন ঈশৈ শকপা য়াই। হায়নবা লৈ—থায়নদি ভোগ থৌগন অসিদা পালা ফানা শরুরম্মী।

---

খেতনবা—পুরী মন্দিরগী মনাক্তা মথাৱোমদা লৈবা কুণ্ড অমনি। মায়কৈ মরিনক্তা নুংনা সিঁড়ি চল্লি।

## ঈশৈ

জয় জয় শ্রীরাধা গোবিন্দ।
নবীন মোহন-রূপ কামরতি গণভূপ ॥
কেলি কলা রসময় কন্দ ॥ ধ্রু
সখিগণ সঙ্গে করি ভোজনমন্দিরে
চলি কাঞ্চন বেদিকা আছে যাতে ॥
অসিনচি'বা

ভোগ থৌগন অসি মেরা থা নত্তবা অতৈ পূম্নমক্তদি অয়ুক্তমক তৌই। মেরাগীদি হুমিদাংদসু পুং অনি মৈতৈনা পালা ফানা থৌগন তৌই। উমখিন্দ্রবদনা পুং অমগা ঈশৈ শকপা অমগা তৌগনি।

## মেরাগী হুমিদাং ভোজন থৌগল
### ঈশৈ

* ভজ গোবিন্দ মাধব গিরিধারী ॥ ধ্রু
গিরিধারী গিরি-গোবর্দ্ধন ধারী।
কেলি কলারস মনোহারী ॥
শ্রীবৃন্দাবনমে চন্দ্র-চিকণিয়া
ললিতা-বিশাখা-চিত-হিত-কারী।
নন্দ-নন্দন ত্রিজগতবন্দন
গোবিন্দ গোকুল-বন-চারী ॥ পদকল্পতরু ২ ২৭

অসুম্না অয়ুক্কী ভোগ কৎপ লোইরগা লুক পূম্নমক হোন্দোকই। লাইচঙ্বা পূজারীনা ভোগ আরতি অমুক কৎলি। মসিদদি পালানা ঈশৈ থৌগন তৌগ্রে, হুমিদাংদদি তৌই। অসুম্না আরতি লোইরগা দিবা শয়ণ তৌহনা মন্দির থোঙ্ থিংই। মথংদা অমুক উত্থান আরতি কৎলি। মসিদসু পালানা ঈশৈ শক্তে। চুম্নগী শরাক শীংলগা লোইরে। অসুম্না অয়ুক পুং ৯ দগীনা ১০॥ ফাওবদা মথং মথং লুক

* ভক্তিরত্ন হার—৪২৩ পৃঃ সঙ্কীর্ত্তনাবলি—৪৩পৃঃ

কৎপা, আরতি, শয়ন অমসুং উত্থান আরতি কৎলগা মন্দির থোঙ্ অহুম্মক খিংলে। গোয়াল য়ৌত্রিবা ফাওবা অসুম্না লাইথোঙ্ থিংহুনা কনাদসু দর্শন পীরমদে। অদুবু অরাম্প্রদগী লাকপা ভক্তশিংগী নিঙ্বা কায়জদনবা হায়রুনা হুজীক্তি গোয়াল আরতিগী মমাঙ্ খরা ওইরপনা মন্দিরগী থোঙ্ খরদং হাংহনখ্রে।

**গোয়াল আরতি**—অসুম্না নুংথিন পুং ৪॥ দা থোঙ্ হাংলগা বেরা কতুনা পুং ৫ তাবদা গোয়াল আরতি কৎলি। মসিদসু ঈশৈ য়াওদে। আরতি মতমদা মী য়াম্বদি শৃঙ্গারগা মসিগনা খ্বায়দগী হেল্লি। মতম অনি অাসনা খ্বায়দগী হেন্না নুংঙাইবা মতম ওইবা দর্শন লাক্নবা মীগী মশীংসু হেল্লি। গোয়াল আরতি দর্শনগীদমক ততুনা কাবা গোয়াল ভাবক হায়না খঙনবা অহল্লম্মন কাঙবু অমা লৈ। মখোয়না হুমিং খুদীংগী অকরুবা মতমদা ভনখৎনা লাক্লগা ময়াম পুন্না ফমহুনা ধর্ম্ম-কথা তৌহুনা মতম লেল্লি। আরতিগী মতমদা লাইথোঙ্গী থা-রাংদা পরেং অনি থোক্না লেপ্তুনা দর্শন তৌই। মখা থংবা পরেংদা ভাবক অহন্না মন্দিরগা তাইননা লেপ্তুনা মকোক চিংই অমসুং আরতি লোইরগা মহাক্না জয়ধ্বনি লাউহুনা ময়াম্না খুন্মী। মাণ্ডপতা কৃষ্মে ফিয়োং তৌরবদি গোয়াল ভাবকশিং অসিনা মণ্ডপ ময়োনগী অরাং থংবগী নোংপোক থংবা তংখায়দগী হৌহুনা মকোক মথং নাইন নোংপোক ইন্না ফম্মী। অরাংদা ফম্মী হায়হুনা মখোয়বু 'অরাং-ভাবক' হায়নসু খঙনৈ। অহন অহন্না শিখ্রগা মথং মথংনা মকোক ওই।

## সন্ধ্যা আরতি

পৃথিবীগী অনিশুবা লাঙাউ মমাঙ্দদি সন্ধ্যা আরতিনা হাল্লগা কোন্না লুক কৎলম্মী। বোধচন্দ্র মহারাজ সনা য়াথংনা হুজীক্তি সন্ধ্যা ৵আরতিগী মমাঙ্দা লুক কৎখরে। পালানা আরতি মতমদা ঈশৈ থৌগন তৌই। য়াচঙ্বা মতমদগী গৃহাগমনদগী হৌনা মথং মথং কৃষ্ণরূপ ফাওবা শকৃই। বংদেশ পালানা থৌগন তৌরবসু ঈশৈদি অমতুনি।

অহানবদা গৌরপদ শক্কনি, ওমত্রগস্সু থাদোকপা য়াই।

## গৃহাগমন

বন সঞে গিরিবরধর ঘর আয়ে।
জলদ হেরি জনু হরষিত চাতকি ॥
* ব্রজরমণিগণ মঙ্গল গাওয়ে।
অসিনচিংবা—

## * কৃষ্ণরূপ

হেরইতে জগভরি মদন বিঠার
কিশলয় বলিত ললিত মণিকুণ্ডল
মণ্ডিত গণমকোর উজিয়ারে
বিপিন বিহার করি
ঘরমে আওল হরি
ঝামরু নীলোৎপল কান্তি
গোবিন্দদাস পহুঁ নব নব শেখর ॥

## মথংদা গৌরী ঈশৈ শক্কনি

## ঈশৈ

ভালি গোরাচাঁদের আরতি বনি।
(১) উঠে সংকীর্ত্তনানন্দ মধুর ধ্বনি ॥
শঙ্খ বাজে ঘণ্টাবাজে বাজে করতাল।
মধুর মৃদঙ্গ বাজে শুনিতে রসাল ॥
বিবিধ (২) কুসুম ফুলে বনি বনমালা।

---

* মতুম লৈত্রবদি মলিদগী অহুম্মক আরতি কৎপা য়াই।
* অসি নত্তবা কৃষ্ণরূপ অতৈন্সু শক্কবা য়াই।
(১) বাজে সঙ্কীর্ত্তন—পাঠ
(২) সুষম– পাঠ

কতকোটি চন্দ্রজিনি বদন উজালা ॥
ব্রহ্মা আদি দেব যাঁকো (কর) জোড় করে
সহস্র বদনে ফণী মণিছত্র ধরে ॥
(১) শিব শুকনারদ বেদ বিচারে (ব্যাস বিসারে ?)
নাহি পরাৎপর ভাব ভরে ॥
শ্রীনিবাস হরিদাস পঞ্চম গাওয়ে।
গদাধর নরহরি চামর ঢুলাওয়ে ॥
বীরবল্লভ দাস শ্রীগৌরচরণে আশ।
জগভরি রহল মহিমা প্রকাশ ॥
ভক্তিতত্ত্বসার ১৬৯৮

অসুম্মা গৌরাঙ্গ আরতি অসি শকপা লোইরগা মথংদা যুগল আরতি শক্কনি। মতম অসিদদি শরীক কাংসীনরিবা য়ৈত্থনা দর্শন লাকপা মী অতৈশু পবেং অনি লেপ্পুনা লৈগনি। পরেং অনি অসিগী মরক্তা পালা ওজাশিংনা লেপ্পুনা ঈশৈ থোগনগনি। আরতিগী লাইথোঙ্ হেক হাংদোরকপদা খুরুম্মরগা হৌগত্তুনা মোইবুং খোঙ্গেন লোয়নন্না ঈশৈ শকপা দর্শন তৌবা হৌগনি। রাধা গোবিন্দগী সিংহাসনগী খা-য়াংদা, আরতি কৎলিবা পূজারী ব্রাহ্মণগীনা নোংপোক লোমদ মন্দির সেবক ফুহোন অনিনা চপ চপ মান্ননা কাংহাই চামর থৌগন তৌগনি।

## যুগল আরতি

শ্রীরাধা গোবিন্দ আরতি সময়ে।
খোল করতাল ধরি মঙ্গল গাওয়ে ॥ ধ্রু
জয় জয় কলরব বৈষ্ণব নিকরে।
কই কই নাচত কই তাল ধরে ॥

---

(১) মথক্কী লাইন অনি অসি মাসগী লাইন ২ অসিগী মথংদা ওজাশিংনা থনম্মী। মরেকক্ থন্না থন্না থন্নবা লৈ।

তুহুঁ মুখ সুন্দর-জ্যোতি নিরখি (রে ?)
লজ্জিত নিশকার গগনহি লোকে ॥
নীল-পীতবাস শোভিত তুহুঁ অঙ্গে।
তুহুঁ তনু ভাসল প্রেম-তরঙ্গে ॥
তুহুঁ মুখ মধুপান নয়ন চকোরে।
* সদাই বাঞ্ছা ( করে ) নরসিংহের অন্তরে ॥

## আরতি লোইবদা জয়ধ্বনি লাউবা

জয়ধ্বনি—অসুম্না আরতি লোইরগা ফমথতুনা ঈশৈহনবনা লাউগনি মতুদি

'জয় জয় শ্রীরাধা গোবিন্দ সন্ধ্যা আরতি
হরিবোল হরিবোল।'

অতৈ পূম্নমক্না মকোক নৈপা ম শোক্না থুরুম থুরুম্না থুমগনি—"হরে হরে।" অসুম্না লাউবা থুম্বসি আরতি থূদোংম্ক্কীনি। পালানা ঈশৈ থোগন তৌজ্রবসু দর্শন তৌরবা বৈষ্ণবশিং অতুগী খরা অহল ওইম্বা অমনা নক্রগনা লাইশঙ্লাকপা কৈরুংবনচিংবা মতম মতম অতুদা দর্শন তৌরম্বা মীনা হায়রিব জয়ধ্বনি অসি লাউগনি। মুপী মথৈতনা দর্শন তৌব মতমদসু অহন ওইবী নক্রগা নিংথৌগী রাণীশিংনা লুচিংবী ওইনা অতুম্মক লাউনৈ। মঙ্গলার্তি, শৃঙ্গার,-আরতি অমসুং সন্ধ্যা-আরতি মখোয় অসিদি ঈশৈহনবনা অতুম্মক লাউই। ধূপ আরতি, ভোগ আরতি, গোয়াল আরতি, শয়ন আরতি মখোয় অসিনা দর্শন তৌবা মীশিংনা অতুম্মক লাউই।

লাউরিবা মরোল্দা আরতি মমিংগা লাই মমিংগা হাপ্তুনা খেন্নহল্লগা লোইরে, চপ অতুম্মক মান্নগনি মতুদি—

জয় জয় শ্রীরামকৃষ্ণ
সন্ধ্যা আরতি হরিবোল হরিবোল।

---

* লাইন অসি কয়া নুংঙাইতে—অদুবু লাইওকনা তৌরম্লি কয়াবান্নরে

'জয় জয় শ্রীজগদ্বন্ধু বলভদ্র সুভদ্রাজিকী সন্ধ্যা আরতি হরিবোল হরিবোল'—অসিনচিংবা।

**শঙ্খজল** চাইবা—আরতি লোইরগা মন্দির সেবকনা মৈ মুৎলবা বর্ত্তিগী মৈখুনা মাঙ থাদুনা চৎলগা ব্রাহ্মণনা শঙ্খজল অসুম চাইবগী রা মথক্তসু হায়ব্রে। মসিগী থোইদোকপা খরদি, মতম অমত্তদা নিংথৌ মহারাণী অমদি অচৌ অচৌবা ব্রাহ্মণ হায়বদি গুরু, ব্যবস্থাকারী-নচিংবসু পূন্না আরতি দর্শন তৌমিন্নবা থোক্লবদি মন্দির প্রাঙ্গনদা লৈরিবা হনুমান গড়ুরনচিংবদা খীক্লম্বা লোইরগ ইহান হানবদা হায়-খ্রিবা ব্রাহ্মণশিং অদুদা হান্না চঙ্‌দুনা খীক্লগনি, মথংদা নিংথৌ মহারাণীদা চঙ লম্লগা কোন্না পালানচিংবা মথং মনাউ নাইনা হায়বদি ঈশৈ হনবদগী হৌনা বর্ত্তি মৈখু পীবা, শঙ্খজল খীকপা তৌগনি। মী য়াম্মনবা থোক্লবদি পূজারী ব্রাহ্মণনা মখুত্তা হৈদুনা লাপ্না লাপ্না ঈশিং লংলকই। ভগবানদা কৎলুরবা শঙ্খ মনুংগী ঈশিং অসিনা শোকপদা পাপ পুম্নমক কোকই হায়না বৈষ্ণবশিংনা থাজনবা লৈ। মরম অদুনা মরীক অমত্তং ওইরবসু ফংহৌনবা কন্না হোৎনৈ। অসিগুম্বা শঙ্খজল চাইবা মতম অসির্দাদি লেপ্পা নত্রগা নীংগাঙনা ফম্বা থক তৌরোই-দবনি, খুকউ খুদক কুন্দুনা খুৎ অনিনা মাঙদা লৈপাক্তা শোক্লুনা ফণ শানা ভাইদুনা লৈগদবনি। নত্রবদি শঙ্খজল অদুনা খোঙদা চোংখি-দুনা অচৌবা পাপ লঙ্‌শিল্লুবা য়াই। অসুম্না শঙ্খজল চাইরবদা মহু কোক নোন্দুনা ওক্লগা লৈত্তানা থুরুমগনি। অসুম্না পূজারীনচিংবনা মাগী মাগী থবক লোইদুনা মন্দিরদা চঙখ্রবদ মথংদা রাম কৃষ্ণগী থোঙ্‌ লোমদা অমুক চৎনগনি। মফম হোংবা অসিদা অরাংগী পরেংন হান্না মরক লানশিন্দুনা চৎপা য়াদে। মথাগী পরেংনা চৎখ্রবদা অরাংনা কোন্না লাকনি হায়বদি লাইথোঙ্‌ হোংবা মতমদসু হান্নগী লৈরমলিবা পরেং অনি থোকপা মওঙ অদু কায়হন্দনা পুল্লপ পুল্লপ অদুম্মক চৎকনি। অসুম তৌদুনা রামকৃষ্ণগী লোইরগা অরাংদা জগন্নাথকী

থোঙ্ তন্না অমুক লাকপা মতমদস্থ অরাংগী পরেংনা লমজিংতুনা লাক্কনি। মচোই মচোই তৌবা য়াদে।

## রামকৃষ্ণ আরতি

### ঈশৈ

ব্রজগোয়াল সঙ্গমে ব্রজলাল লালজি
এ দোপ করলি এহ শ্রীবলদেবজি ॥ ধ্রু
লেই ঘৃত দীপাবলি শ্রীযশোদা মাই।
আরতি করলিয়ে দোমুখ চাই।
ব্রজ-গোয়ালিনী ঘেরি দোগুণ সুগাই ॥
ঘন করতালি হরখি মুখ চাই।
ধন্য ব্রজ-জীবন কাহ্নাই বলাই ॥
গম্ভীরসিংহ দো পগমে স্মরনকু চাই ॥

## জগন্নাথ আরতি

মসিগী ঈশৈদ হান্নগী "জয় জয় জগন্নাথ" হায়বনা হৌবা অহুনা অহুম্মক তৌগনি। তোপ্পা ঋমা লৈত্রে।

অসুম্না আরতি লোইরগা পরিক্রমা তৌগনি। পালা ওজাশিংনা খ্বায়গী মাঙ্ থাগনি। নিংথৌ মহারাণীনচিংবস্থ মখোয়গা হেক থংনবদা তুংদা চৎকনি নত্রগা মন্দির মথক্তা তোপ্পা অহুম্মক পরিক্রমা তৌখি-গনি। মসিনা অতৈ পরিক্রমাগী রানি। সন্ধ্যা আরতি অসিগীদি গারোটকী থাঙ্-তা পায়বা কাঙ্বু অহুনা খ্বায়গী মাঙ্ থাহুনা চৎকনি, মথংদা পালা, অহুদগী অতৈ বৈষ্ণবাশং। নূপীনা ইরোই লোইবদা চৎকনি।

সন্ধ্যা আরতিগী পরিক্রমা ঈশৈদি গৌর-গোবিন্দগী দশাবতারনা খোগন তৌগনি মহুদি—

প্রলয়পয়োধিজলে ধৃতবানসি বেদং।
বিহিতবহিত্র চরিত্র মখেদং॥
কেশব ধৃত মীন শরীর জয় জগদীশ হরে॥ ১
ক্ষিতিরতি বিপুলতরে তিষ্ঠতি তব পৃষ্ঠে।
ধরণিধরণকিণচক্র গরিষ্ঠে॥
কেশব ধৃত কূর্ম্ম শরীর জয় জগদীশ হরে॥ ২
বসতি দশনশিখরে ধরণী তব লগ্না।
শশিনি কলঙ্ক কলেব নিমগ্না॥
কেশর ধৃত শূকররূপ জয় জগদীশ হরে॥ ৩
তব কর কমলবরে নখমদ্ভুতশৃঙ্গং।
দলিত হিরণ্যকশিপু তনুভৃঙ্গম্॥
কেশব ধৃত নরহরিরূপ জয় জগদীশ হরে॥ ৪
ছলয়সি বিক্রমণে বলিমদ্ভুতবামন
পদনখনীরজনিতজন পাবন॥
কেশব ধৃত বামনরূপ জয় জগদীশ হরে॥ ৫
ক্ষত্রিয়রুধিরময়ে জগদপগতপাপং।
স্নপয়সি পয়সি শমিত ভবতাপম্॥
কেশব ধৃতভৃগুপতিরূপ জয় জগদীশ হরে॥ ৬
বিতরসি দিক্ষু রণে দিক্পতিকমনীয়ং।
দশমুখমৌলিবলিং রমণীয়ম্॥
কেশব ধৃতরামশরীর জয় জগদীশ হরে॥ ৭
বহসি বপুষি বিশদে বসনং জলদাভং।
হলহতিভীতি-মিলিত যমুনাভম্॥
কেশব ধৃতহলধররূপ জয় জগদীশ হরে॥ ৮
নিন্দসি যজ্ঞবিধেরহহ শ্রুতিজাতং।
সদয়হৃদয় দর্শিত পশুঘাতম্॥
কেশব ধৃতবুদ্ধশরীর জয় জগদীশ হরে॥ ৯

ম্লেচ্ছনিবহনিধনে কলয়সি করবালং।
ধূমকেতুমিব কিমপি করালম্ ॥
কেশব ধৃতকল্কিশরীর জয় জয়গদীশ হরে ॥ ১০

(১) শ্রীজয়দেবকবেরিদমুদিতমুদারং।
শৃণু সুখদং শুভদং ভবসারম্ ॥
কেশব ধৃতদশবিধরূপ জয় জগদীশ হরে ॥ ১১

য়াম্না তোয়না শীজিন্নবনা মথাদা অবতার তরা অসিগী চাউরাকপা অর্থ পীজরি—

১। * হে কেশব, হে জগদীশ, হে হরে! প্রলয়-সমুদ্রগী ঈশিংদা হিগী মতৌগুম লায়না বেদ পূম্নমকপু ঙাকপিখিবা অদুগুম্বা ঙা-গী মশক লৌখিবা ইবুংঙো নঙ্গী জয় ওইসনু ॥

২। হে কেশব, হে জগদীশ, হে হরে! পাক্লবা ননমগন্দা লৈপাক লৈমগী তুংফম ওইবও। পৃথীবি ধারণ তৌবদগী ননমগন্দা কোইরপ কোয়বা মফম অমা তঙ্তুনা লৈব—থেংগুগী মশক লৌবা ইবুংঙো নঙ্গী জয় ওইসনু ॥

৩। হে কেশব, হে জগদীশ, হে হরে! থা-গী মশাদা পাকপা মায়হিংগুম্না লৈপাক লৈমনা নঙ্গী য়াতোন্দা পক্তুনা লৈবা অদুগুম্বা ওক্-কী মশক লৌবা ইবুংঙো নহাক্কী জয় ওইসনু ॥

৪। হে কেশব, হে জগদীশ, হে হরে! নখূৎ থম্বালগী অঙকপা ফংলবা খূজীন্না হিরণ্য কশিপুগী মশাবু শেগায়বিখিবা অদুগুম্বা (১) নরসিংহগী মশক লৌবা ইবুংঙো নঙ্গী জয় ওইসনু।

৫। হে কেশব, হে জগদীশ, হে হরে। অঙকপা বামনগী

---

* কেশব—কোশ কোবা হিংচাববু হাৎপা, জগদীশ—তাইবঙ্ পানবগী মবুংঙো

(১) নরসিংহ—মীগী মশাদা নোংখা মকোক পানবা

য়েংগদবা—১১ শুবা শ্লোক অসিমদি শরুত্রবনু য়াই।

( খীকনেম্বা ) মশক লৌতুনা নঙ্গী খোঙ্থাং অহুমনা দৈত্য-নিংথৌ বলিবু নমথাক লাংদ-থুহনবীখিবা, নখোঙ্গী খুজীম্না শোকপিখিবা ঈশিংনা ( ব্রহ্ম না নঙোন্দা পাত্থ ওইনা কৎখিবা অতুগুম্বা গঙ্গাগী ঈশিংনা ) মী পুম্নমকপু শেংদোকপিরিবা অতুগুম্বা বামনগী মশক লৌবা ইবুংঙো নঙ্গী জয় ওইসনু ॥

৬। হে কেশব, হে জগদীশ, হে হরে ! পাপচেনবা ক্ষত্রিয় শাগে মথৈবু ( কুনমাথোইরক ) হাত্তুনা মখোয়গী ঈনা তাউথোকহন্দুনা লৈপাক লৈমগী পাপ অমদি মৈশা পুম্বা কোকহনবীখিবা পরশুরামগী মশক লৌবা অতুগুম্বা ইবুংঙো নহাক্কী জয় ওইসনু ॥

৭। হে কেশব, হে জগদীশ, হে হরে ! মায়কৈ ঙাকপা লাইশিংনা পামজবা মতুংইন্না রাবণগী মকোক তরামকপু লানফমগী মায়কৈ মায়কৈদা ( তরামক্তা ) পুক্লাং হুরবা বলিগী মশক ওইনা হেক হেক পীবিখিবা অতুগুম্বা রামগী মশক লৌবা ইবুংঙো নঙ্গী জয় ওইসনু ॥

৮। হে কেশব, হে জগদীশ, হে হরে ! নঙগী লাঙ্গোননা চিংশিন-বাগনি হায়না কিজরবা যমুনাগী চু মানবা অশংবা ফাজোম্না ঙোরেক ঙৌবা নশাগী ফিজেৎ ওইনবা অতুগুম্বা হলধরগী ( বলদেব ) মশক লৌবা ইবুংঙো নঙগী জয় ওইসনু ॥

৯। হে কেশব, হে জগদীশ, হে হরে ! যজ্ঞদা শা হাৎপা উবদগী তুংশিবীহৈবা পুকচেন্না যজ্ঞবিধি তাকলিবা শ্রুতি ( বেদ ) খিবীকপু নিন্দা তৌবীখিবা অতুগুম্বা বুদ্ধগী মশক লৌবা ইবুংঙো নঙ্গী জয় ওইসনু ॥

১০। হে কেশব, হে জগদীশ, হে হরে ! ম্লেচ্ছগী মপৈবু হাৎনবগী-দমক ধূমকেতুগী মশক মাল্লবা কবাকথাঙনা খুংলাই ওইনা পায়বিবা অতুগুম্বা কল্কিগী মশক লৌবা ইবুংঙো নঙ্গী জয় ওইসনু ॥

১১। হে কেশব, হে শকলোন তরা পুবও, হে হরে ! ইবুঙো নঙ্গী জয় ওইসনু। অসুম তৌনা জয় লাউত্তুনা শ্রীজয়দেবনা লেংবা তুংঙাই য়াইক অনিমক পীনহৈবা, তাইবঙ্ পানবগী অথোইবা মচি-গী

মশক ওইরবা পূর্ক্সীং হূরবা অসিগুম্বা ( ভগবানগী ) স্তোত্র অসিবু তাবিয়ু ॥

য়েংগদবা—অসুম্বা দশাবতার অসি থীবা লোইরবদা হায়রী মরুমদা ( রাধা গোবিন্দগী মাঙ্ গ্লা ) চঙ্গিন্দুনা লেপ্লগা মখাগী শ্লোক অসি থীগনি মতৃদি—

বন্দে শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য নিত্যানন্দৌ সহদিতৌ
গৌড়োদয়ে পুষ্পবন্তৌ চিত্তসন্দৌ ॥ তমনুদৌ
গৌরাঙ্গংবল্লভীকান্তং শ্রীকৃষ্ণং ব্রজমোহনং ।
রাধারমন হে রাধে রাধাকান্তং নমোহস্তুতে ॥

মসিগী মথংদা বোধচন্দ্র মহারাজনা লালসা অমা শরুনবা সনা য়াথং তাকপিহনা থৌগন তৌহল্লম্মী । মথং তাবদা নামডাকা অমা শরুনি । মসিগী মখল য়াম্না লৈ । তোয়না শীজিন্নবদি—

## ঈশৈ

শ্রীরাধাগোবিন্দ পদারবিন্দে আলস ত্যাগ ভজ রে মন ॥

অসিনচিংবা

অতুগা একাদশী থোকপা হুমিত্তুদি মথক্কী 'বন্দে শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য' অসি থীরগ নামডাকাগী মহুত্তা মখাগী অসি শরুনি মতৃদি—

## ঈশৈ

গৌরাঙ্গ বল্লভীকান্তং শ্রীকৃষ্ণং ব্রজমোহনং
রাধারমন হে রাধে রাধাকান্তং নমোহস্তুতে ॥ ধ্রু
শরদচন্দ্র-ভ্রান্তিং স্ফুরদ অমল কান্তিং গজগতিং ।
হরিপ্রেমোন্মত্তং ধৃত পরম সত্ত্বং স্মিতমুখং ॥
সদাঘূর্ণনেত্রং করকলিতবেত্রং কলিভিদং ।
ভজে শ্রীনিত্যানন্দং ভজনতরু কন্দং নিরবধি ॥

সঙ্কীর্ত্তনাবলি ৩০ পৃঃ

মথংদা মথাগী অসি পুং করতাল লোয়ননা থীগনি মতুদি—

'নিত্যানন্দ চৈতন্য অদ্বৈত সীতাবল
হরে-গুরু-বৈষ্ণব ভাগবত গীতাবল ॥
গোবিন্দ ভজরাধে গোবিন্দভজরাধে।
জয় ভাই চৈতন্য নিত্যাই, ভাই ভাই চৈতন্য নিত্যাই ॥"

মথংদা মথাগী অসি চুম্নগী চৌন-তনা অমুক লাউগনি মতুদি—

বলহ প্রেমসে কহ— শ্রীরাধে কৃষ্ণ।
বলহ প্রভুনিত্যানন্দ চৈতন্যাদ্বৈত
কহত সাধু মধুরসবাণী হরে হরে ॥

**বসন্তগী থৌগল।** মতাং অসিদা ভজাশিং পালানা থৌগনবগী শক্লক লোইরে। শয়ন আরতিদি পালানা থৌগন তৌদ্রে। খণ্ডগদবদি— বসন্তদদি মথক্তা ঈশৈশিং অসিগী মতুংদা 'ভালি গোরা-চাঁদের' দগী হৌদুনা মথং মথং লাক্লিব আরতি মরি অসিগী ছন্দ ওল্লি। হায়রিবসি পিচকারী ফাওবনি। অদুগা নামডাকাগী মতুংতা মথাগী অসি বসন্ত ছন্দনা শক্কনি মতুদি —

## ঈশৈ

ঋতুপতি বিহরই আমার শ্রীগৌরকিশোর
আবির উড়ায়ত অদ্বৈত গোসাঞি ॥ অঃ (ফাগুরঙ্গে বিহরই)
ঋতুপতি বিহরই আমার শ্রীরাধা গোবিন্দ
আবির উড়ায়ত ললিতা বিশাখ ॥ অসনচিংব

বংদেশ পাল না থৌগন তৌরবদসু মথক্কী ঈশৈশিং অসি মরেক চপমান্নবা অংম্মক শকই, ছন্দ তোঙান খবতনি।

নোংমগী মতুংদা মঙ্গল আরতিদগী হৌনা সন্ধ্যা আরতি ফাওবদা বংদেশ নব্রগ নট পালানা থৌগন তৌবা আরতিগী মথৈদ মথক্তা উৎলবাসনি।

মথক্তা হায়খ্রবা অষ্টকাল সেবাগী মওঙ্ অসি মত্তুনা চহি অমগী মতুংদা থোকপা পর্ব্বদিন অমদি যাত্রানচিংবা দেবকর্ম্মশিংদা পালা লোয়শঙ্গী ওজাশিংনা তৌবা ঈশৈ থৌগল পুন্নমক্কী অপুম্বা মওঙ্ অমা মথাদা উৎলি। মসি শ্রীগোবিন্দগী থৌগল কোর্বৈক-অতুদগী লৌথোকপনি।

## কোর্বৈক

থায়নগী কোর্বৈক অসি মৈতৈ চে লাতমদা ইতুনা লৈরম্মী, মল্লক্তনা তৎশিল্লক্লবদগী ইংশোক ১৯৮০ দা স্যার চূড়াচাঁদ সিংহ মহারাজগী মবাই-ইবুংঙো অঙৌপানবা, সনা পালাহনগী ঈশৈহনবনা ইথোক্লম্বা ফুলস্কেপ সাইজগী কোর্বৈকনি। মসিমকসু অমুক মনশিল্লক্তুনা অনৌবা অমা অমুক শল্লে। ঐখোয়না লৌরিবা ক্রম অসিদি স্বর্গীয় অঙৌ পানবনা শিন্দোকপিরম্বা অতুদগীনি।

মপূং ওইবা ঈশৈগী লাইরিক ইবা নওবনা হায়বদি চৎনবী থৌরম অত্থুতবু মশক উৎনবা হোৎনজবা ওইবনা ঈশৈগী শরূক্তি মপূং ফানা ফানা উৎচদ্রে। খঙ বিনীংবশিংনা বৈষ্ণব পদাবলী য়েংবাতুনা নম্রগা লোয়শঙগী ওজাশিংদা হংবাতুনা খঙবিনবা হায়জে। কোর্বৈক্তদি পর্ব্ব অতৈগী রাসু য়াম্না ইরি। উৎচরক্লিবা খর অসিনা হুজ্রীক ফাওবদা চৎনবনা অয়াম্বনি, অতৈদি থাদোকচরে।

## বসন্তরাস

চৈত্র পূর্ণিমাদা শ্রী৺গোবিন্দগী বসন্তরাস কৎলি। মসিদা অহানবদা পূর্ব্বরঙ্গ ওইনা নিপাপালা থোগন তৌই। অসিগুম্বা রাসকী শশক্তা বংদেশ পালাদি খক শক্তে। মতুগী ঈশৈ মথং মনাউঁদ—

### গৌরপদ

মধু-ঋতু-যামিনী সুরধুনী তীরে

উজোর সুধাকর মলয় সমীরে॥

সহচর সঙ্গে গৌর নটরাজ।
বিহরয়ে নিরুপম কীর্ত্তন মাঝ॥
খোল করতাল ধ্বনি নটন হিলোল।
ভুজতুলি ঘন ঘন হরি হরিবোল॥
নরহরি গদাধর বিহরই সঙ্গ।
নাচত গাওত কতহুঁ বিভঙ্গ।
কোকিল মধুকর পঞ্চম ভাষ।
নয়নানন্দ পহুঁ করয়ে বিলাস॥

ভক্তিতত্ত্বসার ১৪৫৩

## চৈরাউবা

চৈত্র সংক্রান্তি হায়বদি চহিগী অরোইবা নুমিত্তা চৈরাউবনি। নুমিৎ অসিগী অয়ুক্তা পালানা ফীজোন শুনা শ্রী৺গোবিন্দগী থোগল তৌই শ্রীমদ্ভাগবত পাঠ অমদি ব্যাখ্যা তৌদুনা প্রজাবু নাম তাহল্লি। লোইরগা কুম্বাখা (কুমগী ফল পাবা) গণক ব্রাহ্মণ অমনা চহিগী অফবা ফত্তবা মহৈ পাদুনা তাহল্লি। মথংদা চৈথাবা অরিবগা অনৌবগা নীংথম শমজিন শেত্তুনা নিংথৌগী মাঙদা কোন্নদুনা শিন্নে। নিংথৌনা মখোয়বু মনা মথুম পী। কুম্বাবগী থবক অসিবু 'রাজ-মন্ত্রী পাবা' হায়নসু খঙনৈ। হায়বদি অনৌবা কুম অহু পুবা গ্রহ অমসুং মন্ত্রী ওইবা গ্রহনচিংবনা পীরগদবা লৈবাক্কী ফল পাংনা খঙবা হায়বনি। চৈথাবগী নিয়ম থমখিবা অসি চহি মশীং থম্মনবা শীনখিবা খুজীন অমনি। কনানা পুবা কুমনো, মী অহুগী কুমনি হায়রবদি চহি অশুক শুরে হায়বা খঙনৈ। চৈথাবা হৌদোকখিবসি শকাব্দ ১৪০৭ কিয়াম্বা নিংথৌগী হাক্তকনি।

অসুম্না চহিগী ফল পাবা লোইরগা গোবিন্দগী আরতি দর্শন তৌরগা মীপুম্নমক হন্নখি।

হুমিং অসিদা শকপা নিপা পালাগী ঈশৈদি অহানবদা 'মঙ্গলরাগ' নত্রগা 'নটরাগ' হৌরগা মথংদা মখাগী অসি শরুনি মতৃদি —

'জয় জয় ভুবন মঙ্গল অবতার
কলিযুগে বারন মদবি নিবারণ
হরিধ্বনি জগত বিথার
অসিনচিংবা।

## চৈরাউবগী মণ্ডপ

চৈরাউবা হুমিত্তা য়ুম-কৈ শেংদোক্নৈ, ফি অহনবা হোংত্নবা শেংলি চফু-উয়ান অহনবা হোংই। অভাং অহল খাক্তনা মন্দির মন্দিরদা চত্তনা লাই খুরুমনৈ। অসিদগী হেন্দোক্তনা নহা নহানা গুরু নত্রগা মপা মমানচিংবগী মখোঙ শোক্না খুরুমদুনা চরণামৃত থকনৈ। অহলশিংনা মখোয়গী পুন্সীনব বর পীবি।

মী পুন্নমক হুমিং অসিদা নিরামিষ চাদুনা পৃক্নিঙ শেংনা অমদি মকারাম্না লৈনৈ। ঙমলিমথৈ হোংনদুনা খৎন-চৈনবনচিংব থোক্তনবা হোংনৈ। থোঙ্গান খুদীংদা চাক থাদোক্নি। নুংথিল হুমিদাং রাইরম চৈরাউ চীং কাদুনা মহাদেব খুরুমনৈ। হুমিদাংদনা য়ুমগী লাই সনা-মহীদা (ব স্তুপুরুষ) সিদ্ধা কৎলগা থোংনমা চানৈ। হুমিদাং লৈরঙ মুৎপা য়াদে, অদুনা চাগিং ড্রবস্নু খরদি চাদবা য়াদে। থ জনবা লৈ মতৃদি হুমিং অসিদা লৈরঙ মুৎলবদি হে অদুমা জুগোৎ চাদে।

## চন্দন যাত্রা অমসুং অক্ষয় তৃতীয়া

বৈশাখ শুক্লা তৃতীয়াদা মসি পালন তৌই। হুমিং অসিবু কালেনগী হুম'ন পানবা (অক্ষয় তৃতীয়া) হায় না চাউনা পালন তৌনৈ। মৈতৈ লৈবাক্কী উমংলাই হরাউবনচিংবা হুমিং অসিতবু ভাইদুনা মসিদগী হৌনা তৌনৈ।

হুমিং অসিদা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী চন্দন যাত্রাসু পালন তৌই।

মন্দির মাঙ্গোলদা গোবিন্দ লেঙ্থোক্লগা অভিষেক তৌই। অকাবা পালানা হুমিৎ অসিদা পালা কানা ঈশৈ খোগন তৌই। মতুংগী ক্রমদি—

অহানবদা হৌনবী রাগ হৌরগা গৌরপদ অম শক্কনি মতুংদি—

দ্বিজমণি পূর্ণ অবতার অসিনচিংবা—

মথংদা রাধাকৃষ্ণগী যমুনা স্নান শক্লগা কোম্না চন্দন যাত্রাগী হৌনবী ঈশৈ শক্কনি।

## সীতা নবমী

বৈশাখ শুক্লা নবমীদ সীতানবমী থোকই. থায়নদি মসিদসু অকাবা পালানা ঈশৈ খোগল তৌরম্মী। কোর্কেক্তা ঈশৈ ইতুনা লৈ।

## ৺নরসিংহ জন্ম

বৈশাখ শুক্লা চতুর্দ্দশীদা নরসিংহ জন্ম পালন তৌই। মসিবু নরসিংহ চতুর্দ্দশী হায়না খঙৈ। হুমিৎ অসিসু নটপালানা ঈশৈ খোগল তৌই। অহানবদা গৌরপদ শক্কনি মতুংদি—

'জয় জয় গৌরহরি অবতার' অসিনচিংবা। মথং তাবদি অতুম্মক নরসিংহ জন্মগী পদ শক্কনি। ঈশৈ অসিগী মমৈদা শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মিংন' ভণতা তৌরি। সনা হাক্তক অসিদদি মসি চাউনা খোগন তৌরম্বগী মওঙ্ উবা ফংতে। বহ্মারোডকী নাউরেম লৈকাইদা লাৎলিবা নরসিংহগী মূর্ত্তি অসি নিংথৌ লাইনি। হুমিৎ অসিদা সনা কোমুংদগী ব্রাহ্মণ থাতুনা চহি খুদিংগী হৌনবী পূজা কৎলি।

## ফুলদোল ( জলকেলি )

বৈশাখ পূর্ণিমা হুমিত্ত ফুলদোল, জলকেলি পালন তৌই। মসিবু বুদ্ধ পূর্ণিমাসু কৌই, গয়াদসু বুদ্ধদেবগী পূজা তৌনৈ।

হুমিৎ অসিদা শ্রীরাধাগোবিন্দ অনিমক মাণ্ডপতা লেঙ্থোক্লনা

জলকেলি শান্নৈ। মাণ্ডপ ময়ায়দা লৈবা চক্রপীঠদা মায়োক্না লেঙখৎলগা ঈশিং পেরে কাপ্তুনা চক্রনা লৈবা মতুংইন্না লৈত্তনা শান্নৈ। রাধা গোবিন্দগী ফিজেৎ অচম্বনি। রাসেশ্বরীনা শাড়ী শেৎলি, গোবিন্দনা ফৈজোম শেৎলগা কোয়েং ফৈয়েৎ অমা খোল্লগা লোইরে। ফিজেৎ লৈতেং য়াওদবা শ্রীঅঙ্গগী দর্শন নুংঙাইনা ফংই।

অহানবদা নটপালানা নিত্য-লীলাগী হৌনবী কায়দন সম্ভোগ অমদি স্বাধীন ফাওবা শক্লম্লগা তোকখিগনি।

মথংদা নূপীপালান অমুক শিলহৌগনি। নূপীপালানা তোড়ী বসন্তরাগ হোত্তনা শক্লগা মখাগী ঈশৈ গৌরপদ অসি তারক্কনি মত্তদি—

জলকেলি গৌরচাঁদ মনেতে পড়িল— অসিনচিংবা।

গীতরত্নাবলি— ১৭৪

গৌরপদ অসি লোইরগ কোন্না জলকেলিগী থৌগন ঈশৈ তারক্কনি মত্তদি—

অপরূপ জলকেলি রঙ্গ—অসিনচিংবা।

অসুম্না ঈশৈনা থৌগন তৌনা তৌনা লুমৎ খরা লৈথরক্লবদা পর্ণ কুটীরদা রাধা গোবিন্দ অনিমক অনৌবা ফাজোল হোংত্তনা লেঙখৎলি। পূজারীশিংনা সখি ভাবতা অথুম অহাউনচিংবা কৎলগা ঈশৈ লোই-রকপগা মতাং চাননা আরতি কৎলি। ফম্লম্বী পালাগী নূপী পুম্নমক হৌপত্তুনা আরতি ঈশৈ শকই। দর্শন লাকপা ভাবক পুম্নমকসু লেপখত্তুনা আরতি দর্শন তৌই। শোংমৈ থায়, মোইবুং খোংই, শরীক থীংই। আরতিগী ঈশৈদি—

'আরতি ব্রজরাজ নন্দকুমার'—অসিনচিংবা।

## নূপীপালাগী মণ্ডপ

জলকেলি থৌগন য়াওবী লৈমাসীজ মশীং অসি ২০০/৩০০ ফাওবা

শুবা য়াই। মখোয়না রাধা গোবিন্দগী অকোয়বদা মকো'ক মথং নাইনা খুজীগী মওঙদা ফম্লগা—তাল লয়গী মখা পোন্না অপূনবা মন্দিলা মখোন লোয়ননা অপূনবা খোম্থোক্লা শকপা ঈশৈ অত্থ তাবদি শুম্মাংনিঙাইনি। ময়ায়দা রাধা গোবিন্দনা চক্রদা কোয়রৈ লৈতুনা ঈশিংনা পূমচোং চোত্তুনা শান্নবা, ঈশিং মরীক ময়ান্না অকোয়বদা জিরী জিরী তারকপগী মখোল, মেড্লবা অমদি লুম্নবা মন্দিলা মখোল, শারবা কাংলেনগী হুংশাগী মৈশা—মতম অমত্তদা ওইমিন্নবা অসিগুম্বা ময়াম অসিগী অথকপা, অরংবা অমেঙবা দৃশ্য অদুনা অয়েংবা ভাবক পুন্নমক্কী থম্মোইদা লুরবা শেংলবা ভক্তিগী ঈফুৎ অমা লেইবা খম্বা লৈতনা চেম্থহল্লকই।

জলকেলি নূপীপালা অসে থায়নদি * লৈমা সনা তনা পাল অমত্তা ওইনা তৌরম্মা। স্যার চূড়াচাঁদ মহারাজ সনা হাক্তক্তা নিংঙোল মৌ তোপ্পা তোপ পাল অনি থোক্লা খাইদোকখি। মনাউ ইবেম্মা মাহারাণী শ্রীমতী ধনমঞ্জরীনা (চাঙবি মহারাণীনা) মৌগী ঈশৈ হনখি। নিংঙোলগীনা শ্রীযুৎ মহারাণী মচেমসীজ ইবেম্মা খূরায়লৈমা স্বর্গীয়া মুক্তাসনানা ঈশৈ হনখি। মওঙ অসি হুর্জীকস্তু অতুম্মক তৌরি। পালা অনি অসিদা নিংথেমচা ওঙবী নূপীশিং অমদি সনানা পোকপী লৈমা অমম্নং সনা মখোয় অসিগুম্বতনা য়াওবা য়াই, অতৈদি য়াদে।

নূপীপালা অসিদা য়াওবা নূপী পুম্নমক হুমিৎ অসিদি মান মানা ওমজবা মওঙদা কেবা তান্নে। ফূরিৎ লিংতে, ফনেক শেংলগা, অপাবা ইন্নফি ইল্লগা লোইরে। থবাক্তা শিবা সনা পরেং পরেংনা অপাবা ইন্নফি ফাওতুনা মঙান হায়দোকরকই। শমজিদা শমজিরৈনা থা মচেং শানা থেংলি। শেংলিব ফীজোলনে, সনানে, মশা মশাগী মঙাননে মঙাল ময়াম অসিনা মহৈ মহৈ অহেনবা তান্নতুনা অয়েংবা

* সনা—নিংথৌমচা নিংঙোলশিং, লৈমা—সনানা পোকপা মচা নিংঙোলশিং, সিজ—নিংথৌমচাশিংদা ওঙবী মৌ—

মীগী পূক্লীং হুবমথৈ নীংথিজহল্লি। অসিগুম্বা জলকেলিগী কৃষ্মৈ অসি ৺নরসিংহ মহারাজনা পুথোকপিরম্মী। জলকেলি পালাদস্সু নরসিংহগী ধারামক্কনি, অতৈ য়াওদে।

## স্নান যাত্রা

জ্যেষ্ঠ পূর্ণিমা হুমিত্তা স্নান যাত্রাদিবস পালন তৌই। সনাগী সহস্রধারানা ( মথুন লীশীং হুৎপা ) শ্রীগোবিন্দগী অভিষেক অমদি জগন্নাথকী স্নান যাত্র পালন তৌই। শ্রীজগদ্বন্ধুনা চন্দন যাত্রাদা চন্দন থোন্দুনা অশাবা থাঙখিবদগী ওসি অমুক স্নান তৌবীবগী মওঙদা শ্রীক্ষেত্রদা তৌবতুগী মওঙ লৌহনা তৌবনি।

## গোবিন্দ অভিষেক

অহানবদা রাগ হৌহনা গুরু বন্দনা সভা বন্দনানচিংবা তৌরগা হৌনবী মতুংইন্না গৌরপদ শক্কনি। ঈশৈদি—

শঙ্খ দুন্দুভিনাদ বাজয়ে সুস্বরে
গোরাচাঁদের অভিষেক করে সহচরে ॥ ধ্রু ॥ অসিনচিংবা
ভক্তিরত্নহার পৃঃ ৩৭৩

মথংদা শ্রীকৃষ্ণ অভিষেকক হৌনবা ঈশৈ মথং মথং শক্লগা আরতি কংকনি। আরতিদি—

## ঈশৈ

বিরাজিত আরতি শ্রীরাধাগোবিন্দ—অসিনচিংবা

শ্রীজগন্নাথ স্নান যাত্রা

মথংদা শ্রীজগন্নাথকী স্নান যাত্রা তাগনি।

## ঈশৈ

হের হে নীলগিরি রাজহে

সুভদ্রা বলরাম সঙ্গে অনুপাম সিনান মণ্ডপ মাঝহি—
অসিনচিংবা
কীর্ত্তনগীতরত্নাবলী ২৯৪

অসুম্না জগন্নাথ বলভদ্র অমসুং সুভদ্রাগী স্নান লোইরগা অনৌবা নমথাঙ্ গো'ছুনা মন্দির প্রাঙ্গনদা অতুম্মক আরতি কৎলগা কোম্না মন্দির মফুংদা লেঙ শিনগনি।

## রথ যাত্রা

আষাঢ় শুক্লা দ্বিতীয়াদা রথযাত্রানি। ফুমৈং অসিদা অয়ুক অঙনব-দগীনা গোবিন্দগী মাণ্ডপতা মথং মথং পালাহন, পালাহন, লৈপাকচাবা, সেবকপালা, অখনবা খরিবা, অখনবা অনৌবা, পালায়ায়মা, বামন পালা, নামপালা, অমসুং লম্বোইবা পালা—ময়াম অসিনা ঈশৈ থৌগন তৌই। হৌনবী রাগ হৌরগ গৌরপদ তাতুনা কৃষ্ণরূপ অনা শক্লগা প্রার্থনা তৌদুনা লোইশিন্নে। ভাব কায়হল্লবাদ মানা মানা পাম্বা ঈশৈসু অতুম্মক থৌগন তৌনবা য়াই।

অহানবদা মন্দির মাংগোন্দা শ্রীবিগ্রহ অতুম্মক ফিজেৎ লৈতেং লোইদুনা লেঙ্থোক্নুনা লৈগনি। আরতি কৎকান। পালাশিং অসিনা পুন্না ঈশৈ থৌগন তৌগনি। আরতি লোইরগা তোপ থাতুনা পুং শেন, মোইবুং পুন্নমক্না মখোল শোয়নমা রথ তান্না লেঙ্থোক্নি। লেঙ্থোকপদা শক্কদবা ইশৈদি—

নীলাচলে জগন্নাথ রায়
গুণ্ডিচা মন্দিরে চলি যায়—অসিনচিংবা

ভক্তিরত্নহার—পৃঃ ৩৭৫

মখাগী ঈশৈ অসিদসু করিগুম্বদা লেঙ্থোকই মতুদি—'জয় জয় নীলাচলচাঁদ জগন্নাথ'। অসিনচিংবা।

অসুম্না লেঙ্থোরকপদা গারোৎ লোয়শঙ্গী অঙম অথৌশিংনা থাঙ-তাগী থৌগন তৌই, চৈরাককা ফম্নাইবশিংনা দোলাই পুবা, পে

থানবনচিংবা থৌগন তৌই। লোয়শঙ্ মচা পুন্নমক লালুপ নৎনত্রবসু শুনা কারক্তুনা থৌগন য়াওই। খ্বায়গী মাঙ্দা বাজায় বেংগুণ থোংই।

অসুন্না রথ মথক্তা লাই অহুম্মক লেঙখৎলগা পালা ঈশৈ থৌগন তৌতুনা আরতি অমুক হন্না কৎলি। মথংদা তোপ মখোলগা লোয়ননা থৌরা পায়তুনা কাংচিংবা হোৌই। অসুন্না মপানগী সনথোঙ্ য়ৌনা চিংতুনা মফম অতুদা আরতি অমুক কৎলগা মায় মখ ওন্না অমুক হান্নগী মফম য়ৌনা চিংলকই। য়ৌরগসু অমুক আরতি কৎলগা, মন্দির তান্না লেঙশিল্লি. মন্দির মাংগোদা বিশ্রাম তৌতুনা ভক্তশিংদা দর্শন পীবিরগা অমুক আরতি কত্তুনা লোইশিল্লি। তোপ মখাননা অকোয়বা প্রজাদা লোইবতু খঙহল্লি।

সনা কোন্নুংগী চিংবা লোইখ্রগা কোন্না খুল্লক্কী কাং মথং মথং চিংনৈ। মশিংগী মরমদি শ্রীগোবিন্দগী রথযাত্রাগী মেলা অসি মপূং ফাহন্নিঙতুনা শিংথৌগী য়াথংনা থিংখিবনি। খুল্লক্কী মতমদি খরা থেঙ্থবসিনসু খুদোং চাহল্লি।

রথ যাত্রাদগীনা কাংলেন হুমৎ ফাওবা অসি 'জয়দেবগী দশাবতার' থীতুনা খুবাক খুহনা ঈশৈ শকই। খুল্লক্কীদি নিপানা দশাবতার থীরগা নূপীনা লোইবা ফাওবা শমথত্না গৌরচন্দ্র, রূপ বর্ণন, প্রার্থনা, নিত্যাইপদ মথং মথং শকই। অহন ওইবা নূপীদগীন. পীকলিবা নূপী-মচা ফাওবনা পূন্না নত্রগা কাঙবু কাঙবু নাইনা নিত্যাইপদগী ঈশৈ শক্না শক্না চালি শাই। অসিগুম্বা দশাবতার থীবদগী হৌনা নিত্যাই-পদ লোইবা ফাওবা অসিবু 'জয়দেব চোংবা' হায়না খঙনৈ। জয়দেব চোংবা লোইরগা মী পূন্নমক মহাপ্রসাদা শেচুরা চায়।

জয়দেব চোংত্রিডৈদা হুমিদাং রাইরমদগী হৌনা শ্রীগোবিন্দগীদা হুমিৎ খুদিংগী নিপা খুবাক ঈশৈ অনি অনি শকই। খুল্লক্তসু ভৌনৈ। নূপী খুবাক ঈশৈগী মখলসু অপাম্বা মতুংইন্না শক্লে। নিপাপালা অনি শুই—অহনগী, অত্তাংগী। নূপীপালাসু মৌগী, লৈশাবীগী, নূপীমচাগী

অসুম তৌওব অহুম শুই। খূবাক ঈশৈ পালা খূদোংমক্লা গৌরাঙ্গ ভাবিদা ব্রজবিলাপ অমসুং মাথুরগী রসতমক শক্লে।

নূপী খূবাক ঈশৈগীসু নিপাগী পালাসু মাগী মাগী ওইবা ফিজেৎ চপ চপ মান্নগনি। নিপাগীনা ফৈজোম গুপ্পা তুংদা য়েপথক্তুনা শেৎলি, খ্বাঙ্ য়েৎ য়েৎলি, কোক্তা কোয়য়েৎ মচা য়েৎলি। নূপী পালাগীসু ফনেক মপান নাইবা শেৎলগা ইন্নফি অপাবা ইল্লি, ফুরিৎ লিৎনরমদে, মসি লৈশাবীনা শম কোয়না ককলিডৈগী রানি। মৌনা তৌরবসু অহুম-ঙায়। নূপীমচাশিংগীদি রেশম ফুরিৎ লিৎলি, ফনেক খোয়খা শেৎলি। লৈশাবীনা খোয়খা শেৎপা অসিদি চৎনখিবা কুইত্রি, লান মতুংদগীতনি।

লৈশাবী পালানা মী ৩০/৪০ ফাওবা কোয়না লেপ্তুনা নৌংথিবা শাথেক্লা থেক্লা নৌনা পূংলোন জগোইসু য়াওনা খূবাক খুত্নুনা চোলোম তৌই। ঈশৈগী অর্থ ফোংদোক্তুনা ফজনা মোতসু তৌই—মসিসু নৃত্য মখল অমনি।

## শৈফমগী ক্রম

পুংনা রাগমচা হোরগা ঈশৈগীনা আলাপনা হৌহুনা মথং মথং গুরু বন্দনা বৈষ্ণব বন্দনা তৌরগা গৌরচন্দ্র অমা শক্কনি। মথংদা ব্রজবিলাপ, মাথুরনচিংবা ঈশৈ শকই। মথংদা গৌরচন্দ্রগী ভাব সম্বরণ তৌরগা লোইশিনগনি। মথংদা জগন্নাথ-প্রার্থনা অমা শক্কনি। ভাব সম্বরণগী মতম অসিদা অকনবা অথুবা শ্লোক পুংলোনসু য়ৈনৈ। থায়নদি নূপী খূবাক ঈশৈদা পুংয়ৈবা অনি শুদবা য়াদে। হুজীক্তি অমত্তা মঙায়রে, পালাসু য়ামদ্রে। পালা য়ামদবদগী চোলোম অমদি জগোইগী শরুকসু ইয়াও য়াওখিদরে।

পালা মশীং য়াম্ন য়াম্নগা খূবাক ঈশৈগী ফজবা হেল্লি। নিপা খূবাক ঈশৈদদি হুজীক্তা মতমদা তৌনরিবা কোরিয়ো-গ্রাফীগী শরুক অসি হান্নদগী অহুম্মক ফজনা লৈ। মসিদা অশেংবা তাণ্ডবকী অকনবা জগোই লৈ। অসুম তৌনা নূপী খূবাক ঈশৈনা ফজবা অমেঙবা লাস্য জগোইনা পুক্নীং হুহল্লি। নিপাগীদি থরা লৈরি, নুপীগীদি মুথখরে।

ইনং

## হরিশয়ন

অসুন্না কাংলেনগী কাংচিংবা লোইরগা মতুং নোংমা কোনবা একাদশী অতু পোত্থারগা দ্বাদশী নুমিত্তা হরিশয়ন তৌই। ব্রাহ্মণ পুরোহিতনা ঈশিং মনাক্তা চত্তূনা শ্রীহরিগী পূজা কৎলি। নুমিৎ অসিদসু অকাবা পালানা ঈশৈ থৌগন তৌই।

**য়েংগদবা**—আষাঢ় পূর্ণিমাদা সনাতন গোস্বামীগী মহোৎসব অতুগা কৃষ্ণা অষ্টমীদা লোকনাথ গোস্বামীগী উৎসবতসু পালানা থৌগন তৌরম্মী। কোর্বেক্তা ঈশৈনচিংবা শন্দোক্লা ইরি।

## ঝুলন যাত্রা

শ্রাবন শুক্লা একাদশীদগী হৌনা ঝুলন যাত্রানি। অসুন্না পূর্ণিমা ফাওবদা নুমিৎ মঙানি ঝুলন যাত্রা পালন তৌনৈ। স্যার চূড়াচাঁদ মহারাজ সনা হাক্তকুগীদি মথক য়ৈখত্তূনা শুক্লা তৃতীয়াদগী হৌনা পূর্ণিমা ফাওবা নুমিৎ ওনি চুপ্পা পালন তৌখি। মসি নৈমিত্তক-চিন্তামণিদা কবিকর্ণপূর গোস্বামীনা উৎলম্বা ক্রম য়েংনতুনা তৌখিবনি। অতুবু খুল্লক্তদি ঙম্নদবনা হান্নগী মঙানি অতুতমক তৌনরি।

তৃতীয়াদগীনা পূর্ণিমা ফাওবদা শান্নবা নৈমিত্তক ঝুলন যাত্রাগী লীলা স্থানশিং অতু মথাদা উৎলি। শ্রীগোবিন্দগীদি মসিগী ক্রম অসি কায়দনা নুমিৎ খুদীংগী থৌগন তৌনৈ। নুংথিন্দনা নিপা পালা (নটসু বংদেশসু) অনি অনিনা অতুগা নুমিদাংদনা ধপ পালানা ফমতুনা থৌগল তৌই। পালা অনিমক্কী রস-ভাব চপমান্নে ময়েক অমসুং ছন্দদা থেন্নবতনি। একাদশীদগীদি চপ শকপা লোইরগা খুল্লক্কা নূপীপালা লাক্লিবমথৈ থৌগন তৌহল্লি। হান্না লাকপন হন্না কোন্না লাকপনা কোন্না। অসুম্না নূপীপালাশিংগী থৌগন লোইরবদা চপ পালানা অমুক হন্না থৌগন তোতুনা লোইশিল্লি। মথংদা কুঞ্জ আরতি কৎলগা মন্দিরদা লেঙ্‌শিন্দুনা শয়ন আরতি অমুক কৎলি। ঝুলন মনুংগী শয়ন আরতিদি গোবিন্দগীদং নত্তনা অতৈ পূম্নমক নিতি

সেবাগী মণ্ডপ্ অত্ত কয়াদনা চৎলি। গোয়াল আরতি মতুংদা লূক কৎলগা সন্ধ্যা আরতিগী মমাঙদ রাসেশ্বরীনা মাঙ থাত্তনা শ্রীগোবিন্দ লেঙ থোকই। ঈশৈনা, মোইবুং মখোলনা থৌগল তৌই। তুহোননা পে খাল্লি, অমনা মাঙদা চত্তুনা লম্বী ঈশিং চাইত্তুনা শেংদোকই।

## দোল তোংফম

শ্রীগোবিন্দগী দোল তোংফমদি মাণ্ডপ ময়োনগী অরাং থংবদা শেম্মী। দোল মমাঙদা কুণ্ড শেমত্তনা ঈশিং পেরে কাপহল্লি। অকোয়বদা লৈ-শূনা লৈতেংই। রাধা গোবিন্দনা দোলদা লেঙ শিল্লগা অনৌবা ফীজোল অমুক হোংই। মতম অদু কনাবুসু দর্শন ফংহন্দে। আভরণ হোংবা লোইরগা কোন্না দর্শন পী। দোলগী মমাঙদা হৈরাক পাননচিংবা অথুম অহাউ কয়া থাত্তুনা থম্মী। মাঙওইরপনা দোলগী নাকল অনিমক্তা সেবা চঙবী সখি ৪/৪ না থৌগন ঙাইত্তুনা লৈ। মসি অয়েকপা লাইনা শিল্লি। দোল তোংফম অদু বন মান্নবা শেম্মী, মনা পুংবা উন চিংবা থাই। সেবা চঙবা ব্রাহ্মণনা দোল অদু তপ্না তপ্না হাইহল্লি।

মথাদা নুমিৎ ১৩নিগী লীলাস্থান উৎলি।

## তৃতীয়া

**গৌরপদ**—নবদ্বীপতা শ্রীবাসকী য়ুমদা গৌরাঙ্গগী ঝুলন শান্নগনি। রাধাকৃষ্ণগীনা (রাধাকুণ্ডগী কৌক্র পাংবদা লৈবা) 'বিছায়ক' হায়বা মফমগী 'কদম খণ্ডি'দা ঝুলন শান্নবগী ঈশৈ শক্কনি।

## চতুর্থী

**গৌরপদ**—শ্রীধরগী য়ুমদ গৌরাঙ্গগী ঝুলন শান্নগনি। হায়রিবসি ঈশান (চৌংখৈ) পাংবদনি। রাধাকৃষ্ণগীনা (রাধাকুণ্ডগী অরাংদা কৌক্র হাইফেৎ ওইনা লৈবা) 'নান্দীশ্বর'গী মৈরমগা মথাগা তাইনবদা লৈবা 'বহারীকুণ্ড' ময়াদা হৌবা বটবৃক্ষদা ঝুলন শান্নগনি।

## পঞ্চমী

**গৌরপদ**—গঙ্গাগী রাংমদা লৈবা 'অন্তর্দ্বীপ' কৌবা মফমগী চাংখৈ পাংবদা গৌরাঙ্গগী ঝুলন শান্নগনি। রাধাকৃষ্ণগীনা ( রাধাকুণ্ডগী নোংপোক্তা লৈবা ) 'ভাণ্ডবন'দা ঝুলন শান্নগনি।

## ষষ্ঠী

**গৌরপদ**—( অবাংলোমদা লৈবা ) 'সীমন্তদ্বীপ'তা গৌরাঙ্গগা ঝুলন শান্নগনি। রাধাকৃষ্ণগীনা ( কুণ্ডগী চীংখৈ ওইরপনা লৈবা ) (১) 'ভাণ্ডীরবট'দা শান্নগনি।

## সপ্তমী

**গৌরপদ**—শ্রীঅদ্বৈতগৃহদা গৌরাঙ্গগী ঝুলন শান্নগনি। রাধা কৃষ্ণগীনা ( রাধাকুণ্ডগী অরাংদা ) (২) 'লৌহবন'দা শান্নগনি। ( মেপতদি নোংপোক্তা লৈ )

## অষ্টমী

**গৌরপদ**—'মধ্যদ্বীপ'তা গৌরাঙ্গগী ঝুলন শান্নগনি। রাধাকৃষ্ণগীনা ( রাধাকুণ্ডগী মৈরমদা লৈবা ) (৩) 'মহাবন'দা শান্নগনি।

---

(১) ভাণ্ডীরবনদা লৈবা অক্ষয়বট অমনি। ভাণ্ডীরবনদা নোংমা শ্রীকৃষ্ণনা বংশীধ্বনি তৌ না পাতালদগী ঈশিং ফাওগৎহল্লগা সখাংশিংবু খোয়াংবা কোকহনখি।

(২) যমুনা মপান্দা লৈবা কৃষ্ণগী লীলাস্থান অমনি। মসি লৌহজঙ্ঘাসুরনা তাক্লম্বা মফমনি। কৃষ্ণ বলরামগী যণশেনবুংসু ওই।

(৩) অচৌবা বন অমনি। শ্রীকৃষ্ণজন্ম লীলাগী মফমনি; খোয়রী তাফমনি। মফম অসিদা পূতনা, শকটাসুর, তৃণাবর্ত্ত হাৎখি। যমলার্জ্জুন লায়বিখি, উদূখলসু শান্নখি—মফমশিং অসি হৌজীকসু লৈ।

## নবমী

**গৌরপদ**—মাধবাচার্য্যগী য়ুমদা গৌরাঙ্গগী ঝুলন শান্নগনি। রাধাকৃষ্ণগীনা ( রাধাকুণ্ডগী মৈরমদা লৈবা ) (১) 'মধুবন'দা শান্নগনি।

## দশমী

**গৌরপদ**—বিদ্যানিধিগী য়ুমদা গৌরাঙ্গগী ঝুলন ওইগনি। রাধাকৃষ্ণগীনা ( রাধাকুণ্ডগী কৌক্রুদা লৈবা ) (২) 'নন্দীশ্বরবট'দা ঝুলন শান্নগনি।

## একাদশী

**গৌরপদ**—গঙ্গাদাসকী য়ুমদ গৌরাঙ্গগী ঝুলন ওইগনি। রাধাকৃষ্ণগীনা ( রাধাকুণ্ডগী কৌক্রুদা লৈবা ) 'নন্দবট'দা ঝুলন শান্নগনি। হুমিৎ অসিগী মচুদি অঙাঙ্‌বনি।

## দ্বাদশী

**গৌরপদ**—মুরারিগুপ্তগী য়ুমদা গৌরাঙ্গগী ঝুলন শান্নগনি। রাধাকৃষ্ণগীনা ( রাধাকুণ্ডগী মোইরাং লায়জিদা লৈবা ) 'ধবলপর্ব্বত'তা ঝুলন শান্নগনি। মচুদি অঙৌবনি।

## ত্রয়োদশী

**গৌরপদ**—'জাহ্নুদ্বীপ'তা গৌরাঙ্গগী ঝুলন ওইগনি। রাধাকৃষ্ণগীন ( নন্দগ্রামগী মোইরাং লায়জিদা নোংচুপ ওইরপনা লৈবা ) (৩) 'কাম্যবন'দা ঝুলন শান্নগনি। মচুনা অশংবনি।

---

(১) ধ্রুবগী তপ তৌরমনি। কৃষ্ণবলরামগী যণশেনরমনি। বলরামনা মধুপান তৌবদগী মফম অদিদা ভাওবি।

(২) নন্দীশ্বর—ফজরবা চীংথক্তা অচৌবা মন্দিরলৈ। ব্রজেশ্বর ব্র জশ্বরী অনিগী মরক্তা কৃষ্ণবলরামগী মূর্ত্তি লৈ।

(৩) মেপত্তদি মসি রাধাকুণ্ডগীদি কৌক্র পাংনা লৈ। নন্দগ্রামদগীদি

## চতুর্দ্দশী

**গৌরপদ**—রঘুনন্দন গৃহদা গৌরাঙ্গগী ঝুলন ওইগনি। রাধা-কৃষ্ণগীনা ( রাধাকুণ্ডগী মখাদা লৈবা ) গোবর্দ্ধনগীনা নোংচুপ্তা লৈবা 'কদম-খণ্ডি'দা শান্নগনি। মুমিৎ অসিগী মচুদি সনামচুনি।

## পূর্ণিমা

**গৌরপদ**—গঙ্গা মপান্দা 'আরাম' কৌবা মফমদা 'তুঙ্গতরু' মখোঙ্দা গৌরাঙ্গগী ঝুলন ওইগনি। রাধাকৃষ্ণগীনা ( মধ্য ) বৃন্দাবনদা লৈবা তমালবনদা ঝুলন শান্নগনি। মচুদি অরাংবনি।

( মসি কবিকর্ণপূর গোস্বামীনা লেংবা নৈমিত্তক চিন্তামণিদগী লৌথোকপনি )।

**য়েংগদবা**-শ্রাবন শুক্লা দ্বাদশীদা শ্রীরূপগোস্বামী অমসুং গৌরীদাস পণ্ডিতকী উৎসব পালন তৌবগী কো:র্বকতা ঈশৈ ইরি। ঝুলন মমুং দ্বাদশীদা পবিত্র শেমতুনা গোবিন্দদা কৎলগা ভক্তশিংদা নির্ম্মাল্য য়েন্দুনা অমুক বিসর্জ্জনা তৌই। পূর্ণিমাদনা রক্ষা কৎলগা বৈষ্ণবশিংনা রক্ষা বন্ধনসু তৌনৈ।

## জন্মাষ্টমী

ভাদ্র কৃষ্ণা অষ্টমীদা কৃষ্ণজন্ম মহোৎসব পালন তৌই। নুমিদাংগী শয়ন আরতি ফাওবা নিতাসেবাগী চৌনবা ঈশৈ থোগন তৌরগা অকাবা পালানা মাণ্ডবতা ঈশৈ শকই অয়ুক অঙনবদগী হৌনা অঙাংসু অহনসু লোইবা নাইদনা দর্শন লাক্লে, মীগী অন্তৎ অথম লৈতে। লোইবা নাইদে।

অহানবদা শ্রীরাগ হৌত্রনা গুরুবন্দনা, বৈষ্ণব বন্দনা তৌরগা গৌরচন্দ্র তাগনি মতুদি—

কায়বিবা মোইবাং কায়ক্তি অ'সনি। কাযাবন—বন ১২ গী মমুংদ অমনি 'চৌরাশি-খাম্ভা' মদিদা লৈ। তীর্থযাত্রীশিংগী য়েংনকমনি।

'পূরুব জনম দিবস দেখিয়া
আবেশে গৌরাঙ্গ রায়।
নিজগণ লৈয়া হরষিত হৈয়া
নন্দ মহোৎসব গায় ॥

ভক্তিরত্নহার পৃঃ ৩৭৮

মথংদা কৃষ্ণজন্মগী ঈশৈ তাগনি মথুদি —

'কংশ কারাঘরে দৈবকি উদরে
জনম লভিলা হরি অসিনচিংবা

অসুম তৌনা মথং মথং হৌনবী কায়দনা অহিং নোংয়ায় ফাওবা ঈশৈ শক্লগ ব্রাহ্মণনা হৌনবী পূজানচিংবা কৎপা লোইরগা আরতি কৎকনি। নোংয়ায় মতম চপ্ চানা ভগবানগী পোকপা মতমদা নোংমৈ থাতুনা কোয়না তাহনগনি।

নুমিৎ অসি ব্রতদিন ওইবনা চরা হেনবগী অরাবা কোক্লবা ভগবৎ কথা তৌদুনা নত্রগ পাথং লৈশাবীনা লিক্লোন শান্নতুনা নোংঙানবা ঙাইনৈ।

## নন্দ উৎসব

নোংঙাল্লগা নবমী নুমিত্তা নন্দ উৎসব তৌই। শৃঙ্গার কাবা ভক্ত বৈষ্ণব-বৈষ্ণবীশিংনা মহাপ্রসাদী খূল্লি। নুমিৎ অসিগী অযুক্তা ব্রাহ্মণ নূপীশিংনা (ব্রহ্মসভাগী অমদি পূজার ব্রাহ্মণশিংগী থৌরাণীশিং) লাই-পোংয়েংবা হায়দুনা হৈরূক হৈরা পূন্নমক্কী অথেনপোৎ অমমম কোক্তা পুদুনা মন্দির তান্না সভাযাত্রা তৌদুনা লাকই। গোবিন্দদা কৎলগা পোৎশিং অদু নিংথৌ মহারাণী, অতৈ মনাউ ইবেম্মশিং অমদি মমাসীজ ইবেম্মা, অদুগা গোবিন্দগী লোয়শঙ্ পূন্নমক্তা কোয়না থ্যেম্থোকলুই। নিংথৌ মহারাণীনচিংবনা দক্ষিণা খরা খরা পীরকই। অসিগুম্বা লাই পোৎয়েংবা লাকপী ব্রাহ্মণীশিং অসিবু চাক নত্রগা তল পীজৈ।

## রাধাষ্টমী

ভাদ্র শুক্লা অষ্টমীদা রাধাষ্টমী পালন তৌই। হুমিং অসিদস্থ ব্রত কৎলি। শৃঙ্গার লোইরগা অকাবা পালানা মাগুবতা ঈশৈ থৌগন তৌই। অহানবদা হৌনবী গৌরচন্দ্র শরুনি। মতুদি—

গৌর রূপ কি দিব উপমা— অসিনচিংবা—

মথংদা রাধাজন্মগী ঈশৈ তাগনি মতুদি—

ভাদ্র শুক্লাষ্টমী তিথি বিশাখানক্ষত্র তথি
শ্রীমতীর জন্ম সেইকালে— অসিনচিংবা

ভক্তিরত্নহার ৭৮২ পৃঃ

অসুম্না হুমিং য়ুংত্রিবা ফাওবা পূজা লোইত্রিব মথৈ ঈশৈ থৌগন তৌরগা আরতি কত্তুনা লোইশিনগনি। হুমিং য়ুংবা মতমদা নোংমৈ থাগনি। মসিগী অহিংদস্থ কৃষ্ণজন্মগুম্না লিক্লোন শান্নবনচিংবা তৌত্নুনা অহিং জাগরন তৌনৈ। রাধাষ্টমীগীস্থ নোংঙাল্লগা বৃষভানু উৎসব তৌই। ব্রাহ্মণ থৌরাণীশিংনা লাই পোৎয়েং পুই।

## হৈক্রু হিদোংবা

ভাদ্র শুক্লা একাদশীদা শ্রীশ্রী৺বিজয় গোবিন্দগী হৈক্রু হিদোংবা মেলা তৌই। হৈক্রু পরেং লাইদা কৎলি। গোবিন্দনা হৈক্রু পরেং থোন্দুনা থাঙ্গপাৎতা হিদা লেঙ্‌খৎলি। হৈক্রু হিদোংবা হায়নরিবসি মসিদগীনি। খুল্লক্কস্থ কনাগুম্বনা হুমিং অসি পালন তৌনবা য়াওই। বিজয় গোবিন্দগীদা হীয়াঙ্‌স্থ তান্নে। অসুম তৌনা হুমিং অসি কুম্মৈ মপুং ফানবা হোৎনৈ। সনাকোন্থংদদি মসি তৌদে। হুমিং অসি য়ৌত্রিঙৈদা হায়বদি লাইদা কৎত্রিঙৈদা হৈক্রু চাবা য়াদে, নিংথৌগী শাপ লৈ। অশেংবমকস্থ মতম অসিগী মমাঙ্‌ ফাওবদি হৈ অসিগী হৈজীং ফাবা ওইদে।

## বামন জন্ম

ভাদ্র শুক্লা দ্বাদশীদা বামনদেবগী জন্মোৎসব তৌই। মসিদসু সনা কোন্নুংদা অকাবা পালানা ঈশৈ খোগন তৌই। অহানবদা গৌরপদ অমা শরুগা বামন জন্মগী হোনবী ঈশৈ খোগন তৌহুনা তুমিং য়ুংবা মতমদা নোংমৈ থারগা পূজা লোইশিন্দুনা আরতি কৎলি।

## গৌরপদ

জয় জয় গৌরাচাঁদ কলুষ বিনাশ।
পতিত পামর জন তারণ কারণ
সঙ্কীর্ত্তন পরকাশ— অসিনচিংবা

মখংদা বামন জন্মগী ঈশৈ ভাগনি মহুদি—
জৈ জৈ বামন পাবনকারী।
কশ্যপ নন্দন কৃষ্ণ কলেবর
বেদ বদতি ব্রহ্মচারী॥ ধ্রু— অসিনাচিংবা

## আরতিগী ঈশৈদি

জয় বামন আরতি করত মঙ্গল— অসিনচিংবা

তুমিং অসিসু ব্রতদিন ওইবনা তুমিদাং লিক্কোন শাম্নে। মসিদদি নোংজাম্লগা খোইদোকপা উৎসব তৌজে, মাই পোৎমেংমু লৈতে।

# দুর্গা পূজা

## চাউরেন হোৎ

আশ্বিন শুক্লা প্রতিপদদা দেবীগী চাউরেন হোৎ ( কল্পারম্ভ )। তুমিদাং চপ পালানা ঈশৈ খোগন তৌই। ব্রাহ্মণশিংনা অয়ুক অমসুং তুমিদাংদা পূজা অমদি অথনবা চণ্ডী পাঠ তৌই। অয়ুক্কা পূজা হৌবদা

নোংমৈ থায়। নিংথেম পুস্ত্রী মপান্নবী কালিকা ইবেম্মসু লেঙলক্লুনা লুমিং অসিদগী হৌনা পূজা কংলি।

## দুর্গা ষষ্ঠী

হৈখাগোক মখোঙদা রাই তৈথোক্লুনা লুমিদাংবাইরম য়াচঙবদা ব্রাহ্মণনা দেবীগী বোধন-আমন্ত্রণ পূজা কংলি, পানা চণ্ডী পাঠসু হৌই। পালানা ঈশৈ শকই, লেনা মোইবুং থোংই। মসিবু মৈতৈদা লাইরেম্মা কুন্থা হায়না কৌনৈ। দেবীনা হৈখাগোক মখোঙদা পোথারিবনি হায়না থাজনৈ। মরমদি দেবীনা মহাদেবগী মনাক্তগী মপাম পৃথিবী অসিদা চহিগী ওইনা লাকপনি থাজনৈ। অমরোমদা লাইরেম্মা অসিবু 'কৌওইবীমক্কি' হায়নসু নিঙনৈ। মরম অদুনা হয়েং অয়ুক অঙনবদা দেবীনা য়ুম চঙলগদবা ওইদুনসু মতম অদুগী দেবীবু মতম চানা ওকপগী থবক্তু পাঙথোকচবা ভমদবা প্রজাশিংনা ষষ্ঠী লুমিং অসিগী য়াচঙবদা য়ুম খুদীংগী মমাঙথোঙগী য়েংথংবা থোঙজীন্দা নীংথিনা রাই তৈথোক্লুনা মদুগী মথক্তা অশেংবা ফি অভোবা অমা থারগা মদুগী মথক্তা লাংথৈ, মপোপ, কাঙ মপাল, কৌ-চরোং, চেং-থোইদিং, লৈ, তুলসীনচিংবা হাপ্তুনা স্বাগতকী পোং লাঙদুনা লাতোন অমা থমনৈ। লাতোন অসিগী মমাঙদা হৈরাক পাননচিংবা অথুম অহাঙবা লোয়নননা ধূপ-থাউমৈসু কংলি। সনা কোমুংদগী নোংমে মখোল ভারগা কাইথোক্লুনা চানৈ। অঙাংশিংনা দোল মচা মচা শাদুনা চেকী দেবী মূর্ত্তি লাগুনা পূজা তৌই। মখোয়না লাঙবগী লোইবা লৈতে। মরমাই মথুংনা থোংদুনা দেবীদা লুক কংলি। মসিগীদমক মখোয় মশেল শেল খায়নৈ। নোংমৈ থায়, মৈকাপ্পী কাপই। বলি লুমিঙা তোর্বোং বলি কংলি। দেবীগী দোল মথক্তা মখোয়না ভমলিবা লাইরিকসু থমদুনা পূজা য়াওই। মরক অসিদা মখোয় লাইরিক ওরাইবগী অরাবত হায়কেং কোকনৈ। ভক্তীক্তি মসি কয়া তৌনখিদরে, ভাব তানরকলে। লাইরিক পূজাদি

হৈনবা হোৎনবনি হায়রবসি খঙ্ নয়রকলে। অসিগুম্বা লৈপাক ছুপ্পা পুমনাঙ্-লাঙ্বা অসিদা নহা অহল অমত্তা থাক্তে। রানা লৌরাং শুবা লৌমীশিংস্না হুংঙ্গাইরবা শরৎকী মতম অসিদা ফোওইবী মমাবু ভরাম ভরাম ওক্নুনা থম্মোইতনা ওইরবস্মু পূজা কৎনৈ।

সনা কোম্বুংদা দুর্গাগী মূর্ত্তি চাউনা শাহনা লাংলি। ষষ্ঠী নুমিৎকী য়াচঙ্বদা মথক্তা হায়খ্রিবা বোধন আমন্ত্রণ অধিবাস অহু তৌরুই। পানা চণ্ডী পাঠশু নুমিৎ অসিদগী হৌই। অকাবা পালানা মাণ্ডপতা ঈশৈ খোগন তৌই। অহানবদা 'মানসী' রাগ হৌরগা মখাগী গৌরপদ অসি তাগনি মতুদি—

'পহু আমার গৌর নাচে ধীরে ধীরে—' অসিনচিংবা।

মথংদা মখাগী ঈশৈ অসি 'সুহী সিন্ধুরাগ'না শকথগনি মতুদি—

'ওগো মাও আইলেগো আইস জুড়াওক পরাণি ॥—'

অসিনচিংবা

মসি শকপা লোইরগা আরতি কৎকনি। ঈশৈদি—

জয় জয় আরতি জগত জননী।

ভবানী ভকত নিজ ভয় বিনাশিনী ॥ অসিনচিংবা

## দুর্গা সপ্তমী

সপ্তমী নুমিৎকী অয়ুক অঙনবদা দেবী য়ুমচঙ্বা ওই। মসিবু 'নবপত্রিকা প্রবেশ' হায়না কৌই। লফু-চু য়েন্দেমনচিংবনা পুল্লপ তিমহনা শেম্ব কনেক ইমকি শেৎপা ৈনবা তৌবা অমা দেবীমক্কি নাংহনা ভরাংগী হৈখাগোক মথোঙ্দা পূজা কত্তুনা থনম্বা অহুদগী হৌনবী পূজা তৌহনা লাই লাৎকম তাম্না দোলাইদা পুশিল্লকনি। মসিদা ঈশৈ, পেনা মোইবুংনা খোগন তৌগনি। মকম য়ৌহনা হেক থম্বদা নোংমৈ থাগনি।

অশুম্না সপ্তমী নুমিৎ অহুগী পূজা মথং মথং চথরগনি। ব্রাহ্মণনা যজ্ঞশালাদা হোম তৌবস্মু নুমিৎ অসিগী অয়ুক্কগী হৌই।

অসুম তোনা দশমী নুমিৎ কাওবদা নুমিৎ খুদোংগী দেবীগী অষ্টকাল সেবা তৌগনি। অহিং দেবীনা চেপলমদাইদা পেনানা নাউশুম ঈশৈ অমদি অহিং মমৈদা লেঙ্খৎলমদায়দসু য়াকায়রোন ঈশৈ খোগন তৌই।

পেনা শকপনা অসুম্না নাউশুম অমদি য়াকায়রোন ঈশৈ শক্তুনা খোগনবসি নিংখোগীদি নুমিৎ খুদোংগী তৌই।

নুংথিন নুংথিল্দা পালা অনি অনিনা নুমিৎ নুমিৎ অচুগী তোপ্পা তোপ্পা ঈশৈ খোগন তৌই। অহিং অহিংদনা ঢপ অমসুং নূপীপালা-শিংনা খোগন তৌই থায়নদি পূজা মমুং অসিদা জগোইশাবী লোয়শঙ্গী মীনা নত্রগা মপানগী অকাওবী জগোই শাবীশিংনা জগোই শানরম্মী। ফাগিনচিংবা লীলাসু তৌরম্মী। চেংবা ফাগি কৌবা ফাগিগী যাত্রা অমা স্যার চুড়াচাঁদগী হাক্তুনা ফাওখি, শুসি ফাওবা শোয়রি। দেবীবু ওকপা ওইনা অরিবমগী নিংভোনশিংনা অকরুবা মচুগী ফনেক মপান নাইবা অমমম পুনরক্তুনা মখোয়গী শাগৈগী দেবী-লাৎকমদা থানৈ। মসিনা অরিবম লাইরেম্বীগী তোপ তোপ্পা স্বাগত মখল অমনি। সনা কোম্নুংগীদি তৌদে।

## অষ্টমী

অষ্টমী নুমিৎকী অহিং নোংঙাল্লমদাইদগী হৌনা নুমিৎ তাবা মতুং অথেঙ্বা ফাওবদা হীয়াঙ্থাং-লাইরেম্মা ( ইম্ফালদগী মখারোমদা মাইল ৬ লাপ্পা লৈবা ) গী মন্দিরদা অচৌবা মেলা তৌই। নুমিৎ অসিবু বরাষ্টমী কৌই। মশীং থীবা ভমদনা নিপা নূপী ময়াম ময়াম বয় নিবা লাকনৈ। মায়কৈ মরিমক্তুগী মীগী ঈচেল লেপ্পা লৈতনা মন্দির ওয়া চেনশিন্নরবই। অভাংদগীনা পাখং, লৈশাবী, অহন ওইবী নূপী অসিনচিংবনা লম্বী ক্রক ক্রক ঈরৈ। নূপীগী মশীংনা হেল্লি। মন্দির ময়া চীংখোঙদা মখল মখলগী পোৎচৈ য়োন্দুনা মেলা তৌই।

* হীয়াংথাং লাইরেম্মগীস্থ সনা কোম্বুংগা মান্নবা থুমিৎ থুদীংগী অহুম্মক পূজা কংলি, ঈশৈনচিংবস্থ শকই। চণ্ডী পাঠ অমদি যজ্ঞ-নচিংবা পুম্নমক তৌই। নিংথৌনা মসিগীদমক মতিকচাব' মপোৎ মচৈ, ব্রাহ্মণ পুরোহিত, ঈশৈ তৌবা অমদি পাঞ্জীনচিংবা পুম্নমক মরাং কায়না খাইদোক্তুনা থারকই।

থুমিৎ অসিদা দেবীদা বলিস্থ কংলি। সনা কোম্বুংদা তৌবা পূজা অসিদ দেবীবু বেষ্ণবীনি হায়না লৌত্থনা শা-বলি তৌদে। তোর্বোৎ বলি তৌরগা কংলি। থুমক্লা লাংপা দেবীশিংস্থ বৈষ্ণবশিংগীদি কনাস্থ শা বলি তৌদে।

## নবমী

নবমী থুমিত্তা কুমারী পূজা তৌই, চাক পীজ্জে, ফীরোয় হোংবী। কুমারী মশীং ৯নি, ব্রাহ্মণ কুমারী ওাক্তনি। অসিগা লোয়নননা খুৎস্থ খুৎলাই, শগোল, শামু, রথ দোলাইনচিংবমথৈস্থ ওম্মা পূজা তৌই।

## কুমারীগী মশক

চহি অনি শুক্রিবী কুমারীবুদি পূজা তৌফদে। অহুগা চাউরবদা চহি ১০ দগীদি হেনফদে। করম্বা চহিগী কুমারীবু করি মমিং কৌবগে হায়বহ্ ওাকলি—চহি অহুমগী কন্যাবু 'ত্রিমূর্ত্তি,' মরিগীনা 'কল্যাণী,' মঙাগীনা 'রোহিণী,' তরুকীনা 'কালিকা,' তরেৎকীনা 'চণ্ডিকা,' নিপানগীনা 'শাম্ভবী', মাপনগীনা 'দুর্গা,' অহুগা চহি তরাগী কন্যানা 'সুভদ্রা' হায়না কৌই।

১। ভগবতী ত্রিমূর্ত্তি পূজ তৌরগা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম ফংহল্লি।

২। কল্যাণী—সুংঙাই য়াইফ পীনহৈবীনি, মহৈ মশিন ফংহল্লি।

৩। কালিকা—য়েক্লবা ওম্মী।

---

* হীয়াঙথাং চাংদা পাম্বোইবীগীস্থ থুবম মাক্তনা নৈ। নুমিৎ আসদা লাইরেম্মা অসিস্থ পূজা কংলি। ব্রাহ্মণনা চঙদে।

৪। চণ্ডিকা—ঐশ্বর্য্যগা লোয়ননা লনথুম চাওখৎহল্লি।
৫। শাম্ভবী—লানজম্মী, লায়রবা কোকই, মীবু গুল্কাংলি।
৬। দুর্গা—অরুবা থবক পাঙ্খোকই, য়েরুবা ভম্মী।
৭। সুভদ্রা—নীংজবা থুংই, শিরগা অরানবা খুবম ফংই।
৮। রোহিণী—লায়থুং পূম্নমক কোকই।

## কুমারী পুজাদা খন্দোকপবীশিং

অনাবী, য়াঙ্গংবী, মিত্তাঙবী, নাপঙ্বী, মনম নমথীবী, মীওই চাদবী, মীওই শুয়বী, জাত ফত্তবী, মতু চোম্বী, অমদি মশক থীবী কন্যাবু থক পূজা তৌকদে। লুপ্রাবী মচা, মমানা পোকপগী অহল ওইবী অসিস্থ পূজা তৌবা হৌনদে মরম অতনা লোম লৈতবা ব্রাহ্মণ-কন্যা নত্রগা লান জয় তৌরবা ক্ষত্রিয়গী মচানূপী অসিনচিংবদুবু পূজাদা চৈয়ে। ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়না তৌব পূজাদদি ব্রাহ্মণ কন্যাংবু লৌখংলি, বৈশ্যনা তৌবা পূজাদনা ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় অমদি বৈশ্য কন্যাবু লৌখংলি। শূদ্রগীদি জাতি মরিমকী কন্যা পূজা তৌবা য়াই।

অসিগুম্বা কুমারী পূজাগী থৌরাঙ্ অসি নুমিৎ থুদীংগী পাঙ্-থোকপা ওমত্রবদি অষ্টমী নুমিৎ অসিতদা পূম্না অদুম্মক তৌগনি। (অসিনা দেবী ভাগবতকী মতনি)।

## বিজয়া দশমী

দশমী নুমিত্তদি পালাগী ঈশৈশু তোপ্না থোগন তৌই। বিসর্জ্জন তৌবা নুমিৎনিনা অয়ুক অঙনবদা থোগন তৌগনি। মসিগী গৌরপদ-তি—

কি কহিব শত শত তুয়া অবতার
এ কলা গৌরাঙ্গচাঁদ পরাণ আমার— অসিনচিংবা।

মথংদা রামনা রাবণ হাৎপগী ঈশৈ শরুনি মতুদি—

আজু রঘুবীর রণধীর আয়ে— অসিনচিংবা

মথংদা ভোগ কৎপা লোইরগা আরতি ঈশৈ শক্নুনা আরতি কৎকনি—

আরতি করত কত ভকতহি মেলি।
শঙ্খ শবদ ঘন খোল করতালি॥ অসিনচিংবা।

মথংদা ব্রাহ্মণনা বিসর্জ্জনগী হোনবা পূজা কন্নুনা দুর্গা পূজা লোইশিল্লি। যজ্ঞ পূর্ণাহুতিশু তৌই। নোংমৈ থায়। নবপত্রিকা অদু পালানা ঈশৈ শক্নুনা পনা মোইবুংনচিংবা য়াওনা সভা যাত্রা চত্নুনা দোলাইদা হপ্নুনা পুখ্রগী তুরেনদা থাদকই। অশাবা মূর্ত্তি অদুদি থমিদাং কুইরেংগীদমক অদুম্মক থম্মী

# শ্রীরামচন্দ্র অভিষেক

অসুম্ন দেবী বিসর্জ্জন লোইরবদা নিংথেম পুক্রী মপান্দগী * শ্রীরামচন্দ্র, লক্ষ্মণ অমদি হনুমানগী মূর্ত্তি অদুম্মক দোলাইদা ঈশৈনা খোগন তৌদুনা লমা কোমুং তান্না লেঙলকই। গোবিন্দগী বৈথব মথক্তা মথা থংবা নাকল্দা লেঙ্শিল্লে। ফোনা চাংশানা হৈদুনা কৎলি। ব্রাহ্মণনা হোনবা পূজা পূন্নমক কৎলে। অচৌবা সভাযাত্রা তৌদুনা শামু মথক্তা মতম আসদা বড়সেনাপতিশু থুংলে। মাওবকী নোংপোক থংবদা মায় নোংচুপ ওয়া ফিদাদা কমদুনা লৈ। নিংথৌনা ফীরোয় কাওামনচিংবা পীদুনা সেনাপতি বরণ তৌই। মথংদা জগন্নাথ লাংপা অদুগী মপাদা বৈথপতা নিংথৌগু কূর্ম্মপীঠদা লেঙ্শিন্দুনা বেদমন্ত্রনা অভিষেক তৌই।

য়েংগদবা—মতম আসিদা থারনাদ নিংথৌগী অভিষেক লোইত্রিবা কাওবা নুপী চঙহন্দে। য়াওরিবা নিপা মথৈশু ওয়া মকোক থুমদুনা কি ইনগদবান।

মতম অসিদা মাওবকী মথা থংবা মচি অমদা মঙ্গল-পুং যৈ। অভিষেক লোইরগা ব্রাহ্মণশিংনা মন্ত্র থীডনা নিংথৌবু আশীষ তৌই।

* গরীবনবাজগী মতমদা লিংখৎলম্বান। নিংথৌ লাইনি।

অস্তুম্না লোইরগা শ্রীরামচন্দ্রগী আরতি কৎলি। পালানা ঈশৈ খোগন তৌই। নোংমৈ থায়। বড়সেনাপতিনা জয়কার লাউরগা ময়াম্না খুমই।

## কাক যাত্রা

রাম লক্ষ্মণনা সীতা উদ্ধারগীদমক চরা হেন্দুনা নবরাত্র দুর্গা পূজা তৌরগা বিজয়া দশমী নুমিত্তা রাবণ হাৎননবা যাত্রা তৌখি। অসি-গুম্বা শ্রীরামগী দেবী পূজা অসিগী মওঙ্ লোতুনা হিন্দুরাজ্য অয়াম্বনা ঙসি ফাওবদা বিজয়া দশমী নুমিৎ অসিবু চাউনা পালন তৌই। শ্রীরামগী প্রতিনিধিদা নিংথৌনা যজ্ঞ-পূর্ণাহুতিনচিংবা লোইরগা সেনা-পতি বরণ তৌতুনা খোঙমী লাম্মীনচিংবা তেংগোল লোয়নননা সভাযাত্রা তৌই। নিংথোপানবা লৈবাক অয়াম্বদা মসি চৎনৈ। ঐখোয়গী লৈবাকীদি থায়নগী কাক তানবগা মসিগা পুনশিন্নতুনা কাকযাত্রা হায়না পালন তৌনৈ।

অযুক্তা রামচন্দ্র অভিষেক লোইরগা চাক ঈশিং চানতুনা ঙাইহাক পোথানৈ। নুংথিল অঙনবদগী হৌনা মথং মথং অঙম অখৌশিং অতৈসু ময়ুম মমুমদসু দোলাই তৌতুনা বাজায় বেংগুল য়াওনা য়াওনা সনা কোম্লুং তম্না লাকনৈ। বড়সেনাপতিসু শামু তোংতুনা অকল অখৌ, খোঙ্মী লাম্মীনচিংবনা য়োমতুনা অচৌবা সভাযাত্রা অমা ওইনা কোম্লুং তম্লকই। বাজায় বেংগুল খোংই। অস্তুম্না সনা কোম্লুংদা অঙম অখৌ পূন্নমক চোম্না পৈতুনা নিংথৌবু ঙাইনতুনা লৈ

ব্রাহ্মণনা অমদি মৈতৈ পণ্ডিতশিংনা যাত্রাগী হৌনবী পূজানচিংবা লোইরগা সঙ্গাই মমুংদগী নিংথৌনা লেঙ খোরকপদা মীয়াম্না জয় জয়-কার লাউনৈ। অচৌবা শামু অমগী মথক্তা শেম্বাং মহুম হায়না কৌবা নিঙ্থিজরবা তায় অহু শাতুনা হাপ্পগা মতুগী মথক্তা নিংথৌ লেঙ্-খৎলি। মনাইশিংনা শামু মথক্তা তোংতুনা খোগন তৌই। অস্তুম তৌনা অকল অখৌ, ফম্নাই কানাইবা পুন্নমক মাগী মাগী মফম চানা চানা পরেং লেংতুনা, শাপোৎ-লানপোৎ গুনা দোলাই তোংবনা তোংনা

শামু তোংবনা তোংনা, শগোন তোংবনা তোংনা, খোঙ্না চৎপনা চৎনা নিংথৌগী নাক য়েংৎ, মাঙ-তুং মায়কৈ পুন্নমক্তা য়োমশিন্দুনা চাউ-রবা সভাযাত্রা তৌদুনা সনা সঙ্গাইদগী লেঙথোরকই। মচু মচুগী চোঙ্-শেকপিন, মথল মথলগী ফীরাল ময়াম—পুন্নমক অসিগী মরক্তা শেম্বাং মহুম অহুনা বাজায় মখোনদা নোমহৌ নোমহৌ থাংবা শামুগী খোঙথাং খূদীংদা নোক্ষেৎ নোক্ষেৎ তৌনা চৎপহুদি য়েংবদা পুক্নাং হুনবা মশক্নি।

অসিগুম্বা ক্বাক যাত্রাগী কূম্মৈ অসিতবু য়েংননবা মী লীশীং লীশীংনা লম্বী নাকল অনিদা পরেং পরেং লেপ্তুনা ঙাইনৈ।

নিংথৌনা যাত্র' তৌবদা অমদি ক্ব'কশঙদা থুংবদা, ক্বাক তানবা লোইবদা অমদি সঙ্গাইদা থুংলবদা তোপ হেক হেক থাহুনা পাউ শন্দোকই।

ক্বাকশঙদা নিংথৌ সনা মাঙদা থাঙ-তাগী কূম্মৈনচিংবা ওয়া তৌই।

## ক্বাক তানবা অমসুং রাবণ কাপ্পা—

মরক অসিদা পাঙ্গীনা হান্নদগী হৌনা তাকপা মায়কৈদা মচৌঙাক চন্দুনা পুনশিনহল্লক্রবা ক্বাক ময়াম অমবু নোংমৈ মখোন ও.হন্দুনা তাম্বোকই। নোংমৈ লৈত্রিভৈদদি মসি করিগুম্বা অতোপ্পা উপায় অমনা তান্নবা হোৎনরম্মী। থাজনবা লৈ মহুদি—ক্বাকশিং অহুগী মরক্তা ক্বাক জাৎ অমা য়াওই, মহুনা পাইখিব। মায়কৈ মুন্না খঙ্লোগ পণ্ডিতশিংনা মহুগী চহিগী অফ-কন্তবা ফল নিংথৌদা হংগৎলৈ। মানা ক্বাক তানবগী রানি।

অমরোমদনা তুরেন রাংমদা হান্নদগী হৌনা শাহুনা থম্বা মনোং ওয়া পানবা রাবণগী মূর্ত্তি অমদা লাম্মীশিংনা নোংমৈনা কাপই, মাগা থায়নদি তেননা কাপনরম্মী। মফম চানা পানবা ওম্বা মী অদুদা নিংথৌনা মনা-মথুম পীবি।

অমুম্মা রাবণ কাপ্পা লোইরবদা হান্নগুম্মা সভাযাত্রা তৌহুনা অমুদ

সনা কোম্নুং তম্না লাকই। লম্বীদসু থাঙ্ হাইবা, তা থৌশাবনচিংবা মরক মরক্তা তৌদুনা জয় ওইরকপগী হরাউবা ফোংদোকই। নিংথৌনা সঙ্গাই য়ৌরবদা য়ুমগী লাইশিংদা পোৎ চৈ কত্তুনা বর নিরুই।

## নৌকা খেলা—

অসুম্না কাক তানবগী কুম্মৈ লোইখ্রবদা হুমিদাংরাইরম বাজায় বেংগুণ অমদি ঈশৈ লোয়নবা দেবীগী মূর্ত্তি লেঙ্থোক্তুনা থাঙ্গপাৎতা থাবক লাকপা হি মথক্তা নৌকা খেলা তৌই। ঢপ পালানা ঙসিসু দেবীগী মাঙদা ঈশৈ থৌগন তৌই। মথংদা কুম্মৈ মখল মখলসু তৌই। অতৎপা লৈতনা নোংমৈ বমুলা কাপই, মৈকাপ্পীগী কুম্মৈ তৌই, চেবোন রাংনা থাগৎলি। থায়নদি মসি সনা কোম্নুংতদা তৌরম্বনা অরাপ্পা লমশিংদগীসু পাখং নৈশাবী সঙ্গু সঙ্গু লাক্তুনা কুম্মৈ য়েংলৈ। অসুমনা নোংয়ায়গী মতম ফাওবা হরাউ কুম্মৈ তৌরগা লোইশিন্দুনা দেবী প্রতিমাবু ঈশিংদা তপ্পা তপ্পা থাদথি। দেবীনা ঈশিংময়ায়দা তপ্প তপ্পা খজৌক খজৌক লূপথখিবা মতৌ অদুদি য়েংবদা পুক্নীং হুংশিনিঙাইনি।

## শুক্লা দ্বাদশী—

হুমিৎ অসিদা রঘুনাথ দাস, ভট্টরঘুনাথ অমদি কৃষ্ণদাসকী মহোৎসব কৎলম্মী। মতু গোবিন্দগী থৌগন কোর্ব্বেক্তা ঈশৈনচিংবা ইতুনা লৈ। হুজীক্তি তৌখিদ্রে।

## আশ্বিন পূর্ণিমা—

হুমিৎ অসিদা মেরা রা য়ুংই। সনা কোম্নুংগী অমদি শ্রীগোবিন্দগীদি কাক যাত্রা হুমিত্তগী হৌনা য়ুংতুনা থাউমৈ কৎলি। মেরা রায়ুংবা হুমিত্তা শ্রীগোবিন্দগী কুঞ্জরাস কৎলি। হুমিৎ অসিদা লক্ষ্মী পূজাসু তৌই। অহিং তুমদনবা লিক্লোন শান্নে। হুমিৎ অসিদগী হৌদুনা মথংগী পুর্ণিমা ফাওবা নিয়ম সেবা তৌবা হৌই। হরিমন্দির পুন্নমক্তা মহৌশা নিতিগী ঙম্নমগ্রবসু মঙ্গল আরতিদগী হৌনা শৃঙ্গার আরতিনচিংবা চাংনাইনা পুর্ণিমা অমা ফাওবা কৎপা হৌই। মঙ্গলার্ত্তি

হৌবগী মৌরগী সুরদা শকপা ঈশৈঅমদি শরীক কাংসী মখোল তাবদি অহিং ময়মৈ অহুদা পুক্লৌং ইনৌ নৌহল্লি। অয়ুক্তা শৃঙ্গার আরতি মমাঙ্দা নত্রগা মতুংদা শ্রীমদ্ভাগবত ব্যাখ্যাসু তৌহুনা তায়। অসুম্না ভাগবত পাঠ অসি তৌত্রিভেদা নত্রগা লোইরবদা ঈশৈ শকপা নিপা নত্রগা নূপীনা ক্ষমহুনা গৌরপদনা নাম সঙ্কীর্ত্তন তৌই। ঐখোয়গীদি ধর্ম্মগী থবক পুম্নমক শ্রীগৌরচন্দ্রদা আশ্রয় তৌহুনা তৌবমক্তনি।

শৃঙ্গার আরতি কৎপা লোইরগা (নিপা নূপী চঙ্হুনা) ঈশৈ শক্তুনা পরিক্রমা তৌই। পরিক্রমা লোইরবদা নূপীমখৈনা মখাগী ঈশৈ অসি শক্তুনা শ্রীরাধা-দামোদরদা জগোই কৎলি মহুদি— নৃত্যতি হরি সঙ্গে রাসেশ্বরী— অসিনচিংবা।

অসুম্না চথরকপনা হরি উত্থান হুমিত্তগীদি মঙ্গলার্ত্তি হৌবা লোইরগা পুং করতাল লোয়ননা নগরকীর্ত্তন চৎলি। কনাগুম্বনা হুমিদাংরাইরম চৎপসু য়াওই। য়েংগদবা অমদি অসিগুম্বা নগরকীর্ত্তন অসিদা মৈতৈ পুং অমদি মৈতৈগী নট-নদি তৌনদে। মসিদদি খোল, রামতাল পায়হুনা মনোহরসাহি ছন্দদা ঈশৈ শকপনা পক্লে। মসিদা পেরেশিঙ্গা শীজিন্নবসু য়াওই। মোইবুংসু খোংই।

**শয়ন** –

মেরা থা অসিমা চুপ্পা রায়ুংবদগীনা রাফুকপা ফাওবা হুমিৎ খুদোংগী শ্রীগোবিন্দগী মাগুবতা 'শয়ন-পালা' হায়রুনা নিপাপালা মখল অমনা ঈশৈ খোগন তৌই। মসিদা পুংয়েবা অনি য়াওই, পালানা করতালগী মহুত্তা ঝাল পায়। গোবিন্দগী থৌগন অসিদি 'নামপালা' না তৌই। অসিগুম্বা শয়ন অসি তৌবা ওমদবা কাঙ্বুনা ময়াম পুন্না ক্ষমহুনা 'কথা-কীর্ত্তন' হায়না নূপী অঙাং পুম্নমক তিন্দুনা ঈশৈ শক্লে। মসি তৌবা তারবদি অহানবদা ব্রাহ্মণনা শ্রীমদ্ভাগবত ব্যাখ্যা তৌই। লাইরিক লোইবগী নামসংকীর্ত্তন ওইনা হায়রিবা 'কথা-কীর্ত্তন' অসিনা শমথবনি।

**খুল্লক্কী শয়ন পালি—**

খুল্লক্কা তৌবা শয়ন পালিদি—হুমিৎ খুদীংগী পালি পুরা মী হোংই। খুদীংমক্তা মাগী মাগী পালিনা মপুং ফাবা হেনগৎনবা হোংনৈ। অসুম্না নোংমা নোংমগী চাউবা তান্নরকপা মওঙ্ অসিদগী মমৈদদি মেলা তারকই। মরম অসিদগী পালি অমু মপুং ফাহনবগী দমক্তা অভোপ্পা মরূপ মপাংশিংনসু পোৎয়েং তৌনৈ হায়বদি অথুম অহাউনচিংবা লূকমায় লূকমাইদা শেমদুনা পুনরকই। ঈশৈগী পালাদি পালি মপু অদুনা ঈশৈ হনগনি। হৈরবসু হৈত্রবসু মসি তৌদবা য়াদে। চাক থোংবা হৈতবা অঙাংবু চাক থোংউ হায়বদা হরাউজবগুম ঈশৈসু তৌদবা, চালোম মশকসু খঙদবা মীবু ঈশৈ হল্লু হায়রুবদা হরাউজবনা থরায় য়াওনা থরক্তা ওইরবসু থোক্লবা হোংনজদুনা থবক অসি পাঙথোক্লবনা অয়াম্বনি। ঈশৈহনবগী থবক অসি মশানা তৌদনা মচা মশূশিংবু ময়ায়দা অদুম্মক লেপহনবসু য়াওই। সংকীর্ত্তননা কলিগী মহাযজ্ঞনি হায়বসি কন্না থাজদুনা মসিদা মীপুম খুদীংনা শরূক য়াবা ভম্নবা থৌরাঙদা মসিমসু মন্থং চল্লি। *

---

**শীংলুপ পালা**

* অসিগুম্বা নমদুনা হৈনবা হোংনবা অসিগী মহুংদা লৈকাইগী শীংলুপ পাল সু মথল অমনি। শীংলুপ হায়বসি লৈবাক অসিগী য়াম্না চাউথোকচনিংঙাই ওইবা ফজত্রবা থৌশীল অমনি। অমনা অমগী মতেং পাংনদুনা, ময়াম্না ময়ামগীদমক নোমদুনা পুম্নমক্না পুম্নমক্কী কান্নবা তেঙ্বাং পীনবসি মৈতৈ লৈবাক্তদি য়েলহৌডৈদগী অদুম্মক লৈরকলে। মদু হুজীকমকসু খাম্নবা চাউনা উনবা মওঙ্ ওইখিত্রবসু মুৎখিবদি নত্রে। শীংলুপ—মী শিরগা অশিবা মৈ থাননবা শীং অময়ম পুনরকপা অদুগুম্বা মরূপ হায়বনি। মসিগী কান্নবা ফজবা খঙনবদগী মমৈদা শীংলুপ অসিবু লম লমগী ওইনা লীচিং য়াম্নবা চৎপা মরূপকী মমিং ওইনা অদুম্মক খঙনখি। লৈকাইগী শীংলুপ্পা লৈকাইগী মী অমা শিবদগী হৌনা শ্রাদ্ধ লোইত্রিবা কাওবদা মনুংগী অকুপ্পা থবক থনাদগী তৌদুনা ঈশৈ নোংমাই কাওবদা থবক পুম্নমক্তা মপুং ফানবা হোংনৈ। মাওপ থনবা, মদুগী মচাক পুনরকপা, লোইরগা শীদোকপা, ভাবকী কন্দম কিদা

খোঙ্গা, মী শিরিবা ইমুং অদুগী অকি অথং কোক্লবা মী ২। ২ অহিং মৈরিংবা, বার্ত্তোন চৎপা, শিঙ্খিউদগী হোনা অনাবা মী অদুবু নাম তাহনবা, পোৎলোইবা পুম্নমক অসি শীংলুপনা পাঙ্থোকই। শিরগনু মা অদুবু হরিনামনা থোং শাহুনা ঈশৈনা মাঙ্ থানা তোক্খান ম্নোনবা চৎ'ল। হরিনামডনা মাগী লাঙ্গনবা মরমনি। অসিতনু নত্রি, শিবগী তরানি অদু শ্রাদ্ধ যৌত্রিবা কাওবা হুমিৎ থুদৌংগী পুরক-পিণ্ডদান তৌবদা পুং-ঈশৈ য়াওদবা য়াদে। নুংখিল দশাহগী লাইরিক তৌবদসু নাম সঙ্কীর্ত্তন শক্কবা য়াদ।

অসিগুম্বা থাদোকফত্রবা থবকশিং অসিদা মীগী লমগী মী ঙাক্কবু ঙাইনহুনা লৈবা য়াদে। অনেকপা হায়বহু হেক তৌবা তারক্লবদা অথু-অকায় নংদে। শিরমদাইগী পনফত্রবা মতম অদুদা মীরমগী মী কনাবু কৌকহুনা থূদক অদুগী হেনবী থবকশিং অদু তৌহনবা ঙমগনি। মরম অদুনা ঐগী ঐগী ইরৈকায়, ইখুংগঙ্গী মীনা থরতা ওইরবনু নাম-শোনবনচিংবসি হৈনদবা য়াদে। চুম্নগী নাম শোম্নবগী ঙাকনু নত্তে —অশিবা পুথো'ক্লবা কু-নু লৈকাইনা শাবা তাবনি। অসিগুমহুনা লৈকাই নুপীনসু যজ্ঞগী থাকনদগী হোহুনা অশিবা মীগী ফীরোয়-ফীঙাম অমদি থাদোকফত্রবা ধর্ম্মগী, চৎনবীগী মথৌ তৌননবা হৈরুক-হৈরা শেমহুনা লায়োকপনাচংবা ময় ম অমনু তৌই। মরম অদুনা শ্রাদ্ধগী ঈশৈদা শীংলুপ মচানা পালা ওইদবা য়াদে। হুমিৎ অসিদা থুদৈ মচা অমত্তা ওইরবসু মখোয়দা কংতূনা পেলক্তনবা লায়রবা হুম্নুনা হোৎনজে। মখোয়নসু হেন্দোক্না পেনবিহৈবা মতৌ তৌই। কনাগুম্বনা শীংলুপ পালাতনা শকপা হুংঙাইত্তে হায়হুনা লমদগী অফাওবা ঈশৈ শকপা অমদি অফাওবা পুং মৈবা মী নেক্রবনু মাগী শীংলুপ পালাবুদি থক থাদোকপা য়াদে। কৌক্লরিবা ও াশিং অদুনা খুনফম নত্রগা শীংলুপ পালাদা তোংহুনা ঈশৈ শক্কদবনি।

অসিতনু নত্রি, অস্থি সঞ্চয়ন হুমিত্তা তোর্ব্বান শেংবা, লখী শীৎপা, শূমাঙ্ নত্রগা মাওপ তৈবা, ভাবক সেবা তৌবা—পুম্নমক শীংলুপ লৈকাইগী থবকনি। য়ুম্নুগীদি শেল পুথোকচরগা লোইরে। শেল অসিদু শীংলুপ লৈকাইনা মাগী মাগী লমগী চৎনবী মতুং ইন্না শেনগী মরূপ, চেঙ্পাকী মরূপ, খজোম মরূপ, চুহী মরূপ অসিনচিংবা লিংনহুনা দশা তারিবা ইমুংদা কর্ম্ম নংনবদা মত্তেং ওইনা পী। অসিগুম্বা ময়াম তিমবা ফজথ্রবা থায়নদগী মৈরক্লবা

## কাছারগী নিয়ম পালি—

নিয়ম পালি অসি কাছাড়দদি য়াম্না চাউনা হুমিদাংদা তৌই। অনি ফম্বীনা মহাভারত, রামায়ণ অমদি শ্রীমদ্ভাগবতনচিংবা লাইরিক ভোৌহ্না তায়। অনিফম্বী হায়বসি অমনা লাইরিক থীরগা অমনা ব্যাখ্যা ভোৌহ্না অর্থ তাহনবনি। মণিপুর অমদি মণিপুর রাংমদা লৈবা মৈতৈ বৈষ্ণব সমাজদা মসি য়াম্না তোয়না চৎনৈ।

অসুম্না অনিফম্বীনা লাইরিক তৌরিডৈ অসিদা অহল্লম্মন খরনা নাম তাহ্না লৈহৌরগা মৌ, লৈশাবী মথৈনা কবোক-হৈবোক য়াওবা ফীরাক মকোক্তা হাপ্তুনা ওয়গী থূৎনা পায়রগা য়েৎকী মথূৎনা মৈরা পায়হ্না চৎলি। পাখংমথৈনা ঢল য়ৈহ্না ঈশৈ শকপনা মাংগঙ্ খিঙহ্না ঈশৈ শক্লা শক্লা পরেং পরেং চৎলি। মৈরাশিং অদু অঙাঙ্‌বা অশংবা মচু কয়া কয়ানি। অসুম্না ফিজ্রেৎ-লৈতেং নিঙ্‌থিনা তৌরবী ফীরাক-মৈরা পায়বী নূপীশিং অসিনা মখোয়গী মেঙ্‌লবা মখোল অহ্না অহিংদা ঈশৈ শক্তুনা চৎপদি য়েংবদা মিৎ পেন্ননিংঙাই মশক্লি। লৈশাবীনা রেশম ফুরিৎ চমকি থিনবা লীৎলি, খ্বাঙ্‌দা ইন্নফি পুনশিল্লি মশম কোয়না ককই। মথূত্তা লৈগী ম্বেন্দায় পায়বী লৈশাবী কাঙ্‌বু অমগু য়াওই। থায়নগী মৈতৈগী অরিবা মশক্তি হুজ্রীক কাছাড়দা উবা ফংলি। সনা লৈবাক মণিপুরদদি চাওখৎপা মৈরানা মহু চাকথেক-খিহ্না উখিদরে।

অসুম্না চৎপা সভাযাত্রা অসিগুম্বা অনিথক করিগুম্বা লমখাঙ্‌দা

---

চৎনবী অসিনা ঙসি কাওবদা মৈতৈ লৈবাক্তা কনাগুম্বা অমত্তসু সংকীর্ত্তন ভোৌদনা শ্রাদ্ধ শানবা য়াওখিদ্রি। অমুক করি হায়গনি, পালাগী ফিরেন কাওবা খাইগৎনহ্না পীবা অহুগুম্বা চৎনবাসু লৈ।

মরম পুন্নমক অসিনা পীক্লিঙৈদগী হৌনা নিপা মচা পালানচিংবা লিংখত্তুনা অঙাংশিংবু পালা য়াওবা হৈহল্লি। মসিনা চাউরক্লগা অহুম্নক শাংলুপ পালাদা ওনশিনবদা করিসু লৈতনা থোকই।

থেংনবা থোক্লবদি হেনবা তাম্নদুনা কুম্মৈ তৌনৈ। মসিদা শক্লবা ঈশৈদি—

'কে যাবে নদীয়ার বাজারে
হরিবল হরিবোল' অসিনচিংবা

অসুম্না চংলুরগা পালি মফমদা অমুক লাক্তুনা কোম্থোঙ্ য়ৌরক-পদগীদি নীংথিনা ঈশৈ শক্তুনা চঙ্লকই। নিয়ম অসি ব্রাহ্মণগী মাগুবতা তৌনৈ। মাগুব য়েরগা লৈশাবীশিংনা লৈ চাই, মৌশিংনা মৈরা পুম্নমক মাগুব ময়ায়দা য়ুংদুনা থম্মী। ফীরক থাহ্নুনা কাইথোক্লগা ভাবক পুম্নমক্তা য়েন্দুনা চানৈ।

**নামপালানা শয়ন শকপা—**

মথক্তসু হায়খ্রে, নামপালানা শ্রীগোবিন্দগী শয়ন ঈশৈ থোগন তৌই। পালানা খুরুম থাজঙ্বা লোইহনুনা মণ্ডলী লেংহনুনা ফম্লগা বরিরবা মতুংদা পালা পুম্নমক মন্নুং ওনশিন্দুনা পঞ্চাঙ্গনা চপ মান্ননা খুরুম্নরগা ফম্না ফম্না অহুম্মক ঈশৈহনবনা শক্কদবা ঈশৈ অহু হেক্তমক লৌহনুনা শক্কনি। রাগ হৌদে। অহানবদা লৌগদবা ঈশৈদি—

'পড়ে মাই মদন মোহন শ্যাম'—

অসিনচিংবসি ঢপ তিনতালদা শক্তুনা তানথায় মরিরক থায়রগা হৌগত্তুনা মখাগী ঈশৈ অসি দশকোষ তালদা শক্কনি, মহুদি—

"কহত কৃষ্ণ—' অসিনচিংবা

অসুম্না দশকোষ অসি থুজিন্না য়ৈরক্লগা মথক্কী ঢপ তিনতালগী তানথায়না থাগনি। মসিগী মথংদনা রাজমেল তানচপ (মেলমতেক্ক) য়ৈহনুনা মনঃশিক্ষা অমুক শক্কনি। মসিগী মতুংদা মরক্তা অখায়বা অমা তৌদনা 'নামডাকা হেক্তমক তাহনুনা য়ৈগনি।

নামডাকা থারগা মথংদা 'রাজমেল তানচপ' অমুক য়ৈগনি। মতম অসিদসু 'মনঃশিক্ষা'দি অহুম্মমক শকখিগদবনি। মথংদা তান্-চপ অথায়বী অমুক য়ৈরগা 'মেনকুপ' তাহনুনা লোইশিনগনি।

থা অমা চুপ্পা শয়ন শকপা তারবদি অরোইবা নুমিৎ নত্তনা 'ছয় গোষাঞ্জি'নচিংবা সংকীর্ত্তন লোইবগী হোনবী করিস্থু তৌবা য়াদে।

**একাদশী শয়ন—**

মেরা থা অসিদা একাদশী অনিরক তাই। মসিগীদি 'একাদশী শয়ন' হায়দুনা তোপ্পা লৈ। মথক্তস্থু হায়খ্রে, গোবিন্দগীদি নিত্য-অষ্টকাল সেবাদস্থু একাদশী তাবা নুমিত্তদি একাদশী শয়ন অসি শোয়দনা তৌদবা য়াদে ( লাঃ ৩০ য়েংউ )। মেরাগী একাদশী নুমিত্তদি নিত্তিগী শকলিবা শয়ন অদু শক্লিক্লৈদা 'গৌরাঙ্গ বল্লভি কাস্তং' হায়বনা হোৌবা ঈশৈ অদু একতালদা শকখিগনি। লোইরগা মথক্তা হায়খ্রিবা 'পড়ে মাই' হায়বনচিংবা ক্রম অদু মথং মথং লাক্কনি। ক্রম অসি খুল্লক্তা তৌবা শয়নগী ক্রমগস্থু অদুম্মক মান্নে।

**কার্ত্তিক কৃষ্ণা পঞ্চমী—**

কৃষ্ণা পঞ্চমীদা নরোত্তম ঠাকুর মহাশয়গী মহোৎসবদিন থোকই। পালানা থৌগন তৌরম্মী। হুক্তৌক্তি তৌখিদরে।

**কার্ত্তিক অমাবস্যা** ( দীপান্বিতা )

নুমিৎ অসিদা কালীপূজা অমদি দীপান্বিতা থোকই। অকাবা পালানা গোবিন্দগী ঈশৈ থৌগল তৌই। গোবিন্দগী মন্দিরদস্থু খুল্লকী মন্দিরদস্থু য়ুম খুদীংগীস্থু অমদি শ্মশান মফম, থোঙ্গাল, পুখ্রী, অসিনচিংবা মফম মফমদা ঘিগী নস্ত্রগা থাউগী থাউমৈতনা অমম্বা অহিংদা নিক্ নিক্ লাউনা নীংথিজহল্লি। লফুগী পোঙ্ শারগা মথক্তা মন্দিরগী মণ্ডপ্দা শঙ্ মচা অমা শাদুনা মখুংদা মৈ থাল্লগা ভুরেন্দা থাদহুনা তাউথহল্লি।

★ রাস্থংবা অমস্থং বাফুকপা নুমিত্তদি গোবিন্দগী রাস যাত্রা লৈবনা অনি অসিদি শয়ন থৌগন তৌদে। কৃষ্ণা প্রতিপদতগী কার্ত্তিক শুক্লা চতুর্দ্দশী কাওবতা থৌগন তৌই। অহানবা হোৌবা প্রতিপদ নুমিৎ অসিদি 'দেখ ভাই গৌরগোবিন্দ রামনিত্যানন্দ' নচিংবা ঈশৈ অসিনা নামডাকা ওইদবা য়াদে। মথং মথংগীদি কোর্ব্বেকী মত মতুংইন্না চৎথগনি। অকুপ্পা ম.রাজ অতৈস্থু য়ান্না লৈরি।

## গোবর্দ্ধন পূজা—

শুক্লা প্রতিপদ নুমিত্তা গোবর্দ্ধন পূজা কৎলি। অকাবা পালানা গোবিন্দগী ঈশৈ খোগন তৌই। মতম অসিদা মণিপুরদা চহিগী অনৌবা মরোং লোক্কবা হৌরতুনা নুমিৎ অসিদা লাইদা চৌং-শানা পৈন্থনা কৌ কৎনৈ। অনৌবা কংবা পোৎ মখৈস্সু কৎলি। মীরৈবাক্কুগী কা অনৌবস্সু পুরক্কনা কৎলি বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী ইমুং খুদীংমক্না অঙম্বা সিদ্ধা শেমদুনা লাইদা কৎনৈ, অঙম্বা মীনা উৎসব চাউনা তৌদুনা গোবর্দ্ধন পূজা কৎনৈ। নুমিৎ অসিদি মণিপুরগী মফম মফমদা মায়কৈ খুদীংগী হরি সংকীর্ত্তনগী খোঞ্জেলতনা ইনিন নিল্লি। যন্থনা চৌং শাদুনা, মতুগী অকোয়বদা কুণ্ড শেম্লগা শঙ্গোম হৈদুনা মথক্তা গোপাল দেব লেঙশিল্লি। মশু পূজা তৌই। মফম অদুদা লুক অদুম্মক কত্নুনা, আরতি তৌই। অঙাংশিংনা লৈপাক্লা মশু শাদুনা গোবর্দ্ধনদা কাহল্লি। চুপ্পগী লুক কৎপগী মতুংদা অন্নকূট ( চাক মপৈ ) না ভোগ কৎনবস্সু য়াওই। নুমিৎ অসিদগীনা একাদশী ফাওবা শ্রীগোবিন্দনা গোবর্দ্ধন-ধারণ তৌদুনা লৈ।

## ভ্রাতৃ দ্বিতীয়া ( নিংঙোন চাক্কোবা )—

কার্ত্তিক শুক্লা দ্বিতীয়া নুমিত্তা নিংঙোন চাক্কোবা ওই। মসি মণিপুরগী খ্বাইদগী হেন্না চাউবা মী পুন্নমক্কী ওইবা পর্ব্বদিন অমনি। নুমিৎকী মচানুপী যমুনানা মবুং যম নিংথৌবু চাক কৌদুনা পীজ পীথক তৌখিবগী মত লৌদুনা মচনমনৌ মবুং মৌপল্লাবু অস্নুম্না পীজ পীথক তৌনবা অসি হৌরকখি. ঐখোয়গী লৈবাক্কসু মদুমক চৎনরম্মী। হায়নদা লৈ—স্যার চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ সনা হাক্তক্ত খুল্লক্তা লৈপ্রবা নিংঙোন-শিংনা মহারাজমকপু পেলহনবদি ঋাগনি, অদুগী মতুত্তা মহারাজনা নিংঙোনশিংবুদি পেলহনবা ওম্ফম থোকই হায়দুনা সনা য়াথংনা ঐখোয়গী লৈবাক্তা পিবানা নিংঙোন লাৎপগী মওঙ অসি হৌদোকপিরম্মী। লাইহরিক্কী ভ্রাতৃ-দ্বিতীয়া হায়বসিনা মবুং মৌপল্লাগী নুমিৎ হায়বদা ঐখোয়না নিংঙোন চাক্কোবা হায়না ওস্নোকখিবনি।

হুমিং অসিদা মৌ-নহাদগীনা অহল ওইবী ফাওবা নিংভোল হায়রিবনা লৈরীবা ময়ূম পানবী পুন্নমক মফি মরোন নাম্না অমদি তরু তরু শেংনরিবনা মপাম মপামদা চাক চাবা চংনৈ। চাবা লোইরগা মবুং মৌপরানচিংবনা মচন মচেশিংবু অভম অভম্বা ফিরোন দক্ষিনা দান তৌরিবনা নিংভোনশিংবু পেলহল্ল। মখোয়-সু পিবাশিং অদুবু হম্বাউনা থম্ব পীবিরম্মী।

## শুক্লা ষষ্ঠী—

হুমিং অসিদা রামঠাকুরগী উৎসব কৎলম্বগী ঈশৈ কোর্বেকক্তো ইরি। হজীক্তি চৎনখিদ্রে।

## গোষ্ঠ লীলা—

কার্তিক শুক্লা অষ্টমীদা শ্রীগোবিন্দগী গোষ্ঠ লীলা শাম্নে। মসিবু ঐখোয়না যথ-শেনবা জগোই হায়না কৌই; মসিদদি পালানা ঈশৈ খোগন তৌত্রে। অয়ুক্তা ব্রাহ্মণনা রাসোৎসর্গগী হোনবী পূজা কৎলগা অহুম্বক মথ মথং গোষ্ঠ লীলা শাম্নবা হৌই। কোর্বেকক্তদি অয়ূক অভনবদা নট পালানা অহান্বা পূর্ব্বরঙ্গ ওইনা ঈশৈ খোগন তৌরম্বা ওইনা ঈশৈ লেংহুনা লৈ মহুদি—

গৌরপদ

গৌরাঙ্গ চাঁদের মনে কি ভাব উঠিল—

অসিনচিংবা

মথংদা মথাগী অসি শমথগনি মহুদ—

নন্দের মন্দিরে আজু বড়ই আনন্দ অসিনচিংবা

অসুম্না পালাগী ঈশৈ খোগন অসি লোইরগ ওজাশিংনা পুংগী রাগ হোরগা সূত্রন ঈশৈগী রাগ হোত্না মথং মথং গোষ্ঠ লীলা হৌই।

★ নিপাপাল খোগন অসি হুতাক্ত তৌনখদ্রে। অয়ুকী লীলা ওইবনা মতম লৈতবদগী ঈশৈশিং অসি সূত্রনা সংক্ষেপ ওইনা শরুগা অহুম্বক লীলা শাম্নরে।

## গোবিন্দ অভিষেক—

কার্ত্তিক শুক্লা একাদশীদা শ্রীগোবিন্দগী অভিষেক মন্তমদা অকাবা পালানা ঈশৈ থোগন তৌই মথুন ১০০০ হুৎপা সনাগী চফুদা, গোবিন্দবু তীর্থজলনা অভিষেক তৌই। অহানবদা গৌরপদ শকনি মতুদি—

অ জু শচী নন্দন নব অভিষেক

আনন্দ কন্দ নয়ন ভরি দেখ — অসিনচিংবা

মথংদা গোবিন্দ অভিষেক কী ঈশৈ তাগনি—

আজুবনি নব অভিষেক গোবিন্দকী

পরমানন্দ প্রেম সুখ কন্দকী। অসিনচিংবা

## হরিউথান—

কার্ত্তিক শুক্লা দ্বাদশীদা হরিউথান থোকই। পালানা ঈশৈ থোগন তৌগনি। ঈশৈ ধানসী রাগ:—

গৌরগোবিন্দ গুণ শুন হে রসিক জন

অসিনচিংবা—

হুমিৎ অসিদসু মণিপুরগী কুইম্ব অচৌবা অমনি। অমুক্তা ঈশিং মপান্দা ব্রাহ্মণনা পূজা কতুনা ঈশিংদগী লাই * লৌথংদি। কাং তৌংতুনা বিষ্ণুনা মন্দির তাম্না লেঙশিন্নকপদা গোবিন্দগী মন্দির অকোয়বদা মনা য়াওবা চু-শাং ময়াম কোয়না যুংতুনা, চুতগী বন শেমদুনা হান্নদগী থম্নবা অতু কাং না তকথায়তুনা চৎকনি। মসিবু † 'মধুবন' থুগাইবা কৌই।

---

* ঈশিং দগী লাই লৌথংপা অসি মাইবীনসু তৌই। পুজাগী মরম তোঙানবতনি।

† মধুবন—ব্রজমণ্ডলগী মচুংদা লৈবা লীলাস্থান অমনি। মথুরাগী নোঙ্‌ পাংবদা মাইল ২॥০ লাপ্না লৈ। মসিদা থুল অমা তারি—হুজীকি মপি 'মহলী' হায়না খঙনরে। থুনগী নোংপোক্তা 'ধ্রুবটিলা' লৈ। নোঙ্‌দনা 'মধুকুণ্ড' লৈ। কৃষ্ণবলরামগী ষণ্ড্‌শোনবুৎনি। মধুপান তৌবদা বলরামনা ডাওথিবা মকমনি।

বৈষ্ণব, বৈষ্ণবী কাঙবু কাঙবুনা কাং চিংই। থরনা কাংনা তকথায়রম্লবা চু থুন্নতুনা মহৈ মহৈ ফূনৈ, কোয়না তান্নৈ, অফং অফং ফূনৈ, নোকপা লাঙবগী লোইবা লৈতে। অসুম্না ফূনবা মতম অসিদা অচম্বা প্রজা নূপী নম্রগ নিপা অমনসু নিংথৌ মহারাণীদা ফূরুবা বেরা লৈতে। থুম্লকী অঙাংশিংনসু হাইজিল্লক্কুনা চু লাকপা য়াওই।

ঙুমিৎ অসিদা মন্দির খূদীংমক্তা ফীরান ছত্র মথোনদগীনা ফীরান মচা মচা কাওবা কৎনৈ। সনারৈ পরেং পরেং লেংদুনা মতুনা ছত্র মথোন মথোন শারগা কৎনবসু য়াওই। লৈশাবীশিংনা লৈগী ছত্র অমদি লৈগী থাকন কৎপা ওম্নবা মতম চঙনা অহিং নোংঙাল্লমদাইদা হৌগত্তুনা কাঙবু কাঙবু লৈ থিবা চৎলি।

অয়ুক্তা গোবিন্দগী কাং চিংখিবা অহুম্না থুম্লক্তসু ঙুমিদাং কাং চিংনৈ নম্রগা লৈগী দোলাইদা গোপালদেব লেঙচুনা য়ুমথোঙ খূদীং চঙই। য়ুম্সুনা ওমজবা হৈরক হৈরানচিংবা পূজাগী পোৎলম লাঙ-লম্মী। ব্রাহ্মণনা মতু লাইদা কৎলগা আরতি তৌই। অসুম্না অহিং অথেঙবা ফাওবদা নগর কীর্ত্তনচিংবগী হরিধ্বনিগনা মরুবৈ অপূম্বা ইনিল নিল্লি।

## কার্ত্তিক পূর্ণিমা

### ( মেরা বাকূকপা )

ঙুমিৎ অসিদা মেরা বাকূকপা ওই। শ্রীগোবিন্দগী, শ্রীবিজয় গোবিন্দগী, নিংথৌখোং গোপীনাথ অমদি ককচীংগী শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রজীগী মন্দিরদা মহারাস কৎলি। ঙুমিৎ অসিদসু পাখং লৈশাবী লীকোন শান্নৈ।

রাস শান্নব্রিঙৈদা পূর্ব্বরঙ্গ ওইনা নটপালানা ঈশৈ থৌগন তৌই। অহানবদা গৌরপদ শকনি মতুদি—

### তোড়িরাগ :—

বৃন্দাবন লীলা গোরার মনেতে পড়িল।
যমুনার ভাব -সুরধুনীরে করিল॥ ধ্রু

ফুলবন দেখি বৃন্দাবন সমান।
সহচরগণ গোপীগণ অনুমানে ॥
খোল করতাল গোরা সুমেলি করিয়া।
তার মাঝে নাচে গোরা জয় জয় দিয়া ॥
বাসুদেব ঘোষ তাহে করয়ে বিলাস।
রাস-রস গোরাচাঁদ করিলা প্রকাশ ॥

ভক্তি তত্ত্বসার ৪৩৩-৩৪
পদরত্নমালা পৃঃ ৪১০

মথংদা গৌর ভাবাবেশ শক্কনি মতদি—

আরে কি মাধুরী—অসির্নচংবা

মথংদা মখাগী ঈশৈ অসি তাগনি মতদি—

শরদ চন্দ পবন মন্দ বিপিনে ভরল কুসুম গন্ধ
ফুল্ল মল্লিকা মালতী-যূথী মত্ত মধুকর ভোরণী ॥
হেরত রাতি ঐছন ভাতি শ্যামমোহন মদনে মাতি
মুরলী গান পঞ্চম তান কুলবতী-চিত-চোরণী ॥
শুনত গোপী প্রেমহিঁ রোপী মনহিঁ আপনা সোঁপি
তাঁহি চলত যাঁহি বোলত মুরলীক কলরোলনী ॥
বিছুরি গেহ নিজহিঁ দেহ একনয়নে কাজর রেহ
বাহে রঞ্জিত কঙ্কণ একু এক কুণ্ডল দোলনী ॥
শিথিল ছন্দ নীবিক বন্ধ বেগে ধাওত যুবতী বৃন্দ
খসল বসন বসন চেলি গলিত বেণী লোলনী।
ততহিঁ বেলি সখিনী মেলি কেহু কাহুক পথ না হেরি
ঐছনে মিলল গোকুলচন্দ গোবিন্দদাস বোলনী ॥

ভক্তি তত্ত্বসার ১৪৩৫
পদরত্নমালা ৪১০

**অগ্রহায়ণ শুক্লা চতুর্থী অমসুং পূর্ণিমা—**

ছুমিং অনি অসিদা মথং মথং বীর গোস্বামী অমদি সুন্দারানন্দ ঠাকুরগী উৎসব কৎলদবগী ঈশৈ কোর্বেক্তা ইরি।

**ভূষণ লীলা—**

পৌষ অমাবস্যাদা শ্রীরাধা গোবিন্দগী ভূষণ-লীলা থৌগন তৌই। মসিদা গৌরপদ অমা শকনি মচ়দি—

সমরু ( সোঙর ? ) নব, গৌরসুন্দর নাগর বনয়ারী।
নবদ্বীপ ( নদীয়া ? ) ইন্দু, করুণা-সিন্ধু ভকতবৎসল কারী॥ ধ্রু
বদন চন্দ্র অধর সুরঙ্গ নয়নে গলত প্রেমতরঙ্গ।
চন্দ্র কোটী, ভানু কোটী মুখ শোভা নিছয়ারী॥
কুসুম শোভিত চাঁচর চিকুর ললাটে তিলক নাসিকা উজোর।
দশনে মোতিম, অমিয়া হাস, দামিনী ঘনয়ারী॥
মকর কুণ্ডল ঝলকে গণ্ড মণি-কৌস্তুভ-দীপ্ত কণ্ঠ
অরুণ বসন, করুণ বচন, শোভা অতি ভারি।
মাল্য-চন্দন-চর্চ্চিত অঙ্গ ল'জে লজ্জিত কোটী অনঙ্গ
চন্দন বলয়া রতন-নূপুর, যজ্ঞসূত্র-ধারী॥
ছত্র ধরত ধরণী-ধরেন্দ্র গাওত যশ ভক্ত বৃন্দ
কমলা সেবিত, পাদপদ্ম, বলি যাউ বলিহারি।
কহত দীন কৃষ্ণদাস গৌর চরণে করত আশ
পতিত পাবন, নিত্যাইচাঁদ প্রেম-দান কারী॥

বৃহৎ ভক্তিতত্ত্বসার ১৬৬০

মসিগী মথংদা করী শকবনো হায়বতুদি ইরমত্রে।

**জীব গোস্বামী মহোৎসব—**

পৌষ শুক্লা তৃতীয়াদ শ্রীজীব গাস্বামীগী উৎসবতা শকস্বা ঈশৈ কোর্বেক্তা চাউনা ইতুনা লৈ। হুজৌক্তি মচু তৌনখিত্রে।

**মাঘস্নান—**

মাঘ ( রাকচ়ীং ) থ অসিমা অয়ূক্তা স্নান তৌনৈ। খুল্লকী

মন্দিরদসু মতম চানা শৃঙ্গার আরতিদা নূপী নিপাশিংনা ঈশৈ শক্তনা লাইগী সেবা তৌই।

## শ্রীপঞ্চমী –

মাঘ শুক্লা পঞ্চমীদা বসন্ত-পঞ্চমী ওই। নুমিৎ অসিদগী হৌত্না মঙানি চুপ্প নিপাপালা অনি অনিনা শ্রীগোবিন্দগী ঈশৈ থৌগন তৌই। ফম্নাই ফানাইবা গোবিন্দগী ভাবক অহল মথৈসু নুমিৎ অসিদগী কোয়েৎ নাপু য়েৎপা হৌই। নুমিৎ অসিদগী য়াওশঙগী হলঙ্কা নুমিৎ ফাওবদা বসন্ত স্বরদা ঈশৈ শকনৈ। নুমিৎ মঙানি অসি চুপ্পা স্কুল-শঙ্শিংদা সরস্বতী পূজা কৎনৈ। ছুটিগী মতম তেনশিনখিবনা হুজীক্তি মসিসু মঙানি ফংখিদ্রে। পঞ্চমী নুমিত্তা লাইদা কি-নাপু কৎলি, আবের চাইহ্নুনা থৌগল্লি, হৈনৌ মপানসু কৎলগা চানৈ।

থা অসিগী শুক্লা সপ্তমী নুমিত্তা শ্রীঅদ্বৈত প্রভুগী জন্মদিন থোকই। চাউনা ঈশৈ থৌগন তৌরম্বগী মওঙদা কোর্বেক্তা ইরি নুমিৎ অসিদা লাইদা তল-খা হৌহ্নুনসু কৎনৈ।

## নিত্যানন্দ জন্ম–

মাঘ শুক্লা ত্রয়োদশী নুমিত্তা শ্রীনিত্যানন্দ জন্মগী উৎসবতা ব্রত ফজ্জুনা পালানা ঈশৈ থৌগন তৌরম্বগী কোর্বেক্তা ঈশৈ চাউনা ইরি।

## শিবরাত্রি ব্রত—

ফাল্গুণ কৃষ্ণা চতুর্দ্দশীদা শিবরাত্রি ব্রত পালন তৌই। অকাবা পালানা ঈশৈ থৌগন তৌই। মহুগী গৌরপদ—

অপরূপ চাঁদ উদয় নদীয়া পুরে
তিমির না রহে ত্রিভুবনে।
অবনীতে অখিল জীবের শোক নাশল
নিগমনিগূঢ় প্রেমদানে।
আরে মোর গৌরাঙ্গ সুন্দর রায়

ভকত-হৃদয়-কুমুদ পরকাশল
অকিঞ্চন জীবের উপায় ॥ ধ্রু
শেষ শঙ্কর নারদ চতুরানন
নিরবধি যাঁর গুণ গায়।
সো পহুঁ নিরুপম নিরুগুণ শুনাইতে
আনন্দে ধরণী লোটায়।
অরুণ নয়ান কিয়ে বরুণ-আলয় হেন
বরিষয়ে প্রেমসুধা জল।
যদুনাথ দাস বলে জীবের করম ফলে
প্রসবে সো মুকুতার ফল ॥ ১ ॥

বৈষ্ণব পদাবলী ১৯৯

মথংদা মহাদেবগী ঈশৈ মথং মথং শক্রগা আরতি কৎকনি।

## কুঞ্জবিহারী ঠাকুর মহোৎসব—

ফাল্গুন কৃষ্ণা পঞ্চমীদা শ্রীকুঞ্জবিহারী ঠাকুরগী মহোৎসব দিন থোকই। হুমিৎ অসিদসু ঈশৈ থোগন তৌনরম্বগী কোর্ব্বেক্তা ইহুনা লৈ।

## ফাল্গুণ শুক্লা একাদশী

হুমিৎ অসিদগী শ্রীগোবিন্দগী নাপু হোলিনা থোগন তৌবা হৌই। কি নাপু ভাক্তা শেৎপদগী গোবিন্দগী হোলিপালা অসিবু নাপু হোলি হায়না খঙ নখি। বসন্ত মতমগা মচু অসিগা য়াম্না চানৈ, মরম অসিনা চুশিন্নৈ। পাল্লি পাল্লিবা নিংথৌনা পালা অসিগী ঈশৈ হল্লি নম্রগা পুং রৈ।

মথংদা চতুর্দ্দশী ফাওবদা হুমিৎ খুদীংগী থুম্লক্কী দল অতৈ পুম্নমক মাগী মাগী চাই * মতুং ইন্না শ্রীগোবিন্দগী থোগন তৌনৈ।

★ চাই থাবা—সনাকোম্নুংগী অশীনবা কাংবুনা থুম্লক্কী পালাশিংদা মানা মানা গোবিন্দগী ঈশৈ থোগন তৌগদবা হুমিৎ খঙহনবগী থবক অদুবু 'চায় থাবা' কৌই।

পূর্ণিমা নুমিৎতি মহাপ্রভু জন্মগী ব্রত ওইবনা ঈশৈ খোংগন তৌরে। থংনবা নুমিৎ অহুদি পিচকারী নুমিৎনি। হোলিদল পুন্নমক অয়ুক অঙনবদগীনা অহিং অখেঙ্‌বা ফাওবা খোংগন তৌনৈ। শ্রীগোবিন্দগী পালাগা শ্রীবিজয় গোবিন্দগী পালা অমদি জয়পত্র ফংবা পালাশিং খরগনা অহান অহানবা শৈকম শরুখ্রগা অতৈ দলশিংদি হান্না লাকপনা হান্না মথং মথং শমথনরকই। নুমিৎ অসিদি ভাবকম্ব পালা পুন্নমকস্থ আবের মহী অঙাঙ্‌বনা পিচকারী কাপশিল্লি। হায়রিবসি নিংথৌ মহারাণী ফাওবম্বনি, তোকপা য়াদে। করিগুম্বা নিংথৌনা ঈশৈ হনবা ওইরবদি নিংথৌদা হান্না কাপ্পম্নগা পালা অতৈদা কোন্না কাপকনি।

অম্বুন্না পিচকারী নুমিত্তগীদি শ্রীগোবিন্দগীদা হোলি খোংগন অমুক তৌরে। খুল্লক্কা অপাম্বা কনাগুম্বগীদদি হেক হেক খোংগন তৌনরুই।

## ৺বিজয় গোবিন্দ হলক্কা—

পূর্ণিমা মতুং পঞ্চমী (য়াওশঙ ত্তরক্কি চনবা) দা বিজয় গোবিন্দ হলক্কা থোকই। ঈশৈ শৈফম অঙনবদা খোংগন ফংননবা হায়তুনা হোলিদল মথৌনা অয়ুক ঙন্না ঙন্না সনা কোন্নুংদা মন্দির তান্না লাক্নে। মথোয়না লাকপা অসি হৌফমদগীনা কোন্নুং য়ৌবা ফাওবদা লম্বীদা ঈশৈ শক্না শক্না লাকই। অম্বুন্না দল পুন্নমক পুল্লবদা মুংথিলগী অহানবা শরক্কা নিংথৌনা শামুমথক্কা শেম্বাং মহুমদা তোংহুনা মাঙ্‌দা বাজায় বেংগুণ খোংহুনা সিফাইশিংনা কাওয়াজ তৌহুনা চৎলি, হোলিদল মথৌনা তুংদা ঈশৈ শক্না শক্না ইল্লি। অম্বুন্না সনা কোন্নুং-দগী যাত্রা তৌবা মতমদা অহৌবদা নোংমৈ থায়। নোংমৈ মথোল অহুগী মমৈ ভারকপদা দল পুন্নমক্কী ধলক ময়ামগী মথোন অহুগা তিম্নথিহুনা নোং ঙংবগুম লাপ্পিভৈদগী হৌনা ভাবা ফংই। অম্বুম তৌনা শেম্বাং মহুমদা শামু তোংহুনা নিংথৌনা বিজয় গোবিন্দগী য়ৌনা চৎপা সভাযাত্রা অসি স্যার চূড়াচাঁদ মহারাজ সনা হাকুক্তদি

মপুং ফানা ফজরম্মী। কৃষ্ণ অসিতবু য়েংননবা মফম থৃদীংদগী মী লাক্লবনা সভা যাত্রা অসি মীতনা ক্রক ক্রক ইন্ননা মাইল মথায় অমরোম শাংনা লেংই। লম্বী নাকন অনিদা লেপ্তুনা য়েংনবনস্থ কোঙায়নি। অসুম্বা য়েংলম্বা কাঙ্বুনা নিংথৌগী মাঙ্ থাতুনা শগোনদা লেঙ্লিবা শ্রী৺বিষ্ণুঠাকুর অমদি নিংথৌদা মকোক লৈপাক তানা হেক হেক থুরুম্মে।

অসিগুম্বা সভাযাত্রা অসিনা বিজয় গোবিন্দগী মন্দির য়ৌরমদাইদা বিজয় গোবিন্দগী দলনা ঈশৈ শক্লা শক্লা থোরক্তুনা লাক্লিবা কাঙ্বু অতুবু লমথাঙ্দা ওক্লে। বিজয় গোবিন্দগী লম্পাক য়ৌরগা নোংমৈ থাতুনা অহানবদা মথং মথং গোবিন্দগী অমদি বিজয় গোবিন্দগী পালানচিংবা থরনা হান্না ঈশৈ মতেক মতেক থোগন তৌরগা মথংদা হান্না কাবনা হান্না শক্তুনা মথং মথং থোগন তৌনৈ। হুমিৎ অসিসু পালাগী মথৈদি পিচকারীনচিংবা কাপনৈ—ভাবক্তদি কাপ্লে।

অসুম্না লোইরগা ওসায় চৎখিবগুম সভাযাত্রা তৌতুনা সনা কোম্নুং তান্না অমুক হল্লকই। শ্রী৺গোবিন্দগী নাপু পালানা গোবিন্দগী মন্দিরদা ঈশৈ লোইশিল্লি।

অসুম্না হলক্কাগী হুমিৎ অসিনা য়াওশঙ্গী হরাউ ওয়াম পুন্নমক্কী অরোইবী থঙ্নবা হুমিৎনি। মসিগী মতুংন্দি থাবন চোংবনচিংবা য়াওশঙগী ঈরাং অমা তৌবা য়াদ্রে।

যগনবা পিচকারী অমদি হলক্কা হুমিৎ অসিদা পালা পুন্নমক্কা ঈশৈ থা। ...নবা গোইগ্রবদা ৺গোবিন্দগী য়াইঙঙ্ পালাগা বিজয় গোবিন্দগী লাকপা ব্রজমাই শাবী (গোপী), মথুরা চৈ (ষণজেন শাজে) পায়রী নূপীশিংগা য়ৈনৈ। নিপাশিংনা ধলক ড্রঙ্ ড্রঙ্ থিন্দুনা, করতাল মখোঙ কুংনা য়ৈশিন্দুনা নূপীশিংদা রা-রা লঙ্নবদা গোপীশিংনা শ উতনা তান্নরগা মথুরা পায়বা চৈ অতনা ফুগনি।

মসিগা মওঙদ সরেংবান্দা চৈ থাংগতুনা গোপীশিং অসিনা অহানবদা ঈশৈ শক্লা শক্লা চঙ্লকই। মসিগী মওঙ অসি ব্রজদা

ব্রজবাসী পাখংনা নহাওইবী নূপীশিংবু কাগি তৌদুনা লঙ্‌নবদগী শাউদুনা কোয়না তান্নবা—হুজ্জীক কাওবদা 'মধুমঙ্গল খেল' হায়না কৌদুনা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা মতৌ তমদুনা নন্দগ্রামদগী লাকপা পাখংশিংগা বরিশাল ( বর্যাণ ? ) গী নূপীশিংগা হেক হেক শান্নবা অদুগী মতৌ তমদুনা শান্নবা মখল অমনি। মধুমঙ্গল খেল অচৌবা কূম্মৈ অমনি।

অসিগুম্বা য়াওশঙ্‌গী কূম্মৈ অসিবু য়েংননবা অরাপ্পা মীরৈবাক্কীগীসু বৈষ্ণব বৈষ্ণবী য়াম্না লাকনৈ।

## য়াওশঙ্‌গী কূম্মৈ ফিরোং অতৈ—

মথক্তা হোলিনা তৌবদগী লোইবা কাওবা ঈশৈ থৌগন তৌবগী রা হায়রে। মথংদা পালন তৌবগী মওঙ্ উৎলি মতুদি—

ফাল্গুণ পূর্ণিমা নুমিত্তা তোর্বান্দা লাইগী মন্দির শারগা মহাপ্রভু লেঙ্‌শিন্দুনা লুক কৎলগা আরতি কৎলি। থা হেক হুন্দোরকপদা মহাপ্রভু জন্মনি। মরম অদুনা মতম অসিদা লুক কৎপা আরতি কৎপনচিংবা লোইরগা মন্দিরদা লাই লেঙ্‌শিনখ্রবদা মন্দির শঙ্‌ অদু মৈ থাদোকই। অচাকপা মৈরিনা রাংনা কাখৎলকপা উরগা অঙাংশিংনা হরিবোল লউই। লোইরগা য়ুম খূদীং চঙ্‌দুনা কাঙ্‌বু কাঙ্‌বু নাইনা শেল নিবা চেন্নৈ।

অসিগুম্বা য়াওশঙ্‌ অসি শাদুনা মৈ থাবা উননবা হোৎনরকপসি অঙাংশিংনা থা অমগী মমাঙ্‌দগীনি। মখোয়না রা-ঈনচিংবা চঙ্‌গদবা পোৎ লোন্না নুমিদাংদা লৌদুনা অমদি অরাৎপনা নিদুনা একাদশী নুমিত্তগীদি লাইশঙ্‌ অমগা রালহৌশঙ্‌ অমগা শাদুনা চাক-ঈশিং চানদুনা রা রা লাঙ্‌দুনা শঙ্‌দুনা লৈ। মখোয়না লাইদা লুক কৎননবা চেঙ্‌ থায়নৈ, ইঙ্গাং নাপীদি অয়াম্বনা য়ুমলক্তগী নিরুই নত্রগা অনকপা কৈথেন্দগীসু থরা থরা নিরুই। নিবদা পীত্রগা লাক্লনা চেল্লকই। পোৎ লাক্লবদা পোৎয়োনবীনা চৈশুনা থাবীরকপসু কোঙ্গারনি অদুবু অরাবা থঙ্‌দে।

অসুম্না থা অমা রাৎলিভৈদগী মখোয়না অকরুবা মকম অমদা

য়ারেক্তনা লৈনবা মতম অসিদা হুমিৎ তাখ্রবদা কাঙবু কাঙবু লম্বীদা। লুচিংবা অমনা হরিবোল লাউরগা ময়াম্না খুমহ্নুনা হেক হেক লম্বীদা চৎনৈ। অসিগুম্বা দল অনি মায়োক্নরবদি লম্পাক নম্রগা তো'র্ব্বান্দা লাম্বা শীনজিন্নহুনা মূরা শান্নহল্লি। অদুম্না অঙাংগী মূরা অসিদগী হৌরক্তুনা পাখং লোন ফাওবা শান্নখৎলকই। অসুম্না মূরা শান্নবদা কোন্নরিমখৈ মাতনা থারবা মী অত্তুদি লম অত্তুগী 'যাত্রা' হায়না খঙনখরে। অসুম্না অকল-অথৌগী মশক লায়না খন্দোক্নবা মৈতৈ লৈবাক্তা ফজনা নিয়ম থম্লম্মী। অসিগুম্বা যাত্রা-মখৈ অসিবু সনা কোন্নুংদা অকন অথৌ ওইনা খনগৎপদা শীংথানরম্মী।

অসুম্না মৈতৈ লৈবাক্তা পীকলিঙৈদগী হৌনা মূরা কাঙজৈ লমজেন মাংজোংনচিংবদগী হৌত্নুনা পুং ঈশৈশমচিংবা ফাওবা মথং মথং অসুম তমখৎলক্নবা লৈবাক্কী ওইবা ফজথ্রবা থৌরাঙ চাউনা লৈরম্মী। ইংরেজ শাসন মখা পোনখিবদগীদি পূন্নমক অসি খজীক খজীক মমি শামথবা হৌরকখি। মত্তুগী মমাঙ ফাওবদি লৈবাক অসিগী মীনা অঙাং ওইরিঙৈদগীনা ময়ুম পান্দ্রিবা ফাওবদা—করিগুম্বা শা-লান হেক লোক্নকপদা নিপা অমা ওইনা খুদক্তা হেক্তমক চোংথোক্তুনা মরৈবাক কন্নবা হোৎনবদা য়েক্নবা মায়োক য়াবা ঙন্নবা অমসুং মশা কনজবা ঙন্নবা মীপুম তিংনা তৌদবা য়াদবা ওইনা তৌনরম্মী। অসিগুম্বা থৌশীন অসি লৌউবা মচাশিংদগীনা নিংথৌমচা ফাওবদা চপ মান্ননা লৈরম্মী। মরম অসীনা পীক্নবা মণিপুরনা মতম অমদা মনিঙ তৌনা পানজরম্মী।

পিচকারী হুমিত্তগীদি খুন্নক ইরক্তসু পাখং লৈশাবী আবের তৈনবা, পিচকারী কাপ্নবা হৌই। পাখং লৈশাবী কাঙবু কাঙবু কোয়না আবের তৈনবা চৎনৈ। পিচকারী হুমিৎ অসিদগী নুপীমচা-শিংদগীনা লৈশাবী ফাওবনা লম্বীদা লাকপা নিপা মখৈদগী থত্তুনা শেল নিবা হৌই। অসিগুম্না শেল নিবা অসিদা অঙম্বা খরদি পীদবা য়াদে।

মরম অসিদগী শেন মুনবী হায়না চৎনখি। শেন পিত্রগনা কোয়েৎ-নচিংবা মফি মরোম্নচিংবা মুলহোই। হুজীক্তি অফং অফংবা পোৎ, গাড়ী, ঘড়ৌনচিংবসু মুন্নরকলে। মওঙ্ অসি অয়ুক্তগীনা মুমিৎ তাবা ফাওবনি। মুমিৎ তাগ্রবদি পাথং সঙ্গু সঙ্গু পাইথোক্লরকলে, ফি মুনবগী মুংশা থীবা লৈত্রে।

মুমিদাংদনা পাথং লৈশাবী পুন্না খূৎকা খূৎকা শম্নহনা কোয়না লেপ্লগা ঈশৈ শক্কুনা থাবন চোংই। ফীজোন শুনা শেৎপা কোয়েৎ য়েৎপা নিপা অমনা ময়ায়দা লেপ্তুনা ঈশৈ হল্লি। ময়ায়া থুম্মী। রাধাকৃষ্ণগী রস নজ্বগা অরিবা রারী-লাইরিক্কী ঈশৈ অমদি নিংথৌ-রোলনচিংবা শকনৈ।

লোইলমশিংদদি থাবন ফবা অহিংদা মখোয়না মুংঙাইবা মতমদদি হেক্তমক থাবল চোংবা অসি চৎনরম্মী। থাবল ফবা অহিংদা অসুম্না শামৈ হায়বদগী থাবল চোংবা হায়না খঙনখি।

# পালাশিংগী শৈশক ক্রম

শ্রীগোবিন্দগী অস্তকাল সেবা অমদি চহি অমগী মনুংদা থোকপা পূজা-পর্ব্ব-নচিংবগী মরমদসু চাউরাকপা মশক অমা উৎখ্রে। মণিপুরী বৈষ্ণবশিংদি হেক পোক্লকপদগী হৌনা হরিসঙ্কীর্ত্তনগা অতুম্মক লোয়নরকপনা মশা শিথ্রবা ফাওবদা মাগী আত্মা-শান্তিগীদমক লৈহৌবা মীনা নাম শোনবীবগী থবক তৌই। মীশিবা ফুমিৎ, অস্থিসঞ্চয়, শ্রাদ্ধ, সম্বৎসর, কীর্ত্তন, অঙাং মনা হুৎপা (কর্ণবেধ), নগুণ থাংবা, লুহোঙবা, বাসক ফাংনবা, রস ফাংনবা অহোরাত্র কীর্ত্তন, লালসা ফাংনবা, অমদি গৌরলীলা ঙাসিনচিংবসু নিপাপালানা অমদি নূপী পালানা ঈশৈ শক্লে। মথাদা থূদীংমক্কী শৈশক ক্রম উৎলি—

**মীশিবদা শকপা মণ্ডৎ—**

মণিপুরী বৈষ্ণব অমা শিরমদা ইদা, নূপী, অঙাং, অহল থাক্তনা অমদি লাইরবা ইনাকথুনবা নাইদনা, শোয়দনা শিরগনি হায়তুনা শিবগী তৌবা হৌনবা থৌরাঙ লোইরবদা অনাবা মী অদূবু ব্রাহ্মণনা শ্রীমদ্ভাগবতনচিংবা পাঠ তৌতুনা তাহল্লি, ঈশৈ শকপা মীনা নরোত্তম লালসা অমদি মনঃশিক্ষানচিংবা শক্লুনা তাহল্লি। স্বর হোনখিত্রবদা মিহুনদি থরা লৈরিবঙৈ অতুদা কাকোয়বদা সেবা তৌরিবা মা মথৈনা হরিনাম লাউনা লাউনা শোন্নে। অতুগা পুং ঝাল পায়তুনা ঈশৈ তৌবশিংনা 'নামডাকা' শক্তুনা পুথোকপনা হৌনবী মৈ চূতুনা সংস্কার হেক হোগৎলিবা ফাওবা অধুম্মক ঈশৈ শক্তুনা লৈ। অশিবা পুথোকপদা 'হরিদাস নির্যান'না শক্লে।

অসুম্না শিবা ফুমিত্তুনা শ্রাদ্ধ ফাওবদা নিপাপালানা ঈশৈ শকই। শ্রাদ্ধ য়ৌত্রিবঙৈ ফাওবদা দশাহ মনুংদা অয়ুক পোরোক শোনবা *

পোরোক শোনবা—পিণ্ড ১০ মথং মথং পীতুনা অশিবা মীগী হকচাং শাগৎপা হায়বদি অশিববু পঙথকুবদগী মমিৎ মনা শিংগৎহন্নবা হায়গী কিবম তারকুবা সংগতিগীদমক হোৎনবা। ধর্ম্ম ১৩৮

( পূরক পিণ্ডদান ) অমদি' মুংখিল লাইরিক তাবদস্থ নিপা পালানা ঈশৈ শকই।

**অস্থি সঞ্চয় –**

অশিবা মীগী লাইপক পীশুম অনিগী কারক্তগী শরূ-মচেৎ অমা মশা তুমথ্রিবৈদা লৌহৌই অমস্থুং মত্থ মচি অমদা লৈনুংদা রাগী উতোং অমদা হাপ্পগা লোৎলম্মী। অস্থি-সঞ্চয় থোকপা হুমিৎতা কিরা থাংলিবা মীনা লৌথোক্তুনা ঈশিংদা চামথোকই। ব্রাহ্মণনা মন্ত্র খীত্থনা মত্থ গঙ্গাজলনচিংবনা হন্না হন্না অমুক চামথোক্তুনা শেংহল্লি। অস্থুম তৌরিবৈ মতম অসিদস্থ ঈশৈ শকপা পালানা ( পূং অনি রৈত্থনা ) ঝাল পায়দনা ঈশৈ শকই। কোয়েৎ মচা য়েৎলি, খ্বাঙদা ফি য়েৎলি, ফৈজোম গুপ্পা তুংদা য়েপখৎলি। অস্থুম তৌনা অস্থি অত্থ শেংদোকপা লোইরবদা কর্ম্মধারীনা ফিনা য়োমশিন্দুনা মণ্ডক্তা হুকচিন্দুনা য়ুম য়োনবা লাকই। অস্থি পুরিবা মী অত্থগী মকোক্তা অতোপ্পা মী অমনা ছাতিন খনবীগনি, শাস্ত্রকারদি য়াদে। লম্বোইত্থনা শিখিবা মীগী অস্থি লৌথৎপদনা অস্থি পুরিবা মী অত্থনা য়েম্পাক অমা মথন্তা তুপচগনি।

অম্নুম্না অস্থি কারকপা অনিদা ঈশৈনা মাঙ খাত্থনা চৎকনি, অস্থিনা মমায়দা চৎলগা তুংদনা মরূপ মপাং ময়াম অহানবদা নিপা মথংদা নূপী অম্নুম্না সভা যাত্রা ওইনা লাক্কনি। অঙম অথৌ অমদি নিংথৌ মহারাণীনচিংবগীদি মাগী মাগী বৈভবকী মতুং ইন্না বাজায় বেংগুণ অমদি সিফায় পরেংনা মাঙ খাত্থনা চৎকনি, অহৌবা নোংমৈ থাগনি। নিংথৌ মহারাণীগীদি তৌগে হায়রবদি শাম্ম তোংত্থনা অস্থি কারকপা য়াই।

অম্নুম্না কারকপনা য়ুম য়োরবদা মন্দির লৈবা মফম ওইরগা য়েৎ-ওইননা সঙ্কীর্তন লোয়ননা ময়াম পুন্নমক মন্দির পরিক্রমা তৌনা লাক্লগা কোন্না মাগুপতা চঙগনি। শূমাঙদা তৌরগনা বৃন্দাদেবী কোয়গনি। অরাঙফম ফম্বা মীনা হান্নদগী হৌনা মগুলা পূজাগী অমদি অস্থি থম্ফম

মকম্নচিংবা শেমহুনা থমগনি। পালানা মণ্ডলী পূজা অহু ময়ায়দা থম্লগা লাইরোমদা মথোঙ্ ফাত্তুনা কোয়না লেপহুনা ঈশৈ শকখিগনি। অহুগা অস্থি অহুনা মচি অমদা তোপ্না শেমহুনা লৈরিবা মফম অহুদা লাকোয় মথক্তা থমগনি। অশিবগী মচা মশূনচিংবা মীশিংনা অস্থি অহু লৈ চাইহুনা খুরুম্বা য়াবা মীনা দণ্ডবৎ তৌনা খুরুমগনি। মথক্কী মী ওইরগনা চুম্নগী লৈ লংশিল্লগা তোক্কনি। অস্তুন্না লৈ চাইবগী থবক অসি লোইরগা মচা মশূনচিংবনা সঙ্কীর্ত্তন অমদি ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবনচিংবা অহল্লশ্মন পুন্নমকপু খুরুমগনি। মরক অসিদা অরাঙফমনা লাইদা কৎলবা হৈরাক পানানচিংববু কাইথোক্তুনা সঙ্কীর্ত্তন য়াওবা মীশিংদা অমদি ভাবকশিং পুন্নমক্তা থুংনবা য়েঙ্খোক্কনি। অস্তুন্না থবক পুন্নমক লোইশিল্লরুবদা হৌনবী মতুং ইন্না পালানা ঈশৈ লোইশিনগনি।

**শ্রাদ্ধ**—শ্রাদ্ধ মুমিত্তুদি পালানা কোয়েৎ অভৌবা য়েৎলি, খ্বাঙ্দা লাঙরা য়েৎলগা মপান চন্দবা কৈজোমনা মাঙ্দা গুঞ্জা থাদহুনা শেৎলি। মরী অশাংবা পান্দুনা করতাল পায়। অস্তুন্না অয়ূক অঙনবদগী ঈশৈ শকপা হৌই। নাকল অমরোমদা তোপ্না শ্রাদ্ধ শোনফম শেমহুনা ফম্মুং কাংথোলথাহুনা হৌনবী লাঙ্গনি। মহুগী মমাঙ্দনা কিন্না থাংবগা ব্রাহ্মণ পুরোহিতকনা শ্রাদ্ধ শোনবগী হৌনবী তৌগনি।

পালা থুংকোয়দি মন্দিররোমদা থোঙ্কাংলগা অহানবদা পুংয়ৈবা অনিনা থোঙ্গী নাকল অমমদা লেপকনি, মকোক চৎপনা ওয় থংগনি। ঈশৈ হনবা মথন্তমক ময়ায়দা লাইদা ওনশিন্দুনা লেপকনি।

---

পালা খুরুম্বা—অহানবদা পুংয়ৈবা মকোক মথংদা মথং মথং, অনিশুবদা ঈশৈহনবা, অহুমশুবদা ডুহার, মরিশুবনা খোম্বাংবা মভোন (মকোক), অরোইবদনা ডুহারগা হেক থংনরিবা অহুদগীনা খোমদোন কাওবা খুরুমগনি। অস্তুন্না পরেং অহু লোইরগা অকোনবদা খোম্বাংবা মভোন অহুগী মথংদগীনা খোম্বাংবা অরোইবা কাওবা অমুক খুরুমগনি। নিয়ম অসি অচম্বা মীদগীনা নিংথৌ কাওবগী চপ মানৈ।

রাগ তারবদা তুংইনবা পুং য়ৈবনা কোম্না ময়ায় চণ্ডহুনা মকোক চৎপগী ওয়দা অমুক লেপ্লুগনি।

বংদেশ পালাশা শকপা তারবস্থু নটপালাগা ফিজেৎ চপ মান্নৈ। করতাল মরীদি তেল্লি, করতালস্থু থরা পাকথোকই।

শ্রাদ্ধদা নটস্থু বংদেশস্থু শৈশক ক্রমদি অতুম্মক মান্নৈ। নিত্য-লীলাগী হৌনবা কায়দনা প্রাতঃদগী পৃহাগমন ফাওবা শরুনি। করিগুম্বা চৈতন্য সম্প্রদায় নত্রগা লম্বোইবা পালানা শ্রাদ্ধ শকপা তারবদি সনাতন সঙ্গ, অদ্বৈত ভোজন, হরিদাস নির্বান, সমুদ্র-পতন, রামানুজ-সঙ্গ, তিন প্রভু, বৈষ্ণব গোসাঞি অসিনচিংবা শরুে।

রাসেশ্বরী *। অতুগা করিগুম্বা রাসেশ্বরী পালানা শ্রাদ্ধ শকপা তারবদি, অহানবদা নিপাপালানা মথক্কী রস পুম্নমক শরুম্নগা মতাং চানা মথোয়গী শরুক থাক্তুনা নূপীপালাদা মতু শরুহল্লমগনি। রাসেশ্বরী পালানা লেপ্পা লেপ্পা অহানবদা রাগ অচোবা হৌত্তুনা নদীয়ারাগ তাহুনা নিপাগুম্ন মেন, মেনকুপনচিংবা য়ৈহুনা চোলোম তৌই অতুমদি ওইরগা নিপামক্তা মান্ননা অকনবা তাণ্ডবকী মওঙ অতুদি নত্তে, লাস্য প্রধাননি। মেন মেনকুপ লোইরবদা নিংথৌগী মচানূপী-নচিংবা অচৌবা সনাশিং থরনা অমুক অমুক্তা মী অনি, মরি অস্তুম্না থোক্তুনা করতাল থম্নগা জগোই হেক হেক শাই। জগোই অসি চালি তালদা ভাক্তা ওইন' তৌই। অহানবদা চালিগী হৌনবা শুনা শারম্নগা মথংদা য়াম্না ভপ্পা চালি অরৈবী, মতেক (তংখায়) শারগা অমুক থুজিল্লক্তুনা চালি অরৈবী মপূম তাগনি। অস্তুম্না জগোই

* রাসেশ্বরী পালা—মসি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা লিংখৎলম্বান, মাসদা সনাগা লৈমগা অনিনা পালা শাই। মন্দিলাগী মহুত্তা নট নিপাপালাগুম্না করতাল পায়। শ্রীমতী রাধিকাগী পালানি হায়হুনা মমিং অসি কৌবনি। অশি অনাগী থবক্তদা পাল' অসি লীজিন্নৈ। পালা অসি ভাগ্যচন্দ্রগী থারাক্তনা তৌনৈ। নরসিংহগী থারাদি রাওদে।

থোকপী নূপী খুদীংমক্কা গোলাপ মচুগী ফি অমমম থাদবা তৌহৈদে হায়না থাজনবা অমা লৈ।

অথঙ্বা ওজা অমনা ময়ানক্কা ফমহুনা অশোয় অঙাম থোক্তনবা তাক্ত্না লৈ, মসিবু 'তাল্লুম্বা' হায়না কৌই।

রাসেশ্বরী পালাদি অকক্লবা মশীং থোইনা লৈতে। অঙম ঙমদ য়েংহুনা তৌনৈ। অয়াম্বা মতমদদি য়াম্ন য়ামগল্লি।

রাসেশ্বরী পালানা ঈশৈ শকপা লোইরগা (সঙ্কীর্ত্তন লোইশিল্লম্বদি নত্তনা) নিপাপালানা অমুক শিন্দুনা অরাৎপা রস মথৈ লোইনবা শক্কনি। লোইরমদাইদা মাগুপ মপুদা ঈশৈহনবনা ঈশৈ লোইশিনবগী য়াথং লৌহুনা খুরুমগনি। অসুম তৌনা রস মপুং ফানা শকপা পুরলোই লোইরবদা পালানা 'জয় ভাই চৈতন্য নিত্যাই' হায়হুনা চীমগা, করতালগা, পুংগা চপ মান্ননা মরোল লোনমিন্নহুনা কর্ম্ম অহু লোইশিনগনি। মসি হেক থাবদা মাগুপ মপুনা জয়ধ্বনি লাউবদা ময়াম্না খুমগনি।

মথক্কী মওঙ্ অসিগুম্না পৈতৃক কর্ম্ম হায়বদি সাম্বৎসরিক-শ্রাদ্ধ, অহোরাত্র কীর্ত্তন অমদি চুম্নগী কীর্ত্তন অতৈদসু নিত্যলীলা শক্কনি। ঙম্নবদি অহোরাত্রদা 'বাসক অচৌব'সু শক্লে।

## নাহুৎপা, নগুণ থাংবা—

জাতকর্ম্ম সংস্কার অনি অসিদসু পালান ঈশৈ শকই। অহানবদা গৌরচন্দ্র অমা শক্লগ নগুণ থাংবদদি নিমাইসন্ন্যাস ফাওবা শক্ত্না প্রার্থনাদা লোইশিল্লি। মসিদি ভৌরি ভৌরিবা কর্ম্ম অহুগী অচা-অচাবা রস পুশিন্দুনা ওজাশিংগী ঈশৈ শক্লবনা অয়াম্বনি। বসন্ত মতমদনা বসন্ত সুরদা ফাগু খেজসু থিংজিন্দুনা শক্লে।

## লুহোঙ্বা—

লুহোংই হায়হুনা মসিবু লুহোঙ্বা কৌই। মশম লৈশারম্বী নূপীনা লুহোঙ্লহুনা মৌ ওইরবদা মকাক হুগৎনা হাপ্পবা য়াদে। মরম অহুনা থায়নদি নিংভোল ওইরবী ময়ুম পান্দ্রিবী কন্যানা

লুমাঙ্গী শম হুথনা হাৎলগা থ-মচেৎ শানা লাইপক মথক্তা কোয়না কক্লরম্মী। মণ্ডপ অসি লৈবনা ময়ুম পাল্লবী নত্রগা পান্দ্রিবী ( কন্যা ওইরিবী ) নূপীশি বু লায়না মশক লেপ্পবা ওম্মী। অমরোমদা লুহোঙ্বা মতুংদদি নূপী অতুগী মপামগী গোত্র অতু মাঙ্শিন্তুনা মপুরোয়বগী গোত্রদা তিনখি। মৌ ওইরবী নূপীনা লম্বীদা চৎপদা মকোক খুমদবা য়াদে। থাজনবা লৈ, লম্বীদা মশম থাদোক্তুনা চৎপী নূপী উরবদি মাবু উরুবা মী অতুগী থবক মঙ্গল ওইদে।

অসিগুম্বা লুহোঙ্বা অসি অয়াম্বা মতমদা নটপালাতনা শকই। শৈশক ক্রমদি গৌরচন্দ্র, বৃন্দাবন বর্ণন, রাধা-কৃষ্ণরূপ-প্রার্থনা অসুম্না তৌই। মসিদসু বসন্তদি ফাগুখেল শক্লে।

## লুহোঙবগী মণ্ডপ—

নিপাপালানা করতালনা তাল থাতুনা কম্না কম্ না ঈশৈ অসুম শক্লিঙৈদা ব্রাহ্মণ পুরোহিতনা মন্ত্র শোন্দুনা কন্যা সম্প্রদানগী হৌনবী তৌবা লোই-রগা কন্যানা বরবু তরেৎলক হন্না য়েৎওইননা কোয়গনি*। কোয়বা মতম অসিদা পূং ঈশৈগী তালগা মান্নবা খোঙ থাংতুনা তপ্না ঈংনা চৎকনি। তিনতাল মেল (রূপলাবণীতাল) দা ঈশৈ শক্কনি। নূপী শেন্নবা কীজোন শুনা শেৎপা নিপা অমনা কন্যা অদুবু হেক খোরকপদগী হৌনা মতেং পাংবীগনি। কোয়বা মতম অসিদসু ওয়গী মথূৎ পায়তুনা কোয়বা হৈনবা লমজিংবীগনি। খুংকোয় খুদীংগী লোইরকপদা বর শেন্নবা নিপ অতুনা লৈগী য়েন্দায়দগী কন্যাগী খুজোক্তা লৈ থন্না হাপ্তুনা পীরগা কন্যানা বরগী মকোক্তা চাইগনি। লৈ চাইবা লোইরগা হায়গুম্না অমুক কোয়গনি। অসুম্না খুংকোয় তরেৎলক শুবদা হায়-গুম্না লৈ চাইবা লোইরগা কুন্দ লৈগী পরেং অনিথক অমুক বরগী মঙক্তা কন্যাবু হুপ্চিনগনি। মথংদা কন্যানা বরগী ওয় থংবা নাকন্দা

* মণিপুরগী করি কয়িগুম্বা মফমদদি নূপীনা ঈশৈ শক্তুনা নত্রগা লৈ পায়না পায়না লগোই শাতুনা বরবু কোয়বা চৎনবসু লৈ।

( বরনা কমলিবা * কাল অতুমক্তদা ) খাত্রাঙনা কমগনি। বরনা মাগী মঙক্তগী কুন্দ পরেং অমা লৌথোক্তনা কন্যা অতুদা অমুক হুকপিগনি। মসিবু 'মাল্যবদল' হায়না কৌই। লোইরগা সেবা চঙবা মীনা বর-কন্যা অনিমক্কী ফীজি কিশিনবীরগা হৌগৎহন্দুনা অনিমকপু চপ মান্নমা সঙ্কীর্ত্তন খুরুমহনগনি। মথংদা কন্যানা মাঙ থাতুনা বরনা মতুং ইল্লগা ইমুংদা চঙ্ খিম্নথিগনি। মকম অতুদা কাংগুবী লাম্নতুনা চাবগী থবক পাঙথোকই। মসি লোইরবদা ফীজি কিবত্থ থোক্তনা বরনা মাগী মরূপ মপাং লোয়নবা ময়ুমদা হনখ্রগনি। মরক অসিদা ঈশৈসু লোইশিনগনি। ঙাইহাক লৈরগা কন্যা অদুবু দোলাইদা নম্নগা শামু মথক্তা তোংহন্দুনা মাগী অউনপোৎ পুম্নমক্তা লোয়নবা চাউনা সভাযাত্রা ওইনা চত্তুনা নিপা ময়ুমদা থিনবীগনি। কনাগুম্বা অঙম্বা মীনা নুপী থিনবা অসিদা লম্বীদা শেশ হেক হেক চাইথসু য়াওই। হুজীক্তি মতমগী মতুং ইন্না বেন পার্টি য়াওনদবা য়াওব্রে, হ্মাগাড়ীদনসু নম্না থিম্নরকলে।

## দেউটি ওকপা—

বরনা লুহোঙবা লাক্তুনা নুপী ময়ুম য়োৌবদসু, কন্যানা লাক্তুনা নিপা ময়ুম য়োৌরবদসু কন্যাপক্কগী মীনা বরবু অতুগা নিপা ময়ুমগী মীনা কন্যাবু দেউটি মঙ্গল হেক হেক ওকনি। অহোরাত্র কীর্ত্তনগী অধিবাস অমসুং বিজয়গী মতমদা ক্রমেল য়ৈবা মতমদসু ব্রাহ্মণশিংনা দেউটি মৈ চমতুনা দধিমঙ্গলগী হৌনবী পাঙথোকই। নিংথৌ লেঙলকপদসু নিংথৌবু দেউটি ওকনৈ।

দেউটি ওক্ফমদি লাক্লিবা মী অতুনা থোঙ্গাল হেক য়োৌরকপা

---

* লুহোঙকাল—মসি অচম্বা হিদান মচা অমগুবনি। নম্ঙা য়াওদে। মথক্তা কিয়াংজী ফীবুম অমনা কুপকনি। মসী পুম্নমকীনি। কাল অতুগী মথাদা ব্রাহ্মণনা হৌনবী পীঠ য়েকনি।

দেউটি—ফুট ২ য়োম শাংবা বাচেৎ মচৈদা ফি অহনবা মচেৎনা য়েত্তুনা ঘি নক্লগা থাউ লুপ্পা মৈ থাবা য়াবা বত্তিগুম্বা পোৎ অমা।

মতমদনি। দেউটি মচৈ অহুম মৈ চুরগা মায়কৈ অহুমদগী মী অমমম ফুঙ্গা নুংহুম শানা লেপ্তুনা দেউটি মতোমশিং অহু চীলওকনহনগনি। কবোক অফাবগা লৈ অচোইবগা মেক্রুক অতকপগা য়াম্নহুনা কম্বীদা হাপ্লগা নিপা অমনা 'জয় দেউটি মঙ্গল হরি হরিবোল' হায়হুনা অমুক অমুক চাইথংকনি। ময়াম্না 'হরে হরে' হায়না খুমগনি। মসি অহুম্লক হম্না তৌগনি। দেউটি ওকপা পূম্নমক্তা মওঙ অসি চপ মান্নগনি।

অসুম্না দেউটি ওকপা লোইরগা দোলাইনচিংবদগী কুমথরবদা কন্যা অহুগী মনেম অহুনা ফিনা কোনশিন্দুনা মমৌ অদূবু পুশিনবীগনি। বৃন্দাদেবী খুরুমহল্লমগনি অহুগা মপুরোয়বগী য়ুম চঙলমদাইদা দাড়িদা মথুৎনা শোক্লগা মরাইবক কৎকনি।

লুহোঙবদা বাজায় বেংগুণ খোংবসি থায়নদি অচম্বা প্রজানা তৌনরমদে।

## লুহোঙবগী ফিজেৎ—

লুহোঙবগী কন্যাগী ফিজেৎতি রাসকী পোৎলোই কুমিন শেৎলি। কোক্তা কজেংলৈ ( লৈত্রেং ) হাপই, রেশম ফুরিৎ শাইককৃপা লিৎলি, মচু অপাম্বা অমা য়াই। ফীজিন হাপ্পা অপাবা ইন্নফি অমনা ওয়গী লেংবান্দা ফীজিন তাহন্দুনা হাইগৎনা ইল্লি। ৺বোধচন্দ্র মহারাজ সনা হাক্তক্তদি কজেংলৈগী মহুত্তা কোক্তা ঝাঁপা, কুরাক, শমজি-থেৎনচিংবনা লৈতেংনবস্সু হৌনরকখি। অনৌবা লৈতেং অসি লাকপদগীদি কুমিনগী মহুত্তা মুগানচিংবগী শাড়ী শেৎনবস্সু য়াওন-রকখি। অদূবু হান্নগী ইপা ইপুশিংদগী চৎনরকপী ফিজেৎ অহুদি অয়াম্বনা অহুম্মক হুজীক ফাওবদা চৎনরি। কুমিনদা কজেংলৈ হাপ্তুনা ইন্নফি ইনবা অসিদি ৺ভাগ্যচন্দ্র সনা হাক্তক্তগীনি। মহুগী মমাঙদদি কোক্তী কজেংলৈদি অহুম্মক চৎনরগা শেৎপদি ফনেক মপান নাইবা চৎনরম্মী। মতৌ অসি হুজীকমকস্সু কাছাড়দদি পোৎলোই কংদবা মফমদা কনা কনাগুম্বনা তৌনবা রাওরি।

মণিপুরদদি চৎনখিদ্রে। কন্যা কৎপা হায়বা অচম্বা মণ্ডপগী লুহোঙবা মথল অমা লৈ, মতুদদি চুমগী ফনেক শেৎলগা ইন্নফি অমা ইল্লগনু অতুম্মক তৌনৈ।

বরগী ফিজেৎতি—কোয়েৎ শলাই য়েৎলি, ফুরিৎ অঙৌবা পুময়াৎ লিৎলি, লাঙরা ইন্নফি অমা চোম্না ইল্লি। কৈজোম মপান চন্দবা শেত্তুনা মাঙদা থঙ্গা থাদৈ।

## শ্রাদ্ধদা নটপালাগী ক্রম

হৌনবী মতুং ইন্না পালাবু বরিব * শোইরবদা পুংয়ৈবনা পুং য়ান্দুনা, পালানা ওয়গী খুৎনা করতাল পায়দুনা চপ মান্নবা পালা পুম্নমক মণ্ডপীরোমদা ওনশিন্দুনা পঙ্গঙ্গনা খুরুমগনি। অসিগী তুংদা হৌগত্তুনা লেপকনি। পালানা খোয়দৌ মপাদা ওয়গী খুৎনা মখা থংনা য়েৎকী খুৎনা মথক থংনা লৈদুনা করতাল অনিমক উপশিন্ন-হল্লগা নাতোন মতোন্দ মিৎ হন্থনা য়েংদুনা ধ্যান তৌবগী মওঙদা লৈগনি। মাওপ মপুনা হৌগৎলক্কুনা য়েৎথংবা পুংয়ৈবা তুংইনবা অতুগী ময়া ওইরপনা হায়বদি লাইগী মন্দির মপাদা তুংওইনবা হাইক্কেৎ থাদোক্কুনা লেপ্লগা সঙ্কীর্ত্তন আরম্ভগী হৌনবী † জয়ধ্বনি লাউরক্কনি। জয়ধ্বনিদা 'চৈতন্য নিত্যাই' হেক হায়রকপদা পুংনা 'তেন তেন তা ত তাং' হায়দুনা রাগ অচৌবা হৌগনি, মতম মান্নবা মোইবুংসু খোংগনি।

---

★ বরণ—গন্ধচন্দন হায়া চঙলগা মথংদা পানা তাঙ্গা অমা কৎকনি, লোয়নবা অঙবা মওঙদা নম অমসু লেংগী ফি কুপ্পুনা খুরুমগনি। নম য়াওবা ভমত্রবসু লেং অমদি য়ান্দবা য়াদে। ইশৈ কনবা, পুংয়ৈবা অনি, দুহার অমহুৎ খোম্বাংবা—মশা অসিদি ফি য়াওদবা য়াদে, অতৈদি ভমত্রবসুগন্ধচন্দন তৌরগা তোকপা য়াই।

† জয়ধ্বনি—শ্রীমদ্রাধা গোবিন্দ প্রীতি আনন্দে হরিবোল হরিবো-ল। বলহ প্রভু নিত্যাই চৈতন্য অদ্বৈত কহত সন্ত সাধো মধুরসবাণী—হরে হরে।

করতালসু খীংগনি। মথংদা পূংয়ৈবনা 'তেন তেন তেন তেন তেন তেন তেন' হেক হায়রকপদা ঈশৈ হনবনা 'শ্রীকৃষ্ণপ্রীতি আনন্দে হরিবল হরিবোল' হায়না লাউরকনি। হায়রিবসি পুং করতাল মরক্তা অতুম্মক লাউগদবনি। মসিদা পালা পুন্নমক্না 'হরে হরে' হায়না খুমগনি। অহানবগী মাণ্ডপ মপুনা লাউবা অতুদি পালানা খুমলোই, পুংনা হেক্তমক হৌখিগনি। রাগ তাক্রিবা ফাওবা মাণ্ডপ মপু অতু অতুম্মক লেপ্তুনা লৈগনি।

অসুম তৌনা রাগ অচৌবগী হৌনবী শুনা য়ৈরকপনা কার্ত্তিক সঞ্চার তারবদা ঈশৈগী রাগ ঘর হঞ্জিল্লগা মথংদা হৌনবী পুংলোন হঞ্জিল্লগা ঈশৈ হনবনা সভা বন্দনা, গুরু বন্দনা তৌগনি। মথংদা রাগ অতুগা চান্নহন্না গৌরচন্দ্র অমা শক্কনি। মসি তিনতাল অচৌবা অমদি মচা, চারিতাল নক্রগা ছাড়ানাচংব চান্নবা অমদা শক্কনি। মথংদা হুমিৎ অতুদা তৌরিবা কর্ম্ম অতুগী শকপা হৌনবা ঈশৈ তাতুনা শক্কনি *।

নটপালাগী রাগ অচৌবা হৌগদব শৈশক পুন্নমক্তা মওঙ চপ মান্নগনি। শৈফম পুন্নমক্তা রাগ অচৌবা অসি হৌবা য়াই। মতম কংদবদগী অমদি ওন্নদবদগী থবক মচ মশুদা রাগ মচা হৌনখিবতনি। অতুগা করিগুম্বদা পালা ময়াম মথং মথং শিন্নতুনা শরুবা তারবদি অহানবা শৈফম্না রাগ অচৌবা হৌরগা অকোনবা পালানা রাগমচা হৌগনি, মসি কায়ফদবা নিয়ম ওইনা লৈখ্রবনি। রাগ মচা অসিসু পুংলোন তেনশিনখিবতনি, নিয়মদি অচৌবগা চপ মমান্নে।

অসুম্না রাগ অচৌবা নক্রগা মচা হৌবা লোইরবদা গৌরচন্দ্র তারগা মথং মথং তিনতাল ( মচা ওইরবসু অচৌবা ওইরবসু ), মেল, তানচপ অমসুং মেনকুপ অমমম অমুক তাতুনা য়ৈগনি। ক্রম অসি চুন্নগী নাম সঙ্কীর্ত্তন মচা অমা ফাওবদা চপ মান্নগনি।

* রাগ অচৌবগী মরমদা ক্রমেলগী মতাংদা শন্দোক্না উবীরকখিগনি

গৌরপদ হেক তারকপদা ঈশৈহনবনা পদ অমা শক্লগা খোম্বাং-বশিংগা লোয়ননা পঞ্চাঙ্গনা থুরুম্লগা * ফমথগনি। মথংদা চুহান্নচিংবা পালা অতৈস্মু ঈশৈ অচু ওক্তনা শকপা লোইরগা মখোয়স্মু থুরুমচুনা ফমগনি। গৌরচন্দ্র শকপা লোইত্রিবা ফাওবা অস্মুম্না অরায়-অথুম তৌনা শক্তনা অচুম্মক ফমখিগনি। মতাং অসিদা গোষ্ঠনচিংবা উপরস অতৈস্মু শকপা য়াই।

## রাজমেল—

মথংদা রাজমেল তারগনি। রাজমেলগী মনুংদা বেড়িঘাট, লখীঘাট, সেতুঘাট, মেল অমস্মুং থাবা মখোয় অসি লৈ। রাজমেল অসি মুমিৎ অচুগী শক্লিবা রস অচুদা মতাং চাবা অমদা হেক্তমক য়ৈবা য়াই। অদুবু 'রাজমেল' হায়না খঙনবা ছন্দ অচুদি অচুম্মক কায়-রোইদোবনি।

মথক্তা হায়গ্রবা উপরসনচিংবা অসি লোইচুনা রাজমেল হৌনিঙ-লবদি হান্নদগী শক্লক্লিবা ঈশৈ অচুমক্লা ওইরবস্মু, অতোপ্পা অমনবু ওইরবস্মু ঈশৈহনবনা মেলগী ছন্দনা পদ অমা শক্লগা চুহারনচিংবা পালানা মচু ওক্তনা অমুক শক্লিদৈদা সম্প্রদায় পুম্নমক চপ মান্ননা পঞ্চাঙ্গনা থুরুম্লগা হৌগৎনগনি।

## বেড়িঘাট—

অস্মুম্না হৌগৎলগা পালা সম্প্রদায় পুম্নমক য়েৎ ওইননা চপ মান্ননা কোয়চুনা চৎকনি। ওয়গী থুৎনা করতাল পায়গনি মসিগী থুৎকোয় অহানবা অসিবু 'বেড়িঘাট কোয়বা' হায়না কৌই। অস্মুম্না বেড়িঘাট কোয়বা লোইচুনা মাগী মাগী থুৎকোয় থুংচুনা হান্নগী মফম য়োরবদা ঈশৈহনবনা পুংয়ৈবা অনিগা চুহারগা থুরুমগনি। থুরুম্বা

ফম্ফম—ওয়গী থুকউ লৈতারগা নীংজোন্না থুনীংদা ফমগনি। থুনীং কাঙগদবা মত্তে, ওয়থংবা থুমিৎনা লৈপাক্লা শয়না লৈতারগা লোংথোক্লিবা খোঙগী মথক্তা নীংজোন্না ফমগদবনি। য়েৎকী খোঙপাক্লা মাঙদা লৈতারগা থুকউ বাংখত্তনা লৈগনি।

মতমদা ঈশৈহনবগী করতালনা পুংদা শোক্ননি। অসুম্না ডুহারগী করতালদসু শোকক্ষম থোকপনি অদুবু করতাল অনি থেংনবদা মখোল থোক্ননি হায়ডুনা খুৎতনা ডুহারগী করতাল শোক্লগা লাইপক কৎলি ।

অসুম্না ঈশৈহনবনা পুংয়ৈবা অমদি ডুহারবু খুরুম্না লোইরবদা মাগী মফমদা হস্নিন্দুনা লেপ্লবগা পালা অতৈনা মাগী মাগী মফম য়ৌরকপগা মতম চপ মান্নহনগনি। মসি থোকপা য়ানবা কোয়বা মতমদা ডুহারদি হাইফেৎ পালা মচুং চঙ ডুনা পুংয়ৈবা, ঈশৈ হনবগা লোয়ননা থোঙ কাপ থুজিন্না কোয়হনা অতৈদগী মাঙ জোননা মাগী মাগী মফম য়ৌননবা চৎনগনি। *

অসুম্না কোয়বা লোইহনা পুন্নমক মাগী মাগী হান্নগী মফমদা লেপ্নরবদা ওয়গী খুৎনা করতাল পায়ডুনা সম্প্রদায় পুন্নমক পঞ্চাঙ্গনা অমুক খুরুম্নরগা হৌগৎকনি—মসি মতম চপ চপ মান্ননা তৌগদবনি। ঈশৈদি হান্নগী অদু অদুম্মক শকখিগনি। থোঙতমক থাংগনি; মতম অসিদদি করতাল য়ৈথিরোই।

**লম্বীঘাট** -

মথংদা লম্বীঘাট তারগনি। মসিদা হান্নগী ঈশৈবু ওইরবসু অনৌবা অমবু ওইরবসু অনৌবা মেলগী ছন্দদা পদ অমা হস্নিন হস্নিন শরুগনি। মমৈদা ঘাট খায়বা লোইরগা মথংদা রাজমেল মপুং য়ৈবা হৌগনি।

**† রাজমেল—**

অসুম্ন রাজমেল য়ৈবা হৌরবদা ঈশৈহনবা পুংয়ৈবনচিংবা সম্প্রদায়

---

* কোয়হনা খুরুম্নবনচিংবা অর্থগী মরমদি সংকীর্ত্তন বিচার মুন্না খণ্ডবা ওজাশিংদগী খণ্ডবিগনি। মদু ফাওবদি ঐথোয়না থিজিল্লকস্রে।

† রাজমেল হায়বসি মেল ১২ না মপুম ওই। মসি ওজা যদুনাথনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা থায়নদগী নৈরকপা হান্নগী মেল ৬৪ অদুদগী লোথোক্লুনা শেমলম্মী। মেল ৬৪ অসি হুজীক্তি মী অমতনা তনা য়ৈনবা রাওনস্রে—অমদা অমা অমদা অমা অসুম্না চাইথোক্লখস্রে।

পুম্নমক য়ৈরিবা তাল অতুদা করতাল থীংনা থীংনা, ঈশৈ শক্লা শক্লা ওয় ওইননা অমুক থুংনবা কোয়গনি। মসিবু রাজমেল থূংকোয় হায়না খঙ্নৈ। হন্দক্কী থূংকোয় অসিদদি কমলরোই, খুরুম্নরোই— মাগী মাগী মফম য়োনরগা রাজমেলগী হৌনবী মথা ভাত্নুনা অকনবা চোলোম তৌবা হৌরগনি।

## সেতুঘাট—

অসুম্না ভাইহাক চোলোম তৌরগা সেতুঘাট থায়গনি। মসিদসু ছন্দ ওম্ফোক্তনা ঈশৈ শক্কনি। হান্নগী ঈশৈ অতুগী মশা ওইরবসু অনৌবা অমবু ওইরবসু অতুম্মক য়াই। ছন্দদি ওন্দবা য়াদে। ছন্দ ওল্লি হায়তুনা মসিবু 'অওনবা' হায়না কৌই। মসিদা করতাল কুপশিন্না খিঙ্গনি, তালদি হান্নগী অতু কায়রোই।

সেতু থায়বা লোইরগা হান্নগী মেনবুং অতু হঞ্জিন্না অমুক য়ৈরগা থুজিন্দুনা থাগনি। মসিবু 'মেল থাবা' হায়না কৌই।

সেতু হায়বসি থোংবু খঙ্নৈ। লম্বী অমা মরক্তা তুরেল্লচিংবনা থনবদগী থোং-শাত্নুনা শম্নহনবগুম অহানবগী মেনবুংগা মথংগী মেনবুংগা মসিনা শম্নহল্লি হায়তুনা মাবু 'সেতুঘাট' হায়না লাইগুরুশিংনা থোল-লম্বনি। অসুম্না সেতু থায়বা লোইরগা মেনবুং য়ৈরকপা অসিদসু 'কাটা' হায়বা ঘাট অমসু মরক্তা অমুক য়ৈশিগনি--মসি লোইরগা হান্নগী মেনবুং অতু তাগদবনি। 'কাটা' হায়বসি অথুপী তারক্কদৌরে হায়বা খঙ্হন-বতনি, হান্নগী অতু ককথৎলম্মলে হায়তুনা মমিং 'কাটা' কৌবতনি। মসিগী মতুংদা লাক্পা মেনবুং অতুম্ বরা বরা অতুম্মক থুজিল্লকনি। কাটাবু য়ৌরবদি মেল-থাগদবা কুইত্রে হায়বা খঙ্হনবনি হায়তুনা মসিগী অতোপ্পা মমিং অমনা 'মেলগী পুরম' অসুম্নসু কৌনৈ।

কনাগুম্বনাদি লম্বীঘাট থাদ্রগা মেনবুং হেক্কমক য়ৈদুনা 'সেতু কাটা' য়াওদনা থানবসু য়াওই। লাইগুরুশিংনা মথক্কী ঘাট অহুম অসি শুদবা য়াদে হায়না পন্না খিংলম্মী, অদুবু নিয়ম অসি হুজীক্তি থাদোকপসু য়াওদ্রে।

**তানচপ—**

মেল হেক থাবগা 'তানচপ' তাগনি। তানচপ য়ৈবা মতমদা থুং ওয়না করতাল অনিমক পায়দুনা, থুং অনিমক মাগী মাগী নাকন্দা শাংনা থাদদুনা থমগনি, খোঙ্না চোলোম তৌগনি ঈশৈ অওক-অথোং শকনি। অসুম্না তাল অসিদা শক্লীংবা ঈশৈ শক্লগা মথংদা মেনকুপ তাগনি।

**মেনকুপ—**

তানচপকী হান্নগী ফিবম অদুদা অদুম্মক লৈরগা মেনকুপকী অহানবা পদ অমা ঈশৈহনবনা শক্লগা দুহারনা অমুক ওক্তুনা শকপা মতমদ করতাল য়ৈদুনা মথংগী অনৌবা চোলোম অমা তৌবা হৌগনি। মতম অসিদসু চোলোম তৌনা তৌনা সম্প্রদায় পুন্নমক ওয় ওইননা অমুক থুংনা কোয়গনি। হন্দক্কী খুংকোয় অসিদি দুহারগী চোলোমনা মুংঙাইরবদি মশীং অমুক্কগী হেন্না হঞ্জিন্নসু কোয়বা য়াই অদুমদি ওইরগা য়ামদ্রবদা খুংকোয় অমা মপুম ফাদনা তোকপদি য়াদে।

**দুহার চোলোম—**

মতম অসিদা দুহার চংপা অদুনা মহাক্কা হৈজবা চোলোমগী ফজবা উৎকনি। মথল মথলগী খোঙ্থাংদা হকচাংগী ফিদুপ কয়া কয়া পুথোক্তুনা থাঙ্গৈমক শেংনা জগোই হায়বদু ওইনা উহন্দুনা কেনা ফজনা চোলোম তৌগনি। অসিগুম্বা দুহারগী চোলোম জগোই অসি পালা পুন্নমকসু চপ চপ মান্নবা তৌমিন্নগদৌবনি—মদুদা পালা চোলোমগী অঙকপ ফংনা ফজবা হায়বদু ওই। শকলিবা ঈশৈগী ছন্দগা, ভাবকা চান্নহন্না অকনবা অথোৎপা মথল মথলগী জগোই শাগনি। নিপানা ত গুব জগোই শাফম থোক্লবসু শক্লিবা ঈশৈগী ভাব অমদি ছন্দগী ইপোম য়েংনা তৌদবা য়াদে। চোলোম অসি তৌবা মতমদা দুহারনা লুচিংলগা অতৈ পুন্নমক্কা মতুং ইন্দুনা মণ্ডলীবু ওয় ওইননা থমদুনা মাঙদা অসুম চঙ শিনগদবনি। দুহার চোলোমগী মতম অসিদা পুংয়ৈবনসু 'আখর' নত্রগা 'অলঙ্কার' পুংলোন য়ৈনৈ।

অসুম্না তৌবা ছুহার চোলোম অসি লোইরবদা মেনকূপ তাল অহু থুজিল্লক্তুনা থা-গনি। থাবা লোইরগা পালা পূন্নমক পঞ্চাঙ্গনা থুরুম্লরগা মতম মান্ননা কমগনি।

## বৈঠা *—

অসুম্না কমলিঙৈদা শকপা ঈশৈ অসিবু 'বৈঠ শকপা' ( কমশক ) হায়না কৌনৈ। বৈঠাগী মতম অসিদা অহ'নবদা 'সম্ভোগ, জলকেলি, স্বাধীন' নত্রগা শকলিবা শৈশক অহুগী অচাবা রস অমা অনি শক্লগা মথংদা কোন্না তাল য়ৈগনি। তাল য়ৈবা তারবদি অয়াম্বা মতমদা গৌরচন্দ্র, নিত্যাইপদ নত্রগা মনঃশিক্ষ অসিনচিংবতদ য়ৈনৈ। তাল অসিদি য়ৈয়োই হায়রবসু অচম্বক তোকপা য়াই।

## ক্ষীরোয় থাবা—

স্বাধীন শকপা মতমদা পালা পূন্নমক্তা ফি য়েনগনি। মসিবু ক্ষীরোয় থাবা হায়না কৌই। ঈশৈহনবা, ছুহার, খোম্বাংবা অমদি পুংয়ৈবা অনি—মগী অসিগীদি ক্ষীরোয় শুদবা য়াদে হায়বদি কোয়েৎ, ইন্নফি ( নম্ ) অমসুং লেংয়ান-ফি অহুম অসি কৎকদবনি। পালা অতৈনা মওঙ্ অসি মান্নবা ঙমত্রবসু লেংগা নমগা নত্রগা লেংয়ানফি অমত্তা ওইরবসু তৌনৈ। ফি য়েনব অসি মোইবুং খোংবা অমসুং মাগুব মপুসু য়াওই। মতম অসিদা ভাবক দক্ষিণাসু তৌহৌর-গদবনি। মাইবদসু ক্ষীরোয় কত্তুনা থুরুমগনি। মাইবনা পালাদা অমুক চঙতুনা থুরুমগনি।

## ছয় গোষাগ্রি—

অসুম্না ক্ষীরোয় থাবা অমদি দক্ষিণা তৌবা লোইরবদা ঈশৈ

---

* কক্কম—লামায় ৮০ গী Foot note য়েংউ। মসিনা অহানবা কত্তমনি। অহুগা কমলিঙৈ অসিদা করিগুম্বা তাল য়ৈবা তারবদি থুকউ অনিমক লৈতারগা লোংথোক্লিবা খোঙপাক অনিমক ওয়গীনা য়েৎকী খোঙ-লোম্বা নন্দুনা মহুদা নীংজোন্না কমগনি। থুকউ অনিগী মমক কুট অমা লাগ্নগনি।

লোইশিল্লগে হায়রবদি ঈশৈহনবনা মাণ্ডব মপুদা খুরুমহুনা মাঙ্গী য়াথং লৌগনি। শ্রাদ্ধগী ঈশৈ লোইশিনবদি দক্ষিণা লোইখিহুনস্সু কিরা থাংবা মী অতুনা শোনবা লোইহুনা মশা শেংদোক্লগা সঙ্কীর্ত্তন হেক খুরুম্নখ্রিবা ফাওবদি প্রার্থনাগুম্বা করিগুম্বা অমা শক্তনা অস্পুম ঙাইদবা য়াদে। কিরা থাংবনা সংকীর্ত্তন খুরুমহুনা পুং করতাল শোক্রুবদি মাঙ্গী মথৌ লোইদে. শেংবা ওইদে। লোইশিল্লগে হায়রবদি অহানবদা 'ছয় গোষাঞিও' শক্লগা মমৈদা 'জয়ভাই চৈতন্য নিত্যাই' তাহুনা লোইশিনগদবনি। অস্তুয়া পূমলোই লোইরবদা মাণ্ডপ মপুনা সঙ্কীর্ত্তন লোইবগী জয়ধ্বনি লাউরকনি। পালা ময়ান্না 'হরে হরে' খুম্লগা পঞ্চাঙ্গনা অমুক খুরুমহুনা সঙ্কীর্ত্তন-মণ্ডল অতুগী ধুলি লৌহুনা লাইবক্তা কংকনি। করিগুম্বা মাণ্ডপ মপুনা লাউরক্তু বস্সু পালা সম্প্রদায়নস্সু মসিগী জয়ধ্বনি লাউনৈ মতুদি—'বলহ প্রেম সে কহ শ্রীরাধে কৃষ্ণ, বল প্রভু নিত্যাই চৈতন্য অদ্বৈত, কহত সন্ত সাধো মধুরস বাণী হরিবোল হরিবোল—।

মসি ব্রাহ্মণনা লাউরগনা পালাস্সু ভাবকস্সু পূম্না 'হরে-হরে' হায়না খুমগনি। পালা মশানা লাউজরবস্সু মতু মণ্ডাব—অরোইবগী 'হরে হরে' অসিস্সু লাউরমগদবনি।

**রস নক্রগা বাসক ফাংনবা —**

নট পালানা রস নক্রগা বাসক ফাংনবদস্সু শ্রাদ্ধগী ক্রমগা মান্ননা রাগ হৌবদগীনা লোইবা ফাওবদা পুংদি অতম্মক মথং মনাউ মান্ননা লৈগনি। ঈশৈতদা তোঙানখিবনি। পালা অমি ফাংনবা তারবদি অহানবা শৈফম্না মতাং চানা থাক্লমগনি হায়বদি সংকীর্ত্তন লোইশিল্লম্বা

---

* লম্বোইহুনা শিখিবগী চিড়াউৎসবতদি নটপালানা নিমাইসন্ন্যাস শকই। মতাং চানা ভিক্ষাগী মতমদা মণ্ডলী পূজা মনাক্তা ঝুলি অমা কাঠারি অমা লাকোয় মথক্তা থয়গা মচা-মশূনচিংবনা ভিক্ষা হাপ্পবা অমস্সু চৎনৈ। নটপালান শক্লবসু মতাং অসিদা ভাবকতা য়াওরম্বা লম্বোইবা অমনা চঙহুনা সংকীর্ত্তন ময়াম্বদা জগোই শাবস্সু তৌনৈ।

য়াদে। অয়োইবদা শকহৌবা পালানা 'ছয় গোষাঞি'নচিংবা তাত্নগা লোইশিনহৌগনি। হুমিৎ মরিনি মঙানি চুপ্পা ফাংনবা তারবদি ঈরোই লোইবা হুমিৎকী অকোনবা পালা অত্নগা সঙ্কীর্ত্তন লোইশিনগনি, মরক্তা শকপা পালানা ঈশৈ লোইশিল্লম্বা য়াদে। নোংমগী মতুংদা অহানবা পালা নত্তনা মথংগী পালানা রাগ হৌরগা সভা-বন্দনা গুরু-বন্দনাদং তৌরগা হান্না মথক্তা শকখিবা পালানা খাকৃনম্বা রস অত্নদগী লোত্নগা হেক্তমক শকপা হৌগনি হায়বদি গৌরচন্দ্র শক্লরোই। ক্রম অসি শ্রাদ্ধদা পালা অনি শক্লবস্তু অমত্তনি।

## * রস হুম্ফু মরি—

শ্রীরাধা গোবিন্দগী লীলারস অসি মখল ৬৪ থোক্লা খায়দোক্নগা ঈশৈ ফাংনবনু রস ফাংনবা কৌই। অসিগুম্বা রস ৬৮ অসি শুবনা নোংমগী পালা অনি অনিনা তোপ্প। তোপ্প। তোঙান তোঙানবা রস মথং মথং শকনৈ। মসিদি য়াম্না তাঙনা থোকই, থৌরাং চাউই, পুং-ঈশৈ তৌবা মীসু অথন্নরকই। অসুম্না খায়দোকই মতুদি— বিপ্রলম্ভ নত্রগা পূর্ব্বরাগ, মান, প্রেম বৈচিত্ত্য, প্রবাস—মখোয় অসিগী অমমমনা রস ৮। ৮ পোক্নগা পুন্না রস ৩২ শুই। মথংদা সম্ভোগ, সঙ্কীর্ণ সম্ভোগ, সম্পন্নসম্ভোগ অমদি সমৃদ্ধিমান সম্ভোগ— মরি অসিগী মখল ৮। ৮ অমগা হায়বদি অপুনবদা ৩২ অমগা পুন্না রস ৬৪নি। অরিবা ওজাশিংগী কোর্ব্বেক্তা মসিগী ঈশৈ মখল থৃদীংমক ইত্নগা লৈ।

## রস ৬৪ গী দণ্ডাত্মিকা—

লাইরিক অসিগী লামায় ৮-৯দা নোংমগী মতমবু ৮ থোক্লা খায়দোক্লগা অষ্টকাল সেবাগী নিয়ম শেম্বগী মরম উৎখ্রে। অত্নগুম্বা মতম

---

য়েংশদবা—সংকীর্ত্তন ওইত্নগসু বাসক ফাংনবদা অমদি লুহোঙবগী থবক্তদি খক যোইবুং খোংবা চৎনরক্তে।

* রস ৬৪ গী মরমদা ঐনা ইজবা মৈতৈ জগোই অনিশুবা শরুক্তা শন্দোক্লা উৎচখ্রে—লা: ৯৭-১১৪

৮ অহুগী অমমমবু অমুক ৮। ৮ থোক্না থায়দোক্লগা পুম্না ৬৪ শুহন্দুনা কুপ্না য়োম্বোকপবু 'চৌষট্টি দণ্ডাত্মিকা' হায়না কৌই। অসিগুম্বা অকুপ্পা মতমশিং অসিদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী তোঙান্ তোঙানবা লীলাবু ভজন তৌনৈ অমসুং মহুগী মতুং ইম্না ঈশৈশু শকনৈ।

## নুপী বাসক ক্রম—

নুপী বাসক-তদি থক রাগ অচোবা য়ৈদে। সঞ্চারসু য়ৈদে। য়াম্না মচা হৌরগা গুরু বন্দনা, সভা বন্দনা তৌহুনা গৌরচন্দ্র তারগা মথাদি নটকা অহুম্মক ক্রম মান্নগনি. মরমদি রস মান্নবা ওইবনা অসিগুম্বা নুপী পালাদসু পুং অনি য়ৈগদবনি, পালাসু মশীং য়াম্লম্মী। পৃথিবীগী অনিশুবা লাঙ্গাওগী মতুংদগীদি পুংয়ৈবা অনি চংনখিত্রে, পালাসু মশীং য়ামখিত্রে।

নুপীশিংনা মন্দিলা পায়গনি। ফয়া ফম্না অহুম্মক ঈশৈ শক্কনি। থায়নদি ঈশৈ হনবীসু তুহার চংপীসু কনা অমত্তা হৌগংনরমদে, হৌবদগীনা লোইবা কাওবা অহুম্মক ফংশক শক্লম্মী।

বাসকতা নুপী পালাগী ফিজেৎতি ফনেক ইন্নফিনা লোইরে। কাছাড়দদি থায়না নুপী বাসকতা পোৎলোই কুমিন শেৎলি, কোক-তুম্বীদি য়াওদে। লাইবক্তা 'চন্দ্রবাক' অমা য়াম্বরগা ইন্নফিনা কোক খুমহুনা ইল্লি। কৌজিন অনিমক খ্বাঙ্লাক্না লাকশিল্লি। রেশম ফুরিৎ লিৎলি, খোঙ্দা নূপুর শি। মসিসু হুজীক্তি তোয়না উখিত্রে। মেকুরী কৌবী ঈশৈ শকপী অমগী মতমদনি বাসক সজ্জাসু তৌহুনা লীলাগী মওঙ্দা শক্লম্মী।

## বাসক ঈশৈগী ক্রম—

অহানবদা রাগ আলাপ তৌরগা গৌরচন্দ্রদগী হৌনা শক্তুদা কুঞ্জদা শ্রীরাধাগী উৎকণ্ঠা ফাওবা অহানবা পালানা শক্লগা মথংদা শিলহৌবা পালানা মান, মানভঞ্জন মিলনলচিংবা মথং মথং শমথহৌগনি। মতাং চানা চানা অতৈ রসসু হাপচোক হাপচিন তৌনৈ।

নিপা পালানা শক্লবদি নটপালাগী হৌনবী কান্নদনা অহুম্মক

শক্কনি। মেন, মেনকূপ তাগনি। নূপী পালাগীদি হৌনবী রাগ তারগা সভাবন্দনা গুরুবন্দনা লোইরগা গৌরচন্দ্র শক্তুনা পালা অতৈনা ফম্লগা ঈশৈ হনবীগা তুহার চৎপীগা অনিনা হৌগত্তুনা অওক-অথোং ঈশৈ শক্লগনি অমসুং শক্লিবা ঈশৈগা চান্নরা মোতস্মু তৌগনি। পালা অতৈনা মন্দিলানা তাল থাগনি। পুং য়ৈবা অনিসু পালা অতৈগুম ফমদুনা য়ৈগনি। অসুম্না, লোইরক্লবদা পুং য়ৈবনা হৌগত্তুনা অকনবা চোলোম লোয়্ননা মতেক অমা শ্লোক-পুংলোন য়ৈনবস্মু মহৌশাদি য়াম্না তোয়না চৎনরম্মী। মরমদি, পুংয়ৈবগীস্মু চাং য়েংবগী পারা অমা থম্বগী মওঙনি। শ্লোক পুংলোন য়ৈবদা মচীন্দা পুংলোন হায়বস্মু চৎনরম্মী। হুক্তীক্তদি মসি য়াওনখিদ্রে। পুংয়ৈবস্মু অনি গুবদি পঙনা উখিদ্রে। অসিগুম্বা শ্লোক পুংলোন য়ৈবসি থূবাক ঈশৈদদি নিপা অমসুং নূপী অনিমক্কী পালাদা কন্না চৎনরম্মী। হুজীকস্মু খরদি উবগুম তৌরি।

অসিগুম্বা নূপী পালাদা থায়নদি মী মশীং য়াম্না য়াম্নরম্মী। হুজীক্তি ২, ৩ দগীবু হেন্দ্রে। অসিগুম্বা বাসক্কীস্মু থূবাক ঈশৈগীস্মু ফজবা অরেম্বা নিপা থোকপা চোলোম নত্রগা নূপীগীনা অথোৎপা অমেঙবা জগোই শাথেক কয়া কয়া তৌনরম্মী—মদু পূম্নমক নূপী থূবাক ঈশৈদদি উবা ফংখিদ্রে।

## সংকীর্ত্তন কৎপগী হৌনবী খরা—

লৈচন্দন—শ্রাদ্ধ অমদি সংস্কার কর্ম্মনচিংবদা তৌবা সংকীর্ত্তন পূম্নমক্তা অরাংফম্না ইহান হানবদা অরাকপা ভাবক পূম্নমকপু লৈচন্দননা ওক্কনি অমদি পানা তাঙ্গা অমা কৎকনি। অসুম্না লাক্লিবা মীপূম থুদীংবু চিথদনা ওকপা হুম্রবা নিপা অনিনা মাগুব ময়োনগী কোক্র থংবদা লেপ্তুনা মিংক্রু নাহুম শিংনা অসুম য়েংহুনা লৈগনি। লৈ-চন্দননা অসুম্না স্বাগত তৌবসি রস ফাংনবনচিংবদদি তৌনদে, অশি অনা অমদি সংস্কার কর্ম্মগী থবক্তদা তৌনৈ।

লৈচন্দনগী পাত্রদি অয়াম্বা মতমদা লৈপাক্লা শাবা কম্বীদা

তৌনগল্লি। পানানা * লুকমায় নত্ত্রগা উগী হোরাইদা তৌনৈ। লৈচন্দনগী পাত্রদা চন্দন অতকপা মহীগা লৈ অচোইবগা হাপকনি। চন্দন অসি জা-চন্দননা তকদবনি, তত্রগা মহী অদুবু চুয়া-চন্দন হায়না কৌই। লৈচন্দন লৌবা মীনা য়েৎকী খুৎনা লৈ মনা অমা লৌরগা লৈ অহুনা অতকপা চন্দন অহুদা খরদং লুপ্লগা মশাগী মরাইবক্তা নমগনি, লৈ অহুনা য়েৎকী নাকোঙদা থেৎচিনগনি। নুপী ওইরগনা ওয়গী নাকোঙ্দা চিনগনি। করিগুম্বদস্থ চন্দনদা খুৎনা লূপশিনবা, শোকপা হৌনদে।

## কৎপগী মণ্ড.—

লৈচন্দন নত্ত্রগা গন্ধচন্দন অনিমক কৎপগী মণ্ড. অমত্তনি। কৎলিবা মীনা লোগদৌরিবা মীগী মমাঙ্দা খুরু-খূদক কুম্না ফম্লগা খুরুমগনি মথংদা মখুৎ অনিমন্না কম্বী অহু পায়হুনা মশা নোস্তক তৌনা মী অহুনা লৌবা লোইজিবা ফাওবা ঙাইগনি। লোইরবদস্থ অমুক হন্না খুরুম্নমগনি। থাঙ্গেশেংবদি পূজাগী পোৎলম হাপ্লিবা কম্বী অহু পায়হুনা খুরুম্বা য়াদে, লৈপাক্তা থম্লগা নীংথিনা খুরুমগদবনি। অদুবু ঙম্নদবদগীনি হায়হুনা য়েৎকী খূৎনা লৈ-চন্দন পায়রগা ওয়গী খূৎনা লৈমায়দা নমহুনা ঙক্তং নোল্লগা লৈচন্দন তৌনবনা অয়াম্বা ওইনরে। হুজীক্তি মসিমকস্থ তোক-খিহুনা লেপ্পা লেপ্পা তৌশিল্লকলে, মসিদি সঙ্কীর্ত্তন বিচার মতুং ইন্না শাথীনা কায়রবা মণ্ড অমনি। মথক্তা হায়খ্রবা লৈচন্দন কৎপগী মণ্ড. অসি সঙ্কীর্ত্তনদা গন্ধচন্দন চঙ্বদস্থ চপ মান্নে। নিংথৌ নত্ত্রগা মাগুপ মপুঙম্বা মকোক ওইবা মীশিংদদি তৌবা তারবদি পঞ্চাঙ্গনা খুরুম্বগী মহুত্তা দণ্ডবৎ তৌগনি, অতৈদনা পঞ্চাঙ্গনা খুরুমগনি। বাৰ্ত্তোন কংহুনা লাক্লিবা মী মখৈদি য়ুস্থুনা পূজা তৌকম থোকপনা য়ুম্বুগী মহুৎ

---

* লুকমায়—পৈয়ানা শাবা মখোঙ. পানবা পুখম মণ্ড. মানবা।
  হোরাই—পুখম মণ্ড.দা ঊনা শাবা খে তৈহুনা মচু মুহনবা পোৎ অমা।

শিন্দুনা থবক তৌবীরিবা মীশিংনস্থু য়ুম্পুমক্তি মীংনা থুরুম-খাজত্রা তৌবনি। লাক্লিবা মী পুম্নমক ভগবান মক্তি থনবৈ।

অস্থুন্না লৈচন্দন-নচিংবনা স্বাগত তৌবা অসি অহানবদা ব্রাহ্মণ-মকোক ( মাগুপ মপু ) তগী হৌত্নুনা মকোক মথং নাইনা নহা অহল য়েংহুনা অস্থুম মথং মথং চথগনি। অস্থুম্না কোন্না লাকপা মীবুস্থু নিপা নুপী খাক্তুনা তৌগনি। নিংথৌ য়াওবগীদি তোঙানবা মপোৎ লাঙ্লগা মী অনি অমা অমুক হেনগত্তুনা মাগুপ মপুগা মতম মান্ননা লৈ চন্দন কংকনি। কৎপগী মওঙ্দি নিংথৌগী স্বাগত তা য়েংবিয়ু।

**গন্ধ চন্দন—**

গন্ধ-চন্দনস্থু লৈ চন্দনগুম্না শেম্নগা ধূপ-থাউকৈদং হেনগৎপত্তনি। মসিদি সংকীর্ত্তন হৌরমদাইদা, মরক্তা অমদি লোইরমদাইদা সংকীর্ত্তনগা মরী লৈনবতদা চঙ্গদবনি। ঈশৈ শকপা নত্রগা পুংয়ৈবনা লৈ চন্দনগী মওঙ্দা লোইরগা অহানবদা পুং নত্রগা করতালদা চন্দন অহু হান্না কৎলগা মশাগী লাইবক্তা কোন্না নমগনি। অস্থুন্না মকোক মথং নাইনা পালা পুম্নমক চঙ্বা লোইরগা থোরক্তুনা মোইবুং খোংবদস্থু তৌরমগনি। মথংদনা ভাবক পুম্নমক্তা অমুক মকোক মথং নাইনা তৌগনি।

**পালানা অহানবদা তৌগদবা—**

সংকীর্ত্তন হৌরমদাইদা পুংয়েবা অনি, ঈশৈহনবা চুহার অমস্থুং খোম্বাংবা মী মঙা অসিনা গুঞ্জা ওয়দা য়েপথত্তুন কৈজোমদং শেৎলগা অহানবদা মন্দিরদা লাংলিবা লাইবু থুরুমগনি মথংদা মাগুপ মপুদগী হৌত্নুনা মথং মনাউ য়েংনা ভাবক পুম্নমকপু থুরুমগনি। অরোই-বদনা অরাঙ্ফমদা চঙ্ত্নুনা থুরুম্নুগান। মসি ঈশৈ হৌননবা য়াথং লৌবনি। মন্দির লৈতনা মকমদদি কুমিৎ অহুগী মণ্ডলী-পূজা কৎলিবা অহুদা ওনশিন্দুন ভাবন শ্রীগৌরাঙ্গদেবু থুরুমগনি করিগুম্বা নিংথৌ য়াওরবাদি অহানবদা ব্রাহ্মণ মকোক ( মাগুপ মপু ) থুরুম্নগা মথংদা নিংথৌবু থুরুমগনি।

## নট ফিজেৎ—

অম্নুম্না ভাবক খুরুম্বা লোইরগা পালা পুন্নমকস্সু পুংয়ৈবা অনিমকস্সু মাগী মাগী হোৌনবী ফিজেৎ তৌনগনি। ঈশৈ য়াওগদবা পুন্নমক পুংয়ৈবস্সু য়াওনা ফিজেৎ চপ মান্নে। পালাগী কোয়েৎ অচৌবা য়েৎপদা পুং য়ৈবনা কোয়েৎ * মচা ( শলাই ) য়েৎপতনি। কৈজোমদি মপান চন্দবা অঙৌবনি। মাঙ্দা গুঞ্জা থাদগনি, নাযৈ লৈছুনা হাপকনি, ওয়দা মচীন তাহনগনি। খ্বাঙ্দা লাঙবা য়েৎকনি, মসিবু খ্বাঙয়েৎ কৌই। য়েৎলোমদগী ওয় ওইননা য়েৎলগা অরোইবা ফীজীনস্সু অহৌবা নাকন্দ অহুম্ম তাহনগনি। নরসিংহ মহারাজ সনা হাক্তুক্তদি ওয়-য়েৎ নাকন অনিমক্তা ফীজীন তাহল্লম্মী। দ্বাদশ তিলক শুনা ময়েক লানা থিনগনি, উরীক-নগুণ মচু তাহনগনি। পুং য়ৈবনা 'ফি চাংখ্রঙ্ তাবীনা' কোয়েৎ শলাই য়েৎকনি, মচীন অনিমক কোক্তোন্দা খজীক্তুং লীৎখৎহনগনি—মসিবু 'শলাই মপুম' হায়না কৌই। ক্যাই-ফানাইবশিংনা য়েৎপা শলাইদি মওঙ্ তোঙানে, মমিংস্সু তোপই। অসিগুম্বা শলাই ময়েৎ অসিবু পাখংবগী ফিদূপনি হায়না লৌনৈ।

## বরিবা—

অম্নুম্না শেম শাবা লোইহুনা পালানচিংবা কোয়হুনা ক্ষমথ্রবদা অরাঙ্ক্যচিংবনা গন্ধ চন্দন চঙ্গনি। অহানবদা পুংয়ৈবা মকোক, মথংদা তুংইনবা, অহুদগী ঈশৈহনবা, হুহার অমস্তুং খোম্বাংবা মতোন্দা গন্ধ-চন্দন চঙ্বা লোইরগা হুহার মথংদগীনা খোমদোন ফাওবা অমুক চঙ্গনি। মথংদা খোম্বাংবা মতোনগা থংনবা পালা অহুদগীনা খোম্বাংবগী অরোইবা ফাওবদা অমুক তৌগনি। হায়রিবসি গন্ধ চন্দননা

★ শলাই মথল অনিনি, মপুম হায়বা অমগা ওয়না লশী হায়বা অমগা। মপুমনা সংকীর্ত্তনদা শীজিন্নৈ, লুহোংবা বর-নম্বু য়েৎনৈ। ওয়না নস্বীনা ক্যাইব-শিংনীনি।

অহানবা ওইবতনি, পানা ফি নচিংবসু মথং মথং অহুম্মক কৎলগ-দবনি। বরিফিদি নম ( লেংবান্দা কুপথনা ইন্নবা ফি ) অময়ুং লেংয়ান ( লেংবান্দা য়াম্থনবা ফি ) অনি অসিনি। মসি পালা পূন্নমক্তা তৌগনি, ওমজগা মকোক থোংবা মঙা অহুতদা হৌনবী শুহলগা অতৈনা লেংয়ান ফি অহুতা তৌরবসু য়াই। মসিগী মরমদা নট পালাগী ক্রম তাকপদা মথাদা টীকা ওইনসু হায়খরে। অসুন্না পালাগী লোইরগা মোইবুং খোংবদসু মান্নবা মওঙ্‌দা তৌরুগনি। *

পালা বরিবগা মতম মান্নমা মাগুপ মপুদসু অতোপ্পা অমনা মান্নবা মওঙ্‌দা বরিগনি। তোপ্পা ওমদবদগী থুম্লক্তুদি পালাগী লোইরগা তৌনৈ। ( মাগুপ মপুগী মরমদি মৈতৈ জগোই অনিশুবদা য়েংবীয় )।

বংদেশ ফিজেৎ—

নটকা অমত্তুনি। খেন্নবদি থ্‌াঙ্‌য়েৎফিদনি। থ্‌াঙ্‌য়েৎ য়েৎপা লোইরগা মথক্তা অমুবা নক্সগা অশংবনা লাংবা ফীজিন অশাংবা অমনা নমহুনা য়েৎকনি। মসিগী মরাং ময়েক অসিগী অকক্সবা মওঙ্‌ লৈ, পোৎলোই কুমিন ফীবান্দা য়েকলিবা ময়েক অহুগা হাইফেৎ মান্নমা উই। মসিসু পাখংবগী ময়েকনি থাজনৈ।

† নট থুৎকোয়—

মন্দিরগী মাঙ্‌দা থোঙ্‌ ফাৎলগা ( মন্দিরনা মথা ওল্লবসু নোং-পোকপু ওল্লবসু ) হুহারনা লাইগী ওইরোমদা অহুগা খোম্বাংবা মতোম্না য়েৎলোমদা লৈগনি। হুহারগী মথংদা পালা অতৈনা অসুম কোয়না লেংথিহুনা ইরোই লোইবা খোমদোন লংবা অহুনা খোম্বাংবা কাঙ্‌বুগী খোমদোন অহুগা থেংনরগনি। খোমদোন অনিগী মরক্তা

* করিগুম্বা নিংথৌনা ঔশৈহনবা থোক্লবদি গন্ধ চন্দনচিংবা বরিবগী থবক্সি অমি থোক্সা লাঙ্‌গনি, অহুগা পূংরৈবনা খজীক্তংদি হালহন্না মতম মান্নমা বরিগনি।

† মন্দির লৈত্রবদি কর্ম তৌরিবা মুম অহুগী মায়কৈদা ( হায়বদি নোংচুপ লোমদা পালাগী থোঙ্‌ ফাৎকনি। অতৈ মায়কৈদা ফাৎপা য়াদে।

খোঙ্ মচা অমস্তু ফাংকনি। মসিনা ঈশৈহনবগী খোম্বাংবা কাঙ্বুগা তুহারগী পালা কাঙ্বুগা তোপ্না মশক খঙ্নহল্লি। ঈশৈহনবনা খোম্বাংবশিংগী মাঙ্দা পালা মনুংদা লেপকনি। পুং য়ৈবা অনিদি মকোক চৎপনা তুহারগী য়েৎথংবা নাকন্দা অতুগা তুংইনবনা খোম্বাংবা মতোনগী ওয়গী নাকন্দা নক্লনা লৈগনি। ফাংলিবা খোঙ্ অসি মাগুপ ময়োনগী মন্দির মপাদা লৈরিবা উখোঙ্ অনি অতুগী অরাওবতুগা মাম্নহনগনি। অহানবা সঞ্চার য়ৈবা লোইরগা পুংয়ৈবা অনিদি ময়ায়দা চঙ্নখিগনি। তুংইনবনা মণ্ডলী পূজাবু ওয়ওইননা হাম্না চঙ্খিগনি। মতুংদদি ঈশৈহনবগা পুংয়ৈবা অনিগা মায়োক্নবা লৈগনি।

## বংদেশ থুংকোর—

বংদেশ পালাস্তু নটকা মান্নবা মন্দিররোমদা মখোঙ্ ফাংকনি। নটকী তুহার লৈকমদা বংদেশ তুহারস্তু লৈগনি। অসুম্না তুহারগী মথংদা মথং মথং লেংখিবনা কোয়শিল্লক্তুনা নটকী খোম্বাংবা মতোননা লেপ্পা মফম অতু ফাওবা লেংলক্কনি। বংদেশকীদি মহাক্না খোমদোন লংবনি। অতুমদি ওইরগা খোমদোন অসিস্তু তুহারগুম্না মতিক মগুণ লৈবা পালা পুবা ওম্বা, ঈশৈ অমস্তুং চোলোম নীংখিনা হৈবা মীনা ওইগদবনি। অমরোমদা তুহার অনি শুবগুম্বনি। পালা বরিরকপা মতমদস্তু নটকী মপুং ওইবা মী মঙাদা তৌখিবা অতুগুম্বদা খোমদোন অসিস্তু য়াওগনি।

ঈশৈহনবনা মণ্ডলী পূজাগী রাংমদা, ফাংলিবা খোঙ্ অদোমদা মায় ওনশিন্না, পালাগীদি ময়ায়থোকপা মফমদা লেপকনি। খোম্বাংবশিংনা মাগী মতুংদা পরেং শানা ( থা মচেৎ মান্না ) লেপকনি। অহানবা রাগ হোৌবা মতমদা পুংয়ৈবা মকোক্না ঈশৈহনবগী য়েংতা, তুংইনবনা ওয়দা লেপ্তুনা ঈশৈহনবগা মায়োন মান্নবা লৈগনি। ঈশৈ তারক্লবদা মতাং চানা নটকা মান্নবা অনিমক পুনশিন্নতুনা মকোক মথং লেপ্তুনা লৈখিগনি।

## * চৈতন্য সম্প্রদায় অমসুং নাম পালা—

পালা অনি অসিদি পুং মরি মরি য়ৈগনি। তুহারসু খোম্বাংবসু অনি অনিনি, ঈশৈহনবদি অমত্তনি। থুল্লক্কদি ওমদবদগী পুং অনিত্তনা তৌনবসু য়াওই। চৈতন্য-সম্প্রদায়না থুল্লক্তসু অশি অনাগী শ্রাদ্ধ সম্বৎসরনচিংবদা ঈশৈ শক্লে, নাম পালানা মেরাগী নিয়মদা শয়ন শকই। অতুমদি ওইরগা সনা কোম্নুংগী অহোরাত্র কীর্ত্তন্দা বংদেশনা শকপা কুমদদি মসিনা চৈতন্য সম্প্রদায়গী মহুত্তা শকই। চৈতন্য সম্প্রদায়না নটকা পাগদবনি।

## অনি অসিগী থুংকোয়—

নট পালাগা থুংকোয় অমত্তনি। ময়ায়দা ঈশৈহনবা লেপকনি, তুহারসু খোম্বাংবসু নটকী তুহার খোম্বাংবা লেপফমদা অনি অনি অতুম্মক লেপকনি। অহল অহল ওইবনা মকোক থংগনি। পুংয়ৈবা মরি অসিনা মকোক অমগা তুংইনবা অমগা অনি অনি পূন্না পূন্না অহানবা রাগ হৌবা মতমদা ফাৎলিবা থোঙগী নাকন অময়মদা হায়বদি তুহার অমসুং খোম্বাংবগী মনাক মনাক্তা লেপকনি। কোয়া মসুং চঙ্লবদসু মণ্ডলী পূজাগী রাংমা রাংমদা মায়োক্নবমক্তি নত্তনা অনি অনি লেপ্তুনা পুং য়ৈনগনি। অরাং লেপ্পনা অহন ওইগনি, মথাগী মকোক্না নোংপোক্তা লৈগনি। পালা অতৈ লেংবগী মওঙ্দি নটকা অমত্তনি।

## শৈশক—

অনি অসিগীদি শকলিবা শৈশক অতুনা পীবা তাল নত্তনা অতৈ থোইনা য়ৈনদে। অহানবদা চপরাগ হৌরগা গুরু বন্দনা, সভা বন্দনা তৌরগা গৌরচন্দ্র তান্নুনা মথংদা হুমিং অক্তগী শকপা হৌনবা ঈশৈ

---

★ নাম-পালা—নরসিংহ মহারাজগীনি, চৈতন্য-সম্প্রদায়না চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমগীনি। মহৌশাদি অনি অসিমক মী কাঙ্বু অমত্তনা তৌরম্মী। তুজীক মী থেম্নরকপদগী ৺বোধচন্দ্র মহারাজনা মপা ইবুংঙো মহারাজগী সাম্বৎসরিক শ্রাদ্ধদা তোপ্পা তোপ্পা অময়ম ওইনা থাবদোকপিত্নুনা হুমিং অহুদা তোপ্পা তোপ্পা থোগন তৌহনবীথি।

শক্তনি। লোইশিনবদি ছয় গোষ্ঠাক্রিদগীনা লোইবা ফাওবা নটকা অহুম্মক মাম্নখরে।

## চৈতন্য সম্প্রদায় ফিজেৎ—

পুংয়েবা নত্তনা ঈশৈহনবনচিংবা পালা পুম্নমক মর্জ্জায় নত্রগা সকলিয়া (ফুরিৎ অচোনবা মখল অমা) লিংনগনি। ঈশৈ হনবা অমা, তুহার অনি, খোম্বাংবা অনি—মী মঙা অদিগীদি ফুরিৎ অসি খোঙ-খুজেং য়োরমদাই ফাওবা চোলহল্লি—পালা অতৈগীদি খুকউ মথক ফাওবতমক চোল্লি। মসিগী ফুরিৎ অসি ঙক লৈহুনা ওয়থংবা শেগ্রাক্তা কিশি কিশিল্লি হায়রুনা 'বগলবন্ধি'গী মওঙ ওইনম্নু লৌনৈ। ব্রজবাসীনা লিংপা বগলবন্ধি অহুগী মওঙদা চোম্বরকপতনি। খুদাং লাউবী নত্তে, অথুবনি। ফুরিৎ-ফৈজোম পুম্নমক অঙৌবা ঙাক্তনি। ঈশৈঙনবা, তুহার, খোম্বাংবনা গুঞ্জা থাদগনি অহুগা পালা অতৈদি পুংয়েবম্নু য়াওনা ফৈজোম গুঞ্জা তুংদা য়েপখংকনি কোয়েংত্তি শলাই য়েৎকনি।

মনা মথুম ফংবা ঈশৈ শকপশিংনা * থামেন চৎপা ফৈজোম শেৎনবম্নু য়াওই। ফৈজোম অসি মুগাঙ্গী লিদা পাখংনা ময়েক ছাপা নমহুনা নিংথৌনা পীবা মনা ফিনি। অশুম্না মনা ফংবা মীনা থামেন চৎপা শেৎলগা সনা খুজী পোপচাউবা শি, পাম্বোমদা সনা মপাক্রা শাবা তাল হাপ্পি। পুং-য়েবদি ফুরিৎ লিত্তে। মরমদি অকনবা চোলোম্লচিংবদা ফুরিৎ অসিনা অপনবা ওই, লুংঙাইত্তে।

---

* থামেন চৎপা অসি ব্রাহ্মণ, নিংথৌমচা, কয়াই কানাইবা, ঈশৈ ঙৌবা, মাইবা শাবানচিংবদম্নু মাতক মঙুণ লৈবা মীভাঙদা নিংথৌনা পেল্লপা মনা ওইনা পীবা—মনা ফিনি। মখোয়না মসি লৈবাক থোকপা থবক্তা শেৎলি। ব্রাহ্মণশিংদি মসি অশেংফি ওইনা চাকচা-হৈজা মতমমতদা শীজিনৈ। লৈম-লীঙমচিংবা জচো অশাং নুপীশিংনা অমম্নুং মখোয়গী মচানিংঙোলশিংনম্নু থামেন চৎপগী ময়েক ইনৈ। মশিম্নু কীশেং ওইনা শীজিন্নবতানি, কুম্মৈ কিয়োংদদি চৎনদে। চাংমী নিংথৌনাচিংবা নিংথৌগী মনা কংবনা থামেন

অতোপ্পা পালা অচৌদসু নিংথৌপী মনা মথুম কংবা মশক নাইবা ওজাশিংনা থামেন চৎপা অসি শেৎনবসু য়াওই। অচম্বা পালা অমনদি থক শেস্তে।

## নাম-পালা ফিজেৎ—

নট পালাগা মান্নবা শেৎলি, অতুমদি ওইরগা গুঞ্জ থাদদে, তুংদা য়েপখৎলি। কোক্তনা শলাই য়েৎলি, ফুরিৎ লিন্তে। ফিজেৎ অসিদি অশি অনাপী কর্ম্মতদা শীজিন্নে। মেরা থাদা শ্রী৺গোবিন্দপী নিয়ম সেবাদা নামপালানা কোয়েৎ য়াওদনা শয়ন ঈশৈ থৌগন তৌই। লাইরিক অসিগী লামায় ৫৯ দসু চাউরাক্লা হায়গ্রে। শয়ন শকপা মতমদদি লৈ পরেংগী মহুত্তা চুজাক পরেংনা শিন্দুনা ওক্তা শিনৈ। মসিগী তোপ তোপ্পা মওঙ্গী চোলোম অমা লৈ। পালা অসিগী মথং মনাউনচিংবা মওঙ্ পুম্নমক গোবিন্দগীগা থুল্লকা অতুম্মক মানৈ।

## ঝাল—

চৈতন্য সম্প্রদায় অমসুং নাম পালা অনিমক অপাকপা অরংবা, থরসু হেন্না পাথবা ঝাল জাৎ অমা শীজিনৈ। মসিদি কজবা তানবগী রাতনি, ঝালতবু ওইরবদি মশক খীরবসু হেক্তমক পায়বা য়াই। অতুমদি ওইরগা সনা কোল্লুংদদি অরংবা নত্তনা য়াদে। ঝাল মরীদি নাপু মচুনা তৌনৈ, য়াম্না তেল্লি, ইঞ্চি তরুকলোমতমক শাংলগা মতোন্দা অতোপ্পা মচু অমনা অমুক লাকশিল্লি। মরী অসি

---

চৎপনা কোয়েৎ ওইনৈ। নিংথৌ মচাশিংশীদি পোকপদগী হৌনা থামেন চৎপা, নমথাং থুমক (থুৎহৎ) সনা থুজী অমদি কিমাংজী কিদানচিংবা মথানা অতুম্মক শাগোমজরক্লবসু নিংথৌ য়াওবা থবক অমদি মনা কোল্লুংদদি, নিংথৌগী মাথং কংত্রবদি পাক পাক শেৎনদে। নিংথৌনা অতোপ্পা হীরম অমদা পীরগা অতোপ্পা অমদা শীজিন্নবসু য়াদে। হায়বদি শা-লানগী মরমদা কংবনা সংকীর্ত্তন্দা, পুং-ঈশৈদা কংবনা শাকন-লানকমদা শীজিন্নদে। মরমদি থোই-দোকপা মওংশীদমক পীবা ওইখিবনা।

খুৎলাক কানা লং মপোপ চাউনা শেমগনি। মসি অণ্ডম্বা মীনা কাব্রংগী লংনা ঙমদবনা লংজমনা তৌনৈ। থায়নদি নিংথৌতনা কাব্রং মরী পায়নরম্মী।

## চপ পালা—

চৈতন্য সম্প্রদায়না ফমত্নুনা শকপা শৈশক্তা মমিং হোংদোকপতনি। চপ পালানা ঝুলনগা দুর্গা পূজাগা অনি অসিদা পূজা হৌবদগীনা লোইবা ফাওবা নুমিৎ খুদিংগী নুমিদাংদা অহৌবা অমসুং অরোইবা শৈকম ওইনা থৌগন তৌই। পালা অসিগী ঈশৈদি নুমিৎ খুদীংগী হোংবনা অত্নুগী মথক্তা তোয়না শীজিন্নদবনা পালা য়াওবা মী খুদীংমক্তা মাঙদা ঈশৈগী কোর্ব্বেক অমমম থম্লগা মত্নুদা য়েংত্নুনা শকনৈ। পালা অসিদা য়াওবা মীদি অয়াম্বনা অঙম অথৌ ওইবা লৈপাক মচা তারবা মীওইতনা অয়াম্বা তৌনরম্বদগী ( থোইনদি ঈশৈ তৌনদবনা নম্বদগী ) কোর্ব্বেক মাঙদা থাদবা য়াদবগী মরম অমসু ওই। ঈশৈ হনবনচিংবা কুইনা থৌগল্লকপা ওজাশিংদি কোর্ব্বেক য়েংদনসু অত্নুম্মক শকই। মণিপুরদা মসিসু অরেম্বা ফজবা পালা অমা ওইনা লীংথানৈ। পাল্লিবা নিংথৌনা মসিগী ঈশৈ হনবনি।

## চপ ফিজেৎ—

ফিজেৎতি চৈতন্য সম্প্রদায়গা মসিগা খেন্নৈ। কোক্তা শলাই য়েৎলি, ফুরিৎ অচোনবীগী মহুক্তা চুম্নগী থাদিন পানবী খুদাং লাউবী ফুরিৎ অপাবা লিৎলি। থায়নদি মসি ঙক্নৈলবী তৌনরম্মী। মতম অমদা ফুরিৎতা ঙকলৈবী তৌনৎসি য়াম্না অরেম্বা ফজবা ওইনা চৎনরম্মী। লাঙরা ইনফিনা হকচাং কুপশিন্না তিংথোক্তনসু ইন্নৈ। ফৈজোম মপান চন্দবা অঙোবা অমা শেৎলগা ওয়গী খ্বাঙ নাকংদা গুণ্ঠা মতোন য়েপথৎলি।

## চপকী যন্ত্রশিং—

চপ পালাদা ধলক অমসুং পাখোয়াজ য়ৈনৈ, তানপুরা পায়। করতালগী জাৎ অমত্তা য়াওদে। অতৈদি য়েংকী খুৎনা লৈমায়দা

তাল থানা থানা ঈশৈ শকই। ওয়গী থুংতি লৈমায়দা থুবাক থন্নগা মতুদা হকচাংগী অক্লম্বা পীতুনা ফম্ফম অতুগী ক্ষিবম তাহল্লি। ওয় থংবা নীংজোম্না লৈপাক্লা তাইনরগা থূকউ অনিনা মাঙ্দা ঈম্বোক্তুনা লৈতাগনি, থোঙ্ অনিমক্লা তুংদা ঈম্বোকথিগনি।

## চপকী খুৎকোয়—

শ্রীগোবিন্দগীদি ঝুলনস্থ, দুর্গাপূজাসু মাণ্ডপ ময়োনগী অরাংথংবা মায়কৈতদা তৌই। মরম অতুনা চপ পালানা মতম পূম্নমক্তা নোংচুপ্পগী নোংপোক ফাওবা থা মচেৎ শানা লেংতুনা ফম্মী; অরাংদা লাইনা লৈবা মায়কৈদা থোঙ্ ফাংকনি। পরেংগী ময়ায় মপাদা হায়বদি চাঁদ বিন্দুগী মওঙ্দা (থা মচেৎ মথক্তা লৈবা বিন্দু অতুগী লৈকমদা) নিংথৌগী খুদা মচা অমা থাগনি। খুদাগী মাঙ্দা অথেন পোৎ, শকয়েং মিংশেল অমসুং সনাগী পাত্র অমদা আতর থাউনচিংবা হাপ্তুনা থম্মগনি। চপ-পালাদি ফমতুনা শকপনিনা অপাকপা গালিচা নম্রগা লীফম্নচিংবা থারগা খুদামচা অতুদা ফমগনি। মসিগী মথক্তা লাইথনক্কক অমা থারগা ফিরাংজি ফীবুম অমনা পূমকূপ কূপশিন্নগা ফীঙৌ অমনা মথক্তা অমুক কূপকনি। মথাদা থারিবা কক অতুগী অরোইবা নাকল নাকল অতু ফাওবদং য়োনা শম্দোকনি হায়বদি ফিরাংজিনা চিথেক মরিমক ফক্তগী হেন্দোক্লা মথাদা তাহন্গনি। মসিগী মথক্তা খুদাগী নোংপোক মতাইদা অশংবা রেশমগী মোনচেপ অমা থাগনি। নাপু মচুগী মুগানা ইঞ্চি অনিরোম পাকনা মোনগী নাকল মরিমক্তা লাক্কনি। মোনচেপ অসিগী মথক্তা অঙৌবা মোনথুম অমা কূপকনি। শেলুংবা অনিনা চামর জোম্মননা থৌগল ঙাইহনা মথাগী নাকন্দা ফমতুনা লৈগনি।

চপকী ময়ায়দা থারিবা * খুদা অসি নিংথৌগী সম্পত্তি ওইনা তৌরবসু মাঙ দা গোবিন্দনা ঙান্থোইবা ওইবনা নিংথৌনা মতুদা থক বৈভব উত্তুনা লেঙ্শিন্দে। হৌনবী ঙাক্লবা তূক থাবতনি। খুল্লক্তসু

* নিংথৌ মহারাণীগী খুদানচিংবগী মরমদা মথা ইথক্কয়কনি।

মস্তিষ্ক মগুণ লৈবা মীগীদদি লম্নাই লিংহুনা ঝুলন্দা চপকী ঈশৈ থৌগল তৌনবা য়াওরম্মী।

## লম্বোইবা পালা—

নটপালাগা মসিগা অচুম্মক খুৎকোয় মায়গনি। লম্বোইবতনা মসিগী পালানি, লম্বোইবতনা পুংয়ৈবনি পুম্নমক লম্বোইবতনা তৌগদবনি। ফিজেৎস্থ করিস্থ হোংদোকপা লৈতে, হায়গী মখোয়গী কৌপীন, বহির্ব্বাস অচুতনি। ঝাল পায়, মৈতৈপুং (নটকী) য়ৈ। মখোয়দি অচ্যুতগোত্র গুনগ্রবনা তুলসীগী অনৌবা কণ্ঠীদগী হেম্মুনা নগুণদি থাংদ্রে। শৈশক ক্রমদি—সনাতন সঙ্গ অমদি রামানুজগুম্বা ঈশৈ শকই। পালা অসি লম্বোইবা মী শিবগী শ্রাদ্ধ অমদি সম্বৎসরতদা শকনৈ। অতৈদদি থক তৌনদে। পালা অসিদা ঈশৈ হনবনা ওইরবস্থ নত্রগা অতোপ্পা অমনবু ওইরবস্থ পাম্বোম থাংগত্তুনা তান চানা চোংনা চোংনা জগোই শাই।

## লম্বোইবী পালা—

লম্বোইবা পালাগুম্না বীলাইংম্বেঙশিগী পালা অমস্থ লৈরি। মখোয়দি য়াইওঙ্ হাইকেৎ শঙ্বা ফনেক ইন্নফি শেৎ-ইল্লি। পুম্নপ্তৌ ফনেক অঙৌবদা শঙ্গদবনি। ইন্নফিস্থ লং অপোৌবনি। মখোয়স্থ মন্দিলা পায়হুনা ফম্নগা শকই। লম্বোইবী পালাদদি হৈরবস্থ হৈত্রবস্থ লম্বোইবীনা পুং য়ৈদবা য়াদে। মরমদি মখোয়গী মরক্তা নিপা চঙ্বা য়াদে। পালা অসিস্থ লম্বোইহুনা শিখিবী নুপীশিংগী কর্ম্মতদা শক্লবনি। মসিদস্থ করিগুম্বদা লম্বোইবী অমনা হৌগত্তুনা জগোই শাবস্থ য়াওই। মসিদি পঙনা থোক্কে। হুজীক্তদি মুৎখিবগুম তৌখ্রে।

## গৌরলীলাদা নিপামচা পালা—

গৌরলীলা নিমাই সন্ন্যাসনা মপুং ওইবা লীলা অমনি। হুজীক ফাওবা মণিপুরগী মফম অয়াম্বদা চৎনরি। হুজীক্তি বাল্যলীলাদগীনা সমুদ্রপতন ফাওবা হাপকত্তুনা হেন্না মপুং ফানা শাম্নরকলে।

গৌরলীলাদা নিপামচা পালানা ঈশৈ শকই। জগন্নাথমিশ্র,

শচী, জগাই মাধাই, তীর্থবাসী, নাপেৎ অমসুং কেশব ভারতীনচিংবা থরা নত্তনা অতৈদি অঙাংনা শাবা ভাক্তনি। সংকীর্ত্তনগী পুংসু অঙাংনা য়ৈ, ঈশৈ হনবা, তুহার পুন্নমকসু অঙাংনা তৌই। অহলশিংনা নটপালা ক্রমদা তৌবগা মান্নবা হৌনবী রাগনচিংবা য়ৈহুনা অমদি শক্তুনা মেল থারগা লীলাগী হৌনবী মথং মথং তারকই। লীলা অসি থায়নদি য়াম্না তোয়রম্মী।

## ফিজেৎ—

পালা য়াওবা নিপামচা পুন্নমক ফৈজোম অঙাঙবা শেৎলি, মপান চল্লি, ফীবান অমুবা চনবা অঙৌবা ফিনা খ্বাঙ য়েৎ য়েৎলি। পাম্বোমদা তান শি। নগুণ থাংত্রিবা ওইরবসু মুমিৎ অসিদি কণ্ঠী নগুণ শিদবা য়াদে।

অসিগুম্বা নিপামচা পালা অসিনা খুল্লক্তা অমগা অমগা রস ফাংনবগী থবকসু য়াম্না চৎনরম্মী। চূড়াচাঁদ মহারাজ সনা হাক্তকদি এল, পি, ইউ, পি স্কুল ফাওবদা ওঝা থমহুনা ছাত্রশিংবু হেক হেক পালা চোলোম তমহল্লম্মী। অসুম্না অঙাং ওইরিঙৈদগী হৈননবা হোৎনবগী তাঙা য়াম্না লৈরম্বনা মণিপুরনা জগোই ঈশৈগী লৈবাক অমা ওইনা হুজীক্তা তাইবঙ শাৎলবনি। অসিগুমহুনা নুপী মচাশিংগীসু খুবাক ঈশৈনচিংবদা পীকলিঙৈদগী য়াওনহল্লকই। ষণসেনবা উত্থলনচিংবসু অঙাংতনা তৌবনিনা মখোয় অহুনা চাউরক্লগা মানা মানা হৈনবা হিরমদা মী অমমম ওইনা হিংনরবা গুম্মী। অদুবু অরাবদি হুজীক্তি অসিগুম্বা মতৌ অসি মফম অয়াম্বদা মমি অসুম শামজিল্লকলে। থায়নগী মীদি পীকলিঙৈদা জগোই ঈশৈনচিংবা য়াওরক্তবা নিপা নুপী অমত্তসু য়াওরমদে। মরম অহুনা মৈতৈতবু ওইরবদি হেক্তমক হৈরমগনি হায়বসি হুজীক ফাওবদা মীরৈবাক্তা থাজনরি।

## হোলিদল—

হোলিগী তোঙান তোঙানবা দল মশীং য়াম্না লৈবগী য়া মথক্তা য়াওশঙ মতাংদা নৈনখ্রে। দল খুদীংমক ফিজেৎ অমত্তা তিন্নদে।

গোবিন্দগী য়াইশঙ পালানা থ্বায়দগী ফজবা হেল্লি। পাল্লি পাল্লিবা নিংথৌনা মসিগী ঈশৈ হনবনি। ৺বোধচন্দ্র মহারাজ সনা হাক্তুকুদি মহারাজমক্কা পুং থোল্লি। নিংথৌদি তৌনিংবত্তা তৌই। শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজস্তু পুং থোল্লবগী রা তাবা ফংই।

হোলিগী যন্ত্রশিংদি, ধলক, দফৎ, ঢল, খঞ্জরী, রামতাল, ঝলরী অসিনচিংবা শীজিন্নৈ। ধলক, দফৎ, ঢল অমসুং খঞ্জরীনা পুংগী শরুকনি অহুগা অতৈনা করতালগী মহুত্তা শীজিন্নবা তাল থন্নবা খুৎলাইনি। শিঙ্গা খোংনবস্তু চৎনৈ।

যোগি পালাদদি কাংখিল মহৈ ফাওবা কংহল্লগা খুৎনা নীক্তুনা তাল থানৈ। অসি নত্তবদা করি অমত্তা য়াওদনা চুন্নগী ফি মচেৎ অমনা মাঙদা রাংনা থাংগৎলগা তাল চানা হাইনবস্তু য়াওই। যোগি পালাগুন্না অতৈদদি মথক্কী হায়খ্রিবশিং অহু নত্তনা অতৈ শীজিন্নদে।

দল খুদীংমক্তা ধলক য়ৈবা মী মরি, তরুক অমদি নিপান—অশুন্না লৈনৈ; য়ামত্রবদা মী মরিদগীদি তাবা লৈত্রে। হুজীক্তি ঢল য়ৈবনা চোলোম তৌবস্তু চৎনরকলে। থায়নদি ধলক, দফৎ অসিতমক লৈরম্মী। য়াইশঙ পালানা শকপা মতমদদি গোবিন্দগী থৌগল ঢল অচৌবহু পুথোক্তুনা ময়া অমদা থন্নগস্তু য়ৈনৈ। গোবিন্দগী ঢল অসি মুঙিৎ খুদীংগী সন্ধ্যা আরতি মতমদস্তু য়ৈনরম্মী। মহৌশাদি অচৌবা ঢল অসি মীনা পুবা ঙমদহুনা যণগাড়ী মথক্তা হাপ্লগা হলক্বাগী সভা যাত্রাদা য়ৈহুনা পুরম্মী। ঢল য়ৈবতস্তু নত্তে খঞ্জরী, দফৎকীস্তু চোলোম লৈ। পালা অমমমদা খঞ্জরী ৬ অহুগা দফৎ ৪ য়াওবস্তু উই।

## খুৎকোয়—

হোলিগী খুৎকোয়দি বংদেশ পালাগা চপ মান্নৈ। মরোল ৪/৫ থোক্কা ক্লোয়বস্তু য়াই, য়ান্নগা ফজবা হেল্লি। ধলক য়ৈবশিংনা খা-রাংদা মশীং মান্ন মান্ননা লেপ্পগনি, মতুং মতুংদা দফৎ অমসুং খঞ্জরী পায়বস্তু মশীং মান্ন মান্ননা লেংহুনা লৈগনি। ঈশৈহনবনা মায় লোংচুপ্‌ওন্না লেপকনি, থোম্বাংবা মথৈনা মাগী মতুংদা লেপকনি।

শৈশক ক্রম মথং মথং শরুকপদা রাধা গোবিন্দগী কাওথেল তায়রুবদা দলগী পালা খুদীংমল্লা আবের চাইগনি। নিপা পালা মরক্তা ঈশৈ হৈবা অঙাং নিপামচাশিংবুস্ম য়াওহল্লৈ। অচোবা খোনপোপ মরক্তা অপীকপা অঙাংগী খোজেল অহু য়ামশিনবদি য়ান্না ফুংশিনা মীনা তাবদা ফুংঙাইবা পোকই।

## কীরান অমস্থং জয়পত্র—

হোলিদল খুদীংমকী কীরান অমমম য়াওদবা য়াদে। ঈশৈ শকলিঙৈদা কীরান পায়বা মী অহুনা পালাগী মরক্তা হুংগংহন্দা চত্তুনা, তান চানা চানা চোংহুনা কীরান অহু হন্না হন্না মথক মথাদা নোম্মী। লম্বীদা সভা যাত্রা চংপা মতমদস্ম কীরাননা থ্বায়গী মাঙ থাহুনা চংকনি, মথংদা পুংয়ৈবা ময়াম চংকনি অহুগা মতুংদনা পালা ময়াম লৈগনি।

গোবিন্দগী পালাদা মরোঙ্‌ মরোঙ্‌ লোঙ্‌বা কীরান মথল অহুম-থক লৈ। অসিগুম্বা গোবিন্দগী কীরান মথল অসিনা খুল্লকী অফাওবা দলশিংদা নিংথৌনা পীরগা জয়পত্র হায়বহু ওইনৈ।

## নূপী পালা—

নূপী ময়ান্না কোয়না ফমহুনা মন্দিলা পায়হুনা ঈশৈ শরুবদি মহুবু 'নূপী পালা' হায়না কৌনৈ। জলকেলি পালাস্ম হায়রিবা নূপী পালা অসিমকনি। নূপী খুবাক ঈশৈবুস্ম অহুম্মক নূপীপালা হায়বা য়ারবস্ম মহুবুদি নূপী খুবাক ঈশৈ পালা অস্থম্না হায়নৈ। অস্থম্না রাসেশ্বরী পালাস্ম নূপী পালানি অদুবু 'নূপী পালা' হায়রবদি ফমহুনা শকপা মওঙ্‌ অসিতবু তোপ্পা খঙ্‌নৈ।

অসিগুম্বা নূপীপালা অসিনা ঝুলন যাত্রাগী মতমদা ঈশৈ থোগন তৌই। ফিজেংতি নূপী পালা অয়াম্বা চপ মান্নৈ, ফনেক ইন্নফিনি। মসিগী মরমদা ঝুলন যাত্রাগী মতমদা থরস্ম হান্না হায়খ্রে।

## শৈশক—

মসিস্ম খুবাক ঈশৈগুম্না পুংগী রাগ মচা হোরগা ঈশৈগী রাগ

হৌহুনা গুরু অমদি বৈষ্ণব বন্দনা তারগা মথংদা গৌরচন্দ্র অমুক শকনি। নবদ্বীপতা শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুগা শান্নখিবা ঝুলন লীলাগী মরমদা মতেক অমা শক্লম্নগা মহাপ্রভুগী ভাব বিলাসতা শ্রীরাধা গোবিন্দগী ঝুলন লীলা শকনি।

অহানবদা বৃন্দাবন বর্ণন তৌরগা মথংদা দোল সাজন-নচিংবা শক্তনা ঝুলন তাগনি। মথংদা রূপ প্রার্থনা অমা শক্লগা লোইশিনগনি। গোবিন্দগীদমু খুল্লক্কী মন্দিরশিংদমু একাদশীদগীনা পূর্ণিমা ফাওবদা নূপী পালা থৌগন তৌই। একাদশীদগীনা পূর্ণিমা ফাওবদা নুমিৎ খুদীংগী গৌরাঙ্গ প্রভুনা নবদ্বীপতা রাধাগোবিন্দনা ব্রজদা শান্নখিবা অহুগী তোঙান তোঙানবা কুঞ্জমশিং অমদি বর্ণননচিংবা তোপ্লাতো প্পা পন্দুনা শকনি। মসিগী মরমদি ঝুলনগী রা ইবদা মথক্তমু হায়খ্রে। ( লাঃ ৭১-৭৪ ) অহুম ওইনমক নূপী পালানদি অহুক হাক্লা কৃপথবহু ওয়দবনা থরা পৌতক্লা অহুম্মক থৌগন তৌনবনা অয়াম্বনি।

নূপী পালা মথক য়াম্মী, মহুদি—নূপীমচা পালা, লৈশাবী পালা, মৌগী পালা অমসুং হনুবী পালা। পালা খুদীংমক ফিজেৎ তোং-ঙানৈ মহুদি—

**হনুবী পালা**—পুমতৌ ফনেক শেৎলগা ইন্নফি অকুংবা ইনগনি।

**মৌ পালা**—ফনেক মপান নাইবমু শেৎনৈ, হনুবীগা মান্নবা শেৎপমু য়াওই।

**লৈশাবী পালা**—ফনেক মপান নাইবা শেৎলি, ইন্নফি অপাবা ইল্লি। থায়নদি রেশম ফুরিৎ চমফি থিনবা লিৎনরম্মী। মথোয়না ইনবা ইন্নফি অসি মশা মশাগা পক্নবা মতুংইন্না মচু মচূগী তৌনৈ। থায়নদি ফুরিৎ লিৎনদবনবু অয়াম্বা ওইরম্মী, মরমদি অতুবা মী য়াম্না লৈরমদবদগী চৎনবমু রাৎলম্মী। ফুরিৎ লিৎনরিবদি নুপী মচামকমু

নত্রবা, লৈশারী মপুংমকস্থ কাক্রিয়া অহুগুম্বা তৌনবনি।

নুপীমচা পালা—ফনেক খোয়দোম শেৎলগা রেশম ফুরিৎ লিৎলগা লোইরে। ইমফি য়াওদে।

## নুপী পালাগী মওঙ্—

থায়নদি পালা খুদীংদা মী ৩০। ৪০ দগী হৌনা হমুবী পালাদি ১০০। ২০০ ফাওবা শুনথা য়াওরম্মী। অহুমকপু হমুবীগা মোগা পালা অমি অসিদি হুজীকস্থ মী মশীং ফনা য়ায়া উরি অতৈদদি ইয়াও য়াওত্রবগুম্বনি।

নুপী পালাদি কোয়না ফমহুনা ঈশৈ শক্লগা মন্দিলানা তাল থাগনি। হৌগত্তুনা মোত তৌনদে। নুপী পালাদা চৌতাল, তেন্তুরা পঞ্চম সয়ারী, সুরফাঁকনচিংবা অয়াম্বা তাল পুম্নমক অপাম্বা মতুংইন্না য়ৈনৈ।

## দেবী পূজাদা নুপীপালা—

দুর্গা পূজাদস্থ নুপী পালা থোগন তৌনৈ। মসিদস্থ রাগ মচা হৌরগা ঝুলনগী থোগনগুম্না শক্লগা গৌরচন্দ্র তাহুনা মথংদা বৃন্দাবন বর্ণন অমদি রাধাকৃষ্ণগী রূপ প্রার্থনা অমা শক্লগা ঝুলন নুপী পালাগুম্না থোগন তৌই। মসিদা ঝুলন অমদি দোলগী ঈশৈদি য়াওদে। অরোইবদা দেবী প্রার্থনা অমা শক্কনি। দুর্গাপূজাদা নুপী পালাগী থোগন তৌনিঙ্মনবদগী ওজাশিংনা থরা তম্বীহুনা শকহনথিবতনি। অশেংবদি দুর্গাগী মরমতদা ঈশৈ লেংহুনা শকফম থোকপনি। মরম অহুনা অপাম্বা কনাগুম্বনা মসিদা রাধাকৃষ্ণগী রস অতৈ থিংজিন্দুনা শকপীস্থ থোইনা দোয তৌনদে।

## রামায়ণ ঈশৈ—

. বৈষ্ণব ধর্ম্মনা মণিপুরদা খোঙ্দাদরিঙৈ হায়বদি রাম উপাসনা তৌনরিঙৈদদি বংদেশ পালানা রামায়ণগী ঈশৈ শক্লম্বগী খুদম উবা

কংই। হুজীক কাওবদা কাছাড়দদি মসি খরা খরা উবা ফংলি। ঈশৈদি— শমণ দমন রাবণ রাজা

রাবণ দমন রাম রে—অসিনচিংবা

ঈশৈ অসি বৈষ্ণব পদাবলীদা য়াওই। মসিমক কাছাড়দা দনসনা হায়বা ওজা অমনা শক্লম্মী। পালা অসি ঋাল পায়, খ্বাঙ্ য়েং য়েংলি, কৈজোম গুপ্পা থাদৈ, কোয়েং য়াওদে। গুরু বন্দনা সভা বন্দনা লোইরপা গৌরচন্দ্র তাদুনা মথংদা রামায়ণগী ঈশৈ শকই। বংদেশস্তু 'রাম রাম' হায়না রামগী নাম শোনবা তোক্তি।

## শেল নত্রগা ফি থাবা—

রসনচিংবা ফাংনবদা পালা অমনা অমদগী হিরম পূন্নমক্তা হেন্নবা হোংনৈ। রসতা, শৈশক্তা, ময়েক্তা, চোলোমদা, পূংদা, পালা মশীং য়াম্বা ফজবনচিংবদা থোইদোক্লদি ঈশৈহনবগী ঈশৈ, পুং অমস্তুং দুহারগী চোলোম—মপুং ওইনা য়েংনৈ। ঈশৈ ফাংনবগী থবক অসি ঋতু পূন্নমক্তা অতুম্মক তৌনৈ। রারী-লাইরিক তাবগী অরোইবা অহিংদা মসি য়াম্না তৌনগল্লি। মরক্তস্তু ফাংনবগীদমক্তা থৌওইনা শীন্দুনা হুমিং মতম শাংনা তৌনহনবস্তু উই। অদুগা অচৌ অচৌবা রারী মরূপ-কী থবক্তদি হুংথিন হুংথিন্না রারী তারগা হুমিদাংদনা নূপী নত্রগা নিপাগী বাসক নিতিগী ফাংনহনবস্তু য়াওই।

ঈশৈ নত্রগা চোলোমদা হুংভাইরবদি ভাবকনা শেল নত্রগা ফি থাবা চঙই। ফিস্তু শেলস্তু লৈতবা কনানা হুংশিবা ঈশৈ রস অমা শক্লরবদা চুম্নতগী থুরুম্নগতস্তু তোকনৈ। অস্তুম্না থুরুম্বা চঙবা মতম অসিদা ধর্ম্মপ্রাণ ওইবা বৈষ্ণবশিংনা মখোল থোক্না কপ্পবস্তু য়াওই। ঈশৈহনবনা ঈশৈ অমা শক্লকপদা থুরুম্বা শেল নত্রগা ফি থাবা তারবদি ঈশৈহনবা মথন্তদা থাবা, থুরুম্বা য়াদে—পূংয়েবা অনি, দুহার অমস্তুং থোম্বাংবা মতোন—লোয়ননা মঙামক শুনা থাবা থুরুম্বা তৌরমদবা য়াদে। অসিগুম্না পুং চোলোমদা হুংভাইরবস্তু অদু মঙায়—মঙামক চঙ দবা য়াদে।

## নিংথৌগী খুদা অচৌবা—

নিংথৌগী খুদা মচাগী মরমদি ঢপ পালাগী মতাংদা লামায় ১৫৬ তা নৈনখ্রে। হুজীক খুদা অচৌবগী মরমদা অমুক নৈনরি।

গোবিন্দগী মাণ্ডপতা ওইরবসু খুল্লকী মন্দিরনচিংবদবু ওইরবসু রাস শান্নবগুম্বদদি হায়বদি মাণ্ডপ ময়োনগী রাংমদা ভাবক ফমফমদা নিংথৌগী খুদা থাবা তারবাদি লৌফককুম্বা অপাকপা ফিদা অমগী মথক্তা ফক অরোনবা অমা থারগা ফিরাংজি ফীবুম অমনা পূমকুপ কুপশিল্লগা খুদা মচাদা তৌখিবগুম্না মথক্তা ফীভৌ অমা অমুক কুপকনি। মথক্তা ফক অতুগী য়েৎ থংবা মতাইদা রেশমগী চীংশাবা হায়বদি পিরামিড মওঙ্ মানবা অচৌবা মোন অমা থমগনি। মতুগী মথক্তা খুদা মচাগী মোনচেপ মচা অতুগুম্বা অমগা মোনথুম কুপ্তুনা থমগনি। মাঙ্দা অচৌবা শকয়েং মিংশেল অমা খিন্দুনা নিংথৌনা হেক উগদবা মওঙ্দা থমগনি। সনাগী কাগোক, লুপাগী শেনাৎ (চাইশেল), সনাগী কাওশেল (কা চারগা য়াদগী ফত্তবা লৌথোক্লীংলবদি মসিদা কামশিনগনি), সনা য়োম্বা হীদাকফূ থম্বাল শাবা মখোঙ্দা খিনবা, সনাগী ঙাম্বক, সনাগী মরী মরী য়াম্বব সনাগী তোংজৈ খোবুম শাবা অসি পূম্নমক থাতুনা পরেং চানা থমগনি। হিদাকফূ নম্রগা পোৎ মচা অতৈ পূম্নমক্তি রেশম অঙাঙ্বা নম্রগা অশংবনা কোয়না য়াৎলগা অতোপ্পা মচু অমনা অমুক অকোয়বা ফীবান খোপ্তুনা ফিদা ওইনা মথাদা থারগা থমগনি।

খুদ[illegible] [illegible] মনা পানবা থাকন অমা থনগনি। মসি খুদা অদুবু কুপশি[illegible] [illegible]রাক ময়ুং নাইনা চাউহনগনি। খুদাগী অকোয়বদা খুদৈ অহ[illegible]গুম্না কি অমনা নম্রগা করিগুম্বা অমনা থাজিন্দুনা নিংথৌগী খুদাবু ময়াম মরক্তগী তোপ্পা [illegible]গনি। খুদাগী তুংদা থৌগন মচাশিং ফম্নবা অহাঙ্বা লম থরা [illegible]নি। মসিসু থারিবা অতুগী মতুংদা খুদাগা হেক তাইনবদনি।

## থৌগনশিং—

খুদাগী য়েৎ-ওয় অনিমক্তা, মাঙ-ওইননা ফীজোন শুবা গারোটকী অঙম অথৌশিংনা থাঙ-চুঙ্গোয়, তা অমদি নোংমৈ পায়দুনা ওয়গী খুকউ লৈতারগ মিংকুপ নাতুম শিংনা থৌগন তৌদুনা লৈনগনি। তা পায়বা অনি, থ'ঙ্‌ পায়বা অনি, অদুগা নোংমৈ পায়বা অনি অসুম্না মী তরাক শুগনি। তা পায়বনা মাঙ্‌দা তা অদু লৈপাক্তা য়ুংশিন্দুনা থমগনি। অসি নত্তবা নিংথৌগা শাগোম্নবা body guard অমসু পোষাক শুনা শেত্তুনা নাকন্দা পিস্তল য়াল্লগা তুংদা থৌগন তৌদুনা লেপ্লুনা লৈগনি।

মাঙ্‌দা নাকচেং ওইরপনা ফীজোন শুবা শেলুংবা অমনা খুকুউ খুদক কুন্দুনা নিংথৌগী ইঙ্গিত য়েংনা য়েংনা থৌগন ঙাইদুনা লৈগনি। নিংথৌনা পাম্লকপা মতমদ' হাননবা পানা-নচিংবা মানা কৎশিনগনি। অদুগা অতোপ্পা শেলুংবা অমনা তুংদা লেপ্লুনা চামর থৌগন তৌগনি। মনাই অতৈনা নিংথৌগী তুংদা ফমদুনা থৌগন ঙাইনগনি।

## মহারাণীগী খুদা—

মহারাণীগী সম্পদসু নিংথৌগা মান্নগনি। মোনজাউগী মণ্ডপদি মান্নরগা মহারাণীগীনা নূপীগা মতিক চানবা ওইনা থরা পীকশিন হল্লিনগনি। নিংথৌগী মোননা রেশম অশংবনি, মহারাণীগীনা অঙাঙ-বনি। মণ্ডপদসু থজীক্তং থেন্নবদি লৈ।

---

পৈতৃক কর্ম্ম নত্তবদদি রাস, গোষ্ঠনচিংবা শান্নবা ঝুমিত্তদি নিংথৌগী খুদা অচৌবসি মাণ্ডপ মগ্নোনগী মখা থংবদা ময়ায় চানা থাগনি। পৈতৃক কর্ম্ম-নচিংবদদি নত্রগা অচৌবা কর্ম্ম নত্তবদদি মাণ্ডপ মগ্নোনগী কৌক্রগোমদা চিথেক্তা নিংথৌগী খুদা মচা থাগনি। ঝুলন অমসুং দুর্গা পূজাদসু মসিদা থাগনি। হাররিবসি গোবিন্দগী মান্দপতগী রানি। খুন্নক্তদি মতম পুম্নমক্তা মখা মায়কৈতদা খুদা অচৌবা থাগনি। মহারাণীগীনা অরাংদা মায়োক্লনা থাগনি। অকুপ্পা মগ্নোন্দি মৈতৈ জগোই অনিশুবা শরক্তা 'সভারচনা'গী মতাংদা উবাগনি।

**নিংথৌগী স্বাগত—**

নিংথৌ লেঙ্‌লকপদদি থোঙ্গাল্দা লফু, চু থাগনি, লৈ পরেং য়ানগনি, মথোঙ্‌দা ঘট চফু অমা থিনগনি। ধূপ থাউমৈ থাগনি, মৈরাক পানস্থ থাগনি। হেক য়ৌরকপদা নিংথৌবু দেউটি-মঙ্গল তৌদুনা ওক্‌নি, লৈ চাইগনি। লেঙ্‌শিল্লক্লগা মাগুপতা ফম্লবদা তোপ্পা লৈচন্দন কংকনি। লৈচন্দন পাত্র অতুগী মথাদা অপাকপা লাকোয় অমা থারগা থমতুনা দগুবৎ তৌনা খুরুমতুনা কংকনি। পোৎ অতৈ কংপদস্থ অসুম তৌগনি। লৈচন্দনগা মতম মান্ননা খে তৈবা উগী হোরাই পুথম অমদা ফীরোয় শুন' হাপ্তুনা কংকনি। কা অথেংপা মপুম মঙা অমসুং মনা মপুম মঙানা শেম্বা লাকোয অহুম লোনবা পানা ভাঙ্গা অমা কংকনি। মসিগা লোয়ননা উকৈনচিংবগী অথেনপোৎ অমগা, চেঙ্‌না চোম্না হাপ্পা হোরাই পুথম অমগস্থ কংকনি। অকৎপা মীনা লৈপাক্তা লাকোয় থারগা মথক্তা পোৎ হাপ্পা পাত্র অত্থ থমতুনা কংলগা লোইরে, লৈপাক্তা থাংথবদি মাঙ্‌দা থৌগল্লিবা শেলুংবা অতুনা তৌগদবনি।

কংলিবা চেঙ্‌ অতুদগী নিংথৌগী খুৎনা চেঙ্‌ খরা লৌরগা য়ুম্বু অহুদা পীবিগনি। য়ুম্বু অতুনা মতু ফিনা ফিগাউ শা'না য়াত্তুনা খুকউ খুদক কুম্না লৌগনি অমসুং খুরুম্লগা পুশিনখিতুনা মাগী চেঙ্‌ফু মতুংদা হৈজিল্লগনি। মসিগী চংনবী অসি নিংথৌনা প্রজাবু চাক্লু লনগুবীবগী মওঙ্‌দা বর পীবিরম্বনি থাজনৈ। চেঙ্‌ অমদি অথেনপোৎ কংপা অসি শ্রাদ্ধ সম্বৎসরগুম্বদা লেঙ্‌লকপা মতমগীনি। দেবকর্ম্মদদি চুম্নগী লৈচন্দনগা পানাগা কংলগা লোইরে। গোবিন্দগী মন্দিরদদি মতম পুম্নমক্তা অকোনবা মথলগী স্বাগত অসিদং তৌবনা লোইরে। মসিমকস্থ নিংথৌ মশাগী ওইবা—পিতৃক কর্ম্মনচিংবদদি তৌরোই। ম রমদি মতম অহুদা নিংথৌমক্তা য়ুম্বু ওইরবনা।

**লোইরবা**

# লাইরিক অসি ইবদা য়েংনখিবা লাইরিকশিং

১। গৌড়ীয় বৈষ্ণব অভিধান—হরিদাস দাস
২। ধর্ম্ম —মধুসূদন শাস্ত্রী
৩। পদকল্পতরু —বৈষ্ণব চরণদাসনা সঙ্কলন তৌবা
৪। বৃহদ্ভক্তি তত্ত্বসার —রাধানাথ কাবাসী
৫। প্রেম ভক্তি তরঙ্গিণী —গোপালদাস
৬। ভক্তিরত্নহার —রাধানাথ কাবাসী
৭। বৈষ্ণব পদাবলী —হরে কৃষ্ণ মুখোপাধ্যায়
৮। পদামৃত সমুদ্র —রাধামোহন ঠাকুর
৯। পদরত্ন মালা —হরিলাল চট্টোপাধ্যায়
১০। বৈষ্ণব দর্পণ —নবদ্বীপচন্দ্র গোস্বামী
১১। সঙ্কীর্ত্তনা বলি
১২। কীর্ত্তন গীত রত্নাবলী —কালীদাস নাথ
১৩। বিজয় পঞ্চালী —মণি, মঙ্গীনা অর্থ ত্তৌবা
১৪। নৈমিত্তক চিন্তামণি —কবিকর্ণপুর গোস্বামী
১৫। দেবীভাগবত —কল্যাণগী বার্ষিক সংখ্যাদা

ফোঙবা

---

